ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯊꯋꯥꯅꯃꯤꯆꯥꯛ ꯈꯔ















# মণিপুরগী থৱানমিচাক খরা

রাজেন খুমুকচম

**MANIPURGEE THAWANMICHAK KHARA**

***(A Collection of 22 Biography in Manipuri)***

by : Rajen Khumukcham
Sagolband Khamnam Leirak,
Imphal West - 795001 (Manipur)

***Rs. 99/-***



অহানবা থোকপা ঃ ৩০ সেপ্টেম্বর, ২০০৮

অফোঙবা ঃ সাপম ইন্দিরানা
রিন্দা লাইব্রেরি এন্দ প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন,
মণিপুরগীদমক ফোঙজবা

কোপী মশীং ঃ ১৩৫৭

ফংফম থোকপা ঃ অইবা মশা

মখুম ঃ কে আর লুব্রাং

মমল ঃ লুপা ৯৯/-



নম্ফম : বিঃএসঃ প্রীন্টিং প্রেস, শগোলবন্দ লম্বী, নীপা কৈথেল, এরিয়ান থিয়েটর মনাক, ইম্ফাল ।

ইঁববু পামজবা, সাহিত্যবু নুংশিজবা
মশাগী লাইরিক ফোঙজবদি উন্নমদ্রবা
মনুং-মতম চাদনা লৈখিদ্রবা-লৈখিদ্রবীশিংদা

# ব্রাহৈ খরদং

অহৌবা অরোয়বা নায়বা মানবা, তেল্লবা মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎতা থেংনরকখিবা অব্রাবা মিৎকুপশিং, নুংঙাইবা পুংজা, অঙাওবা মওং, অখাঙ কনবা মতৌ, মমৈথংদা তকশিগী পজেং মতোন্দা লানঙম ফিরাল থেৎখিবা-থেৎঙমখিদ্রবা মখোয়শিংগী পুন্সিবু নীংশিংজনীংই হঙ্গৎনা য়েংনীংই। তুংগী মীরোন্দা পাউদমজনীংই, মখোয়গী মপাউ পীজনীংই। মসিমক্তনা পাদম লাকচরগা ঐনা কোয়চেল-চেন্দুনা, কোয়লাক-লাক্তুনা, কোয়খোম-খোমদুনা, কোয়হং-হংদুনা মতেক-মতেক খরদং তাশিন-খোমজিনজখি। মদুনি মীয়ামদা খুৎশিন্নজগদৌরিবসি।

ধর্ম্মদা য়ক লাওখিবা, নীংতম লালহৌদা লুচিংখিবা, মথোং হুক্রমদবদগী মীথোয়-মীহেনবা ওইরকখিবা, অব্রা-অনানা য়োল্লকখিবা নুংঙাইবা মিৎকুপ অমনা কথোকচমন ফংলকখিবা পুম্নমক্কী পুন্সি ব্রারীনা লীবিরমদ্রবদা করম্না খঙলুগনি থেংনহৌদ্রবশিং, উন্নহৌদ্রবশিংদুগী মরমদা। মসিনা ঐগী অচেৎপা নীংজবনি।

কনাগুম্বনা হায়খিবা লৈ। “অইবনি হায়দুনা, কনাগুম্বগী মরমদা কদায়দা পোকখি ? করম্বকান্দা পোকখি ? কদায়দা চাওখি, করি তৌখি হায়বা অইবদুদি কান্নদবা রবিস রাইটরনি।” মদু তাবদা ঐহাক করিসু পুক্রিং হন্থবা লৈখিদে। ঐহাক্না তৌগে খনগ্রবদুদি নুংগুম্বনি।

ঐনা পাংথোক্কে খল্লীবসিগী মরমদা ব্রারী অসুম শাজবদা পুক্নিং থৌগৎপিরকখিদবদি নত্তে, অদুবু অমুকসু নাকোয়ননা মসিদসু, সাহিত্যকারগী ঙাক্তা, ঈশৈ-নোংমাইগী ঙাক্তা, পুং-জগোইগী ঙাক্তা, থাং-তা, লীলা ড্রমাগী ঙাক্তা লৌখৎলু, মদুমাইনা তৌগদবনি হায়বিরকপা য়াওখি। মদুসু ঐ য়ানিংখি। তৌবদি য়াই, হায়বদি লায়, অদুবু মদু পাংথোক্লবা হোৎনবদা ঐগী অনীংবা পান্দম অমদি শোয়দনা থীজ্বরগনি। মচাক খোমজিল্লীঙৈ, লৈশিল্লক্তবসু য়াওশিল্লক্লে। অদুনা তঙাই ফদনা তৌদবা য়ারক্তবা মতাং অমনা ঐঙোন্দা শাফু কম্না পীরকখি।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, ঐগী পীক্লবা ঈচেল মচাসিনা অসুম চেন্থরকপদা থেংজ-থেংজরুবা খরদুদং খোমজিঙ্গরগা লৈগী পরেং অমদি শেমজরে। মথংগী অতোপ্পা হেন্না ফজগদবা পরেংগীদমক তাকপীরকপা খুদিংমক ফিগাও শানা ঙাইজরি।

ইম্ফাল
৯-৯-২০০৮

রাজেন খুমুকচম

# য়াওরিবশিং

# পদ্মশ্রী, পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ



মীওইবা ঐখোযনা হিংলিঙৈ মতমদা তানশিল্লিবা লন- থুম পূন্নমক ঐখোয়না তাইবঙপানসি থাদোকপা মতমদা করিসু পুদুনা চৎলোই। শুপ্নতগী ফুট অনী পাকপা, অরুক শাংবা কৃ অমত্তনি লোয়নদুনা হনখিগদবা। পৈদুনা থম্বীরম্বা লন- থুমদি পুথোক পুথোক্তুনা চাথোকপদা নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোনদনা লোইরকপা য়াই। পূন্নমক্তগী অথোইবা ওইরিবা কায়থোক্তুনা চাথোকপদা অরোইবা নাইররোইদবা লনদি, অইবা ওইনা থম্বীরম্নবা অসিনি। লনগৈসিদি হুরানবশিংনা হুখিবসু ঙম্নরোই...। মবমসিদগী অথোইবা লন পাম্বী, অহিংবা, ৱা ঙাঙলিবা ম্যুজিয়ম অমগী মপাউ থমজরি।

**পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ,** ১৯১৭, মে গী ১৩, নোংমাইজিং নুমিৎতা উরিপোক, কাংচুপ রোদ, নিংথৌখোংজম লৈকাইদা তাইবঙ খোঙদারকই। মণিপুরদা অশেংবা পোকপা কুঠিগী শোক তারিক্কা, মহৈ- মশিং তম্বদগী লৌবা সবকারগী থবক তৌবদা পান্নবা পোকপগী শোক তারিক্কদি অসুম্নমক চয়েৎনবা অমদি মরৈখিগনি। অসুম্না, করিগুম্বা মতাংদা পণ্ডিত অসিগী পোকপসি ১৯২০,

সেপ্তেম্বরগী তাং ১ হাযনসু থেংনৈ। মসিনা একাদেমীক্তি হায়। ঙল্লিঙৈ মতমদা লাইরিক লাইশুদা নত্তনা শান্না-খোৎনবা, শরিৎ-শরাৎতসু থব্রায় য়াম্না য়াওরকপা মীশক্তি। পণ্ডিত অসিনা সাহিত্য অমদি কলচরগী গুরু কয়া অমদি পণ্ডিত কয়াগী মফমদগী লেপ্পা লৈতনা লৌশিং কয়া তানশিনবদা চোকথবা লৈরকখিদে। মশাগী চহী ৫ দা ঙাইরিঙৈদো থাং- তাবু য়াম্না পামজনা তন্বা হৌখি। রাজকুমার পাখঙম্না, গোপাল, রাজকুমার ফৈজাওম্না, দেবনচিংবশিং মহাক্কী থাং- তাগী গুরুশিংনি। লৈখিদ্রবা পণ্ডিত নামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত অঙোম প্রসুরাম, পণ্ডিত থোঙাম মাধব, পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্র অমসুং পণ্ডিত শোরোকখাইবম দেব সিংহদগী পাউতাক কয়া লৌজহৌখি। পণ্ডিত নাওরেম অমুয়াইমদগী অরিবা লাইরিকশিং অমদি মৈতৈ ময়েক তম্নবগী খুদোংচাবা ফংলকই। মহাক্না অরিবা মতমগী পরম পরা, লোনগী মতাংদসু য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী নৈনবা হৌরকখি। মহাক্না ঐখোয় মণিপুরীশিংনা কাউথোকপগুম লৈরবা ঐখোয়গী অরিবা ময়েকশিংবু চাওখৎনবা চহী কয়া লিশাং শিংনা হোৎনরম্মী। মহাক্কী লাইরিকশিংদা নিংথৌরোলশিংগী, নুংশি নুংওনগী শৈরেংশিং অতোপ্পগী মফমদা খঙহন্নবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী।

১৯৩৮ দা কলিকটা য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা মেত্রিক, ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখি। কতন কলেজদা আই এ তম্মী। সেকেণ্ড ইয়ার কারকপদা সম্মর ভেকেসন থোরকপদা অপোকপা লৈখিদ্রে। মতমদু য়াম্না নংলি, অদুনা মখা তমথখিদ্রে, থবক অদুম চংলে।

মহৈ মশিংদা থবক তৌবা য়ারকপগী মতাং য়ৌরক্লবদা মণিপুর সেক্রেটরীয়েটতা পূক্সিগী য়াম্না ঙনবা শরুক্তা সরকারগী থবক চঙলম্মী। ষ্টেট লাইব্রেরিগী সুপরিন্টেন্দেন্ট ওইরম্মী। থবক তৌবদা শেল তিংলক্তে, পরিক্ষা তৌরগা লৌবনি। মথং মথং ট্রান্সফর থাবদা ওফিস ২০/৩০ রোমমুক সুরমগনি। বোম তাবা মতমদা আই সি অফিসতা কেরাণী ওইরি। অদুদগী সেক্রেটরীয়েটতা রেকোর্ড কিপ্পর হায়বদু ওইরম্মী। লাইব্রেরি সুপরিন্টেন্দেন্ট ওইনদি য়াম্না শাংনা লৈ। মতমদুদা ইন্দিয়ান হিষ্টরিকেলগী রেকোর্ড কম্মিসনগী মেম্বর ওইরে। সুপরিন্টেন্দেন্ট ওইরিঙৈদো কলিকটাগী যাদবপুর য়ুনিভর্সিটিদা তৌবা একজিবিসন অমদা মণিপুরগী অরিবা রেকোর্ড ময়াম মৈতৈ ময়েক্তা ইবা, এদমিনিষ্ট্রেটিব রিপোর্ট কয়া, মণিপুরদা হেক ফংবশিং পূম্নমক পুদুনা উৎলুই।

সেক্রেটবীয়েৎতা কেবানি ওইনা চঙবা মতমদু হাওবমগী অমুবনা লৈরিঙৈ মতমনি, মতমদুদা সেক্রেটবীয়েৎ অসি **ষ্টেট ওফিস** কৌরম্মী। চংলিবা থবক্তুসু কেরানি ওইবা তমগদৌরিবনি। থাদা লুপা ৫ (মঙা) দং ফংই। অদুদগীদি ১০-১-১৫ হাযবদি চহীদা লুপা ১ (অমা) ইনক্রিমেন্ট হায়বদু হাপকৎলগা ১৫ যৌগদবা অসিনি। মহারাজ বোধচন্দ্রগী সনা ওফিসতসু লৈবম্মী। হিল ওফিসতা লৈবা কান্দদি বোম তাবে। পাৎকী কবিগী নিলাম তৌবগী পৈশা রিসিপ তৌবা পোদার হাযবা ফমদুসু পাযবম্মী। অদুদগী মণিপুব দরবাবদা (পি এম ই দি) মদু পুরিবদু সাহেব মচা আই সি এস ওফিসারনি। অদুদগী পেচকারদসু য়াম্না কুইনা লৈরম্মী। অদুদগী ফোবেনব ওফিসতা অমুক লৈবে। মতমদুদা মৈতৈগা হাওগা নত্তবসি ফোরেনরনি হাযনা খঙনৈ। অতোপ্পা জাতিনা অঙাং অমা হেক পোকপদা লুপা ৫ টেক্স, মখোয়না লোইবা হুই অমদা শিকি অহুম টেক্স ওইনা লৌই। টেক্স লৌবগী থবক তৌরিবা ওফিস অদু ফোরেনব ওফিস হায়না কৌরম্মী। মদু মণিপুরনা ষ্টেট ওইরিঙৈদা লৈবনি, ষ্টেট ওইদ্রবকান্দা ফোরেনর ওফিস মুথৎখ্রে। মতম কুইনা সরকারগী থবক তৌরল্লগা অন্দব সেক্রেটবী (ব্রাঙ্গ) ওইনা মণিপুর গোভর্ণমেন্টকী থবক্তগী পোখারে। হৌজিক লুপা ৬,৫০০ খবা হেন্না পেন্সল ফংলি। অদুবু অকনবা থবক কয়াদি সরকারগী থবক্তগী পোখাববা মতুংদা হৌগৎলকখি। মহাক্না বিসর্চ স্কোলর কয়াবু লমজিংদুনা মখোয়গী মায়গৈ তাকপীখি।

১৯৪৬ তা হাওবম নিঙোল ভানু দেবীগা লোয়ননা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নবক্তুনা মচা ১১ ফংজখি। নুপা ১, নুপী ১ অঙাং ওইরিঙৈদা লৈখিদ্রে। নুপী ৪, নুপানা ৫, যাত্রা, তোম্বী, দেবেন, সুকুমাব, লোকেন হৌজিক লৈরি।

জব্রাহবলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি সেন্টর পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিজ ইম্ফালদা মতম খবসু মণিপুবী লোন অমসুং সাহিত্যগী ভিজিটিং ফেল্লো ওইরম্মী। মহাক্না মণিপুবী লোন অমসুং সাহিত্যবু মফম কযাদা তম্বীরম্মী। মহাক্না সাহিত্য অমসুং কলচরগী ওইবা ইন্সটিট্যুসন কযাগা লোয়ননা ভারতকী ওইবা কয়াগসু মণিপুরী কলচবগা লোয়ননা শম্নখি। মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালগী প্রসিডেন্ট ওইনা থৌ পুরম্মী। দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী প্রসিডেন্ট (১৯৬৯-৭১, ১৯৭১-৭৩) চহী অনী-অনীগী টার্ম অনীরক ওইরম্মী। ভাইস চ্যেরমেন জব্রাহবলাল নেহরু মণিপুবী ডান্স একাদেমি, প্রসিডেন্ট মণিপুর হিষ্টোবিকেল

সোসাইটি, প্রসিডেন্ট মণিপুরী মার্সিয়েল আর্টস এসোসিয়েশন, প্রসিডেন্ট অতোপ্পাপু বিসর্চ সেন্টব অসিনচিংবা কয়াগী মফমদা মহাক্কী কখোকপা লৈখ্রবনি। অদুগা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমি, দিপার্টমেন্ট ওফ আর্টস এণ্ড কলচর মণিপুর য়ুনিভর্সিটি অমসুং অতৈ অতোপ্পা ওর্গনাইজেশন অমসুং ইন্সটিট্যুসন কয়াগী এক্সপর্ট কমিটিগী মেম্বরনি। পণ্ডিত অসিনা কোলকটা (কলিকটা), পাটনা, ট্রিবান্দ্রম অমসুং পানাজি সেশনশিংদা য়ুনিয়ন হিষ্টরিকেল রেকোর্দ কমিশনদা মণিপুরগী মহুৎ শিন্দুনা শকক য়াখি।

মহাক্না নোংপোক ভারতকী সংস্কৃট সমেলন কলিকটা অমসুং ইন্দিয়ন কোংগ্রেস বোম্বেদা মণিপুরী কলচবগী মরমদা মীহুৎ ওইরুই।

খেলচন্দ্রগী মচিন- মনাও পুন্না ৭ নি। ইমা অনী শুই। অচোম লৈকাইদগী, নোংথোম্বম নিঙোল শঙ্গাই দেবীনা, চাওবা, শবতচন্দ্র হাযনসু কৌবা (অফাওবা পাঞ্জি) যাইমগা অহুমশুবগদি লৈখিদ্রে, মথংদা বুধচন্দ্র মথংদা মঙাশুবদা খেলচন্দ্রনি। অদুদগী মোইরাংদগী কোঞ্জেংবম নিঙোল তোঞ্জাওবী ইমা অতোনবীসিনা নুপা অমগা নুপী অমগা পোকই। নুপাদুদি লৈখিদ্রে। পুন্না ৭ কী মনুংদদি খেলচন্দ্রনা ইতোন তোনবনি। অপোকপগী মিংনা অঙৌ সিংহ কৌই। নট সংকীর্ত্তন, ঈশৈ শকপনি। অঙৌ সিংহবু পোকপনা খেলা সুবদাবনি। খেলাবু পোকপনা অচ্রশ্বী কৌই। প্রেমানন্দা মেঙ্গোরনা অচ্রশ্বীগী মযাম্বনি। অসুম্না অকল- অথৌ থোয়দোক হেন্দোকপা পাথাং-পুথাংদগী হৌরকপগা লোযননা হোৎনবা যাম্না কনবা, নিতি নিয়ম নায়না শাজেল তৌরকপনা চহী অসুক যামশিল্লক্লবা ঙসি ফাওবদসু মিৎতা স্নানোক শিজিন্নদ্রি।

**পদ্মশ্রী, পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা হৌজিক ফাওবদা ফংলবা মনাশিংদিঃ-**

১। গবেষনা ভুষণ, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা পীবা (১৯৭৭),

২। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিগী ফেল্লেশিপ (১৯৮০),

৩। ভাবত সরকাবদগী "পদ্মশ্রী" (১৯৮৭),

৪। মহেন্দ্র নাথ করন পুরস্কার ২০০৬, মসিদা সাইটেসন, সর্টিফিকেট অমসুং শেল ওইনা লুপা ১৫০০ য়াওরি। (২৯-১০-২০০৬)

৫। সঙ্গীত নাটক একাদমী ফেল্লোশিপ (মার্চগী তাং ১, ২০০৭ ইং, অয়ুক পুং ১০.৩০), মনাসিদা শেল ওইনা (ইনকম টেক্স থীরোইদবা) লুপা ৫০,০০০ য়াওরি।

খৃষ্ট পোক্ত্রিঙৈ মমাঙ চহী ৩৩ দগী হৌরগা মণিপুরী নিংথৌরোলগী জেনিএলোজি ইদিট তৌদুনা ফোঙখ্রে। মহাক্কী মমল যাম্লবা দানশিংদি ঃ

১। শরিৎ-শরাৎ (খৃ: ১৯৫২)
২। মৈতৈ ময়েক মপী (খৃ: ১৯৫৫)
৩। মণিপুবী টু মণিপুরী এণ্ড ইংলিশ দিক্সনারি (খৃ: ১৯৬৪)
৪। অরিবা মণিপুরী লোনগৈ (খৃ: ১৯৭৮)
৫। চাদ লাইহুই (খৃ: ১৯৬৬)
৬। চৈথাবোল কুম্বাবা (খৃ: ১৯৬৭)
৭। খুমনলোন (খৃ: ১৯৭৯)
৮। খুমন কংলৈরোল (খৃ: ১৯৮০)
৯। থাযনগী শৈবেং (১৯৬৬)
১০। চাযনবোল (১৯৬৮)
১১। ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা (১৯৬৮)
১২। লাঙ্গোই শগোল থাবা (১৯৬৮)
১৩। অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬৯),
১৪। পবিষদকী অবিবা মণিপুরী ৱাবেং লাইরিক (১৯৭২)
১৫। চোথে থাঙৱাই পাখঙবা (১৯৮০)
১৬। নুংবান পোনবী লুৱাওবা (১৯৮০)
১৭। চীংলোন লাইহুই (১৯৮২)
১৮। নোংমাইজিং চীংগোইবা (১৯৮২)
১৯। লাঙ্গোন চীংগোইবা (১৯৮২)
২০। খুনুং লীচৎ শাজৎ (১৯৭০)
২১। ফম্লোন (১৯৮৭)
২২। উত্তরকাণ্ড রামায়ণ (১৯৬৬)

২৩। শাগৈ শলাইরোল (১৯৯৪)

২৪। খাগেম্বা য়ূম্বী (খৃ: ১৯৯৪)

২৫। খাগেম্বা য়ূমলেপ (খৃ: ১৯৯৪)

২৬। খাগেম্বা লানফা (খৃ: ১৯৯৪)

২৭। চেখোং (খৃ: ১৯৯৪)

২৮। নোংখ্রং (খৃ: ১৯৯৪)

২৯। কৈরোই (খৃ: ১৯৯৪)

৩০। লাংথারাললোল (খৃ: ১৯৯৪)

৩১। শঙ্গাই ফম্মাং (খৃ: ১৯৯৪)

৩২। মণিপুরী লেংগ্বেজ ষ্টেটস এণ্ড ইমপোর্টেন্স (১৯৭৫)

৩৩। এ কেটলোগ ওফ মণিপুরী মেনুস্ক্রিপ্টস (১৯৭১)

৩৪। বেট্টল ওফ খোংজেম (১৯৮০)

৩৫। থাঙ্গাল জেনরেল (১৯৯৭)

৩৬। দোকুৱ্যমেন্টস ওফ এঙ্গলো মণিপুরী ৱার ১৮৯১, (পার্ট- ১)(১৯৮৪)

৩৭। দোক্যুমেন্টস ওফ এঙ্গলো মণিপুরী ৱার ১৮৯১, (পার্ট- ২) (১৯৯১)

৩৮। বাইওগ্রাফি ওফ পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা,

৩৯। কন্টিব্যুটেদ ইন "এ ক্রিটিকেল ইনভেন্টরি ওফ রামায়ানা ষ্টদিজ ইন দ ৱর্ল্ড' - পব্লিশ বায় সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লি (১৯৯১) (২১-৩-২০০৩ ফাওবদা) অসিনচিংবনি।

পদ্মশ্রী, পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ মতম কুইনা লৈবীখিদুনা মীয়ামগী সেবা মখা তানা তৌবা ঙমহনবীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি। ■

# শ্রী ব্রহ্মচারিময়ুম অমুস্না শর্ম্মা



**শ্রী ব্রহ্মচারিময়ুম অমুস্না শর্ম্মা**, ১৯১৯, শকাব্দ ১৮৪১, লাংবনগী ১৭ নি পানবা য়াইফরবা ইরাই নুমিৎতা, হৌজিক ইম্ফাল ইষ্টকী মনুং চল্লবা খোংমন জোন নম্বর- ৩ (নোংপোক) দা তাইবঙ খোঙদারকখি।

মতম অমদদি গুরু- শিষ্য (ওঝা- ছাত্র) গী মরী (ব্যবহার) অসিদি হায়নীংঙাই লৈতনা ফজরবা অমা ওইরম্মী। হৌজিক্কী মতমগী অসিগুম শেলতনা য়োল্লগা তম্বসি ওইবমদে। চৎনরোল, লমচৎ- ব্যবহার পূম্নমক গুরুগী মফমদগী তম্বা হৌরকই।

অমুস্নানা মশাগী চহী তরেৎলোম শুরকপা মতম অদুৱাইদা মহাক্কী মখুরাশিং থোকপা লৈখিদ্রবা শ্রী কে লালবাপু শর্ম্মা, মতমদুদা দুর্গাগী শক্তম য়েকপা অমদি লৈখোম্না মূর্ত্তি শাবা অদু অসুম উরুরগা মহাক মশামকসু শিনফমসিদা খোয়দাজরম্মী। অদুবু মহাক্না শিনফমসিবু পামজদুনা তম্বীয়ু হায়জরুবা মতমদদি মহাক্কী মখুরা থোকপসিনা শিনফমসিনা মতমদুদা হিংবা ৱাবদু খল্লুরগা লাইরিক ওইনা তমহন্নীংবদগী লাই য়েকপা শাবগী থবকসি তৌখ্রবদি লাইরিক্তা শোয়হৌবা তারে হায়না খল্লদুনা শিনফম অসিবু মঙোন্দা তম্বীয়ু হায়বা য়াখিদে।

অদুম ওইনমক পামজবদা ঙাওখ্রবা মহাক্না য়েকপা খোৎপগী থোয়দোকপা নিতি নিয়ম থিরুদনা শিনফমসিদা ঙাওজবা হৌরকখি। মহাক শক্লাইরবা গুরু মংশিদম কলাচান্দ সিংহগী সেবক ওইরে। মশাগী চহী ১৬ কা শুরকপা অদুব্রাইদদি শিনফমসিদা মপুং ফানা চংশিনবা হৌরে। য়াম্না তেনখ্রবা মতম খরগী মনুংদা মহাক গুরু অসিগী খ্বাযদগী অচানবা সেবক হায়বদু ওইরে। গুরু অসিনা অমুম্নাবু মখল- মখা কযামরুমগী ব্রাখল লৌশিং পিবিদুনা য়েকপা- খোৎপগী হিরমদা হকথেংননা তম্বীদুনা থবক ওইনা পায়হনবা হৌরক্লে। মশাগী চহী ২০ লোম শুরকপদদি মহাক শিনফমসিদা কখোক্লবা মীশক অমা হায়বদু ওইবা হৌবক্লে। মহাক্না শক্তম কয়া য়েকপা অমদি লৈখোম্না মূর্ত্তি কয়া শাবগা লোয়ননা উদা হকপা-খোৎপগী থবক তৌবা হৌরক্লে।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মমাং অদুব্রাইদদি মণিপুবদা লাই য়েকপা মূর্ত্তি শাবগী থবকসি পায়বা আর্টিষ্টকী মশীংসি য়াম্না য়াম্লমদে। অদুগা মখোয় খরা অদুসু অয়াম্বনা চাবা- থকপা ব্রাৎতবা নুঙাই য়াইফবা ইমুংগী মচা- মশুশিংতনা অয়াম্বা ওইরম্মী। ঙসিদগী চহী ৫০ মুক্কী মমাংদদি অসিগুম্লবা লাই য়েকপগী মূর্ত্তি শাবগী শিনফমসিনা হিংবদা মতমদুদা অব্রাবা অমা ওইরম্মী। অমুম্নাদি লাইরবা ইমুংদা হৌরকপা মচানি। অদুবু মদুদা থোয়দোক্না খললুদনা গুরু মংশিদম কলাচান্দ সিংহ অসিগী মখাদা য়েকপা-খোৎপা, লৈখোম্না মূর্ত্তিশিং শাবা, উ অমদি নুংদা মূর্ত্তিশিং অমদি অতৈ অতোপ্পা হকপা-খোৎপা তম্লে। গুরু অসিনা থুপখ্রবা মতুংদদি মহাক শিনফম অসিদা মপুং ওইবা মথৌ অমা ওইরক্লে।

**লাইয়েকপা অমা ওইনা অমুম্নাঃ**

মতম অমদা ব্রহ্মণশিংনা হিন্দু লাইনিংদা যুম্ফম ওইরগা অয়েকপা লাইশিংনা মখোয়গী মাঙুপকী ডোল মনুং অকোয়বদা লৈতেংবসি য়াম্না কন্না চৎনরম্মী। অমুম্না মশামক্লা য়েকপা লাই ২৮৮ মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা লৈবা মাঙুপ ১২ দা মহাক্লা শিনফমসিদা পামজবদুগী ময়েক লারবা খুদমশিং অমদি খুদোল ওইনা মহাক্কী খুৎয়েকশিংনা লৈতেংখ্রে। মহাক্না শ্রী শ্রী গোবিন্দজীগী কাং (রথযাত্রা) ঝুলোন অমদি দুর্গা পুজানচিংবগী লাইশিং চহী কয়ামরুম য়েক্কুনা লাকখি। লাই কয়ামুক য়েকখ্রবগে হায়বদুদি মশীং খঙখিদ্রবনি।

অমুস্নানা মহাক্কী গুরু মংশিদম কলাচান্দ সিংহগা লোয়ননা চৎতুনা মোইরাংগী থাংজিং লাইবুংগী ফক্লাংশিংদা খন্বনা কাও ফাবা, কৈ ফাবা, ক্বাক্তাগী লমজেল অমদি লাই- হরাওবা অসিনচিংবগী শক্তমশিং খন্বা-থোইবী মহাকাব্যদা য়ুম্ফম ওইরগা য়েকখি।

১৯৬১ দা অমুস্নানা পাখঙবগী পাফল অমদি মণিপুর নিংথৌগী কারগী ফিরাল ডিজাইন তৌখি। মসিগী মথক্তা খামেন চৎপা ময়েক, লালগী ফিরাল অমদি অতৈ অতোপ্পা কয়া কোনুংগী ফম্নাইবশিংগী য়াথং মতুং ইন্না ডিজাইন তৌখি। মহাক্কী খুৎয়েক কয়া লণ্ডন ফাওবসু য়ৌখিবা য়াওরবনি। ১৯৬৩ দা নিংথৌগী মমা ইবেম্মা কল্লাবতি দেবীগী য়াথং মতুং ইন্না য়েক্লগা কোনুংগী পণ্ডিতশিংনা পাফল ৩৬৪ খনগৎখি, মদুগী রেকোর্ড কয়া লৈরি। করিগুম্বদা মদুগী মওং- মতৌশিং অমদি মচু- মমেলশিং শেমজিন-শাজিনবা মথৌ তারক্লবদি মতমদুদা অমুস্নানা থবক অদু পায়বম্মী। পণ্ডিত ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহনা ইবা "লাই হরাওবা" কৌবা লাইরিকতুগী লাইবৌ খুৎথেক ৩৬৪ সু অমুস্নানা য়েকখি।

### মূর্ত্তি শাবা অমদি হকপা-খোংপা অমা ওইনা অমুস্না ঃ

মণিপুরগী লাইশং খুদিংদা লৈরিবা, লাৎনরিবা লাইগী মূর্ত্তিশিং অয়াম্বনা উনা শাবনি। অমুস্নানা যামদ্রবদা মূর্ত্তি ১৫০ রোমদি শাখ্রে, মদুগী মনুংদা, রাধা কৃষ্ণ, বাম- কৃষ্ণ, জগনাথ, বলভদ্র, সুভদ্র, গোপালদেব অমসুং গৌরাঙ্গ- নিত্যনন্দ- না অয়াম্বা ওইখি। মহাক্কী খুৎকী হৈশিংবগী পোত্থোক, খুদোলশিং অসাম, ৱেষ্ট বেঙ্গোল অমদি ভোপাল য়ৌখ্রে।

১৯৬২, জুন থাদা, লাইময়ুম ইবোমচা শর্ম্মা, থাংমৈবন্দা লৈবা ঐগ্যা অসিগী লাইশঙদা লাৎনবা শ্রীজগনাথকী মূর্ত্তি শাখি । চজিংদা লৈবা ব্রাহ্মনশিংগী পুজা তৌনবা গোপালদেব অমসুং রামকৃষ্ণগী মূর্ত্তিশিং শাখি।

১৯৬৮ দা ইম্ফালদা পাংথোকখিবা পোলিটিকেল কনফরেন্স অমগী গেটতা থম্নবা ষণ লাবা পাবোৎ ফুট ১২ ৱাংবা, চে অমসুং ৱানা শাখি। হনুমান, গরুড়- নচিংবা কয়াসু বিলামাতিনা শাখি।

মণিপুরদা ওল্লিঙৈ মতমদা উগী মূর্ত্তিশিং অসি মচু তৈবদা য়াঙৌ হাযবা থাও মখল অমা শিজিন্নরম্মী। মসি উমংদা ফংবা য়েকপা-খোৎপগী লমদা

মখল- মখা কয়া থোক্লা কান্নরবা অদুগা উনা শাবা মূর্ত্তিশিং অসিগী শেমজিন- শাজিনবা মতমদসু য়াম্না কান্নরবা থাও মখল অমা ওইরম্মী। মতমদুদা মওং অসিসু মীশীং য়াম্না খঙনরমদে। হৌজিক্কী মতমদদি ফংবদা ব্রাদ্রবা কেমিকেলগী মচুশিং লাইয়েকপশিংনা নুংঙাইনা লাইনা শিজিন্নরে। অদুবু অমুম্নাদি মূর্ত্তিশিং শাবদা য়াঙৌ ঙসিফাওবদসু অদুমক শিজিন্নরি।

চৎনবী অমসুং নাৎকী ওইবা মূর্ত্তিশিং শাদুনা পুথোকপনা মহাক্কী শেম্থোক লম্বী অমা ওইহনবত নত্তনা থোয়দোক-হেন্দোক্লা লমদমসিগী নাৎ অমদি চৎনবীবু পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা শন্দোকখিবা পামজবা মীওই অমসু ওইরি। মহাক্কী অখন্নরবা মশক নাইরবা খুদোল খরদং পনবা তারবদি

১। তাম্বুল নুপানা তা পায়বগী মূর্ত্তি
২। কবুই নুপীনা সম পুবগী মূর্ত্তি
৩। খম্বা-থোইবী জগোয়গী শক্তম
৪। মৈতৈ নুপীনা ঈল চিংবগী শক্তম অমসুং
৫। লাল মমাংগী শাই ককপী মৈতৈ লৈশাবী

অসিনচিংবশিং পনবা য়াই। অদুগা দুর্গা পুজাগী মতমদদি লৈবাক্লা দুর্গাগী মূর্ত্তিশিং কয়ামরুমসু শাই। ১৯৫০ দগী হৌরগা চহী ৪০ চুপ্লা লেপ্তুনা চৎথরকপা ব্রাবগাই অব্রাং লৈকাইগী দেবী পুজাগী দেবী মূর্ত্তি শাখি।

হকপা খোৎপগী থবক্তনা হৌজিক-হৌজিক সি সি হায়র সেকেণ্ডরী স্কুলদা খিল্লিবা ঐখোয়না উরিবা সার চুড়াচাঁন্দ মহারাজ সিংহগী নুংগী মূর্ত্তিসি অমুম্নাগী খুৎহৈবগী লেংদ্রবা ময়েক লারবা খুদমনি। মণিপুরগী মফম কয়াদসু মহাক্লা শাবা শিবা- মহাদেবগী মূর্ত্তিশিং কয়াসু লৈখ্রে।

অঙ্গরা হায়বদি লাইগী মূর্ত্তিশিং মচু- মমেল শেমজিন শাজিনবা শম্না হায়রবদা ফিজোল হোংবা হায়রগসু খঙনবা অসি মহাক্কী অচৌবা থবক অমনি। থবক অসিদা মহাক্লা হৈথোয় শিংথোইবগা লোয়ননা মমাংঙৈ মতমদগী চৎনরকপা য়াঙৌদু নীংথিনা চেকশিন্না শিজিন্নবা ঙাক্লা চৎলি। অঙ্গরাগী মরু ওইবা মথৌদি লাইগী মূর্ত্তিশিং অদুবু য়েংবদা অমুক নৌহৌনা মশক ফজহনবা অসিনি। মমাংঙৈগী চৎনরম্বী অঙ্গরাগী মওং মতৌসি ঙসিদি নোংমা-নোংমগী শিথরক্লে। অমুম্নাদি ঙসি ফাওবদসু নহা ওইরিবা লাইয়েকপা কয়াদা মহৌশাগী মওংদু কায়দনা থম্নবা ট্রেনিং পীরি।

**শরুক য়ারুবা একজিবিসনশিংঃ**

অমুস্না শর্ম্মনা মখল-মখা কয়ামরুমগী একজিবিসনশিং শরুক য়ারুরে। খরদং পল্লবদা

১। ইন্টরনেসনেল ট্রেদ ফিয়ার একজিবিসন, নিউ দিল্লি, ১৯৭৯-৮০ অমসুং ২০০১

২। ওল ইণ্ডিয়া হেন্দিক্রাফট একজিবিসন, গ্বালিয়র, ১৯৯১

৩। একজিবিসন ফোর ভেটরান আটিষ্ট, স্পোন্সর বায় ষ্টেট কলা একাদমী, মণিপুর, ১৯৯৯ অমসুং

৪। ওল হেন্দিক্রাফট একজিবিসন, স্পোন্সর বায় ইন্দ্রষ্ট্রিয়েল ডিপার্টমেন্ট, মণিপুব, বিগুলবলি সিঙ্গ ১৯৫৬, অসিনচিংবশিংনি।

**শরুক য়ারুবা ব্বার্কশোপ অমসুং কেম্প ঃ**

অমুস্না শর্ম্মনা ব্বার্কশোপ অমসুং কেম্প কয়াসু শরুক য়াখ্রে খবদং পল্লবদা

১। টেন দে ব্বার্কশোপ ওন ট্রেদিসনেল ষ্টাইল ওফ মণিপুরী পেন্টিং (২০০০) ইন ইম্ফাল, জোইন্টলি ওর্গনাইজ বায় দ মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়ম, নেসনেল ম্যুজিয়ম ওফ মেনকাইন ভোপাল এণ্ড দ শর্ম্মা আর্টস এণ্ড ক্রাফট হাওস, হেলথ এট দ এস এ সি ঐচ কমপ্লেক্স

২। আটিষ্ট কেম্প, ইম্ফাল (২০০০) কন্দকটেদ বায আর্ট সোসাইটি এট দ মণিপুব ষ্টেট ম্যুজিয়ম কেম্পস, অমসুং

৩। জর্ম্মন ফেষ্টিভেল এট ভোপাল অসিনচিংবশিংনি।

তোঙান তোঙানবা হিরম খবদসু অমুস্নানা পায়খৎখিবা থবকশিংদি দিল্লিদা পাংথোকপা বিপাব্লিক ডেগী থৌবমদা, মণিপুব সরকারগীদমক 'ভারত মাতা' হাযবা থিমদা তেব্লো অমা ডিজাইন তৌখি, ১৯৫৫, হিয়াং তান্নবা তেব্লো- ১৯৫৭, ফিশিং গর্লি তেব্লো- ১৯৫৮ অমসুং রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সিংহ হারনেসিং দ ব্বাইলড ইলিফেন্ট এট তেখাও (ইন অসাম) তেব্লো-১৯৫৯ অসিনচিংবনি। মসিগীসু মথক্তা ১৯৫৫ অমুস্নানা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহগী মপুং ফারবা শক্তম অমসু শাখি। ১৯৭৮ দা বিলামাতিনা কংলা- শা' ৬ শাখি। মদু হৌজিক মণিপুব এসেমব্লিগী থোঙ্গালদা খিল্লীবসিনি।

১৯৬৮ দা য়াংদৌবা অমসুং য়াংদৌবীগী মূর্ত্তি উনা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মগীদমক শাখি। ১৯৮২ দা সমাদোল অয়াংবা উনা শাখি। ২০০১ দা নেসনেল ম্যুজিয়ম ওফ মেনকাইন, ভোপালগীদমক উনা রাধা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি (সাইজ ফুট ২) শাখি। য়াংদৌবা- য়াংদৌবী (সাইজ ফুট ৮) অমসুং লুৱাংলৈসু উনা শাখি। ১৯৮৬ তা ফিট ৭ ৱাংবা বিলামাতি অমদি কংকৃতনা "অতিথি সেবা" হায়না মিংথোনবা মূর্ত্তি অমসু শাখি মদু হৌজিক মণিপুর লেজিসলেতিপ এসেমব্লিগী কেম্পসতা থিল্লী। মসি পূম্নমক মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী পামজরকপগী মহৈশিংনি।

অমুম্না আর্টিষ্ট অমা ওইনা য়েকপা, শাবা কয়া তৌরক্তুনা কনট্রেক বেসিসতা চহী অহুমলোম মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা থবক তৌরম্মী। ১৯৯০ দগীনা ১৯৯৪ ফাওবনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজী তেম্পলদা কারিগরহ ওইনসু থবক তৌরম্মী।

শ্রী অমুম্নানা শিনফম অসিগী মথক্তা অতৈ অতোপ্পা থবক থৌরম কয়ামুক্তসু শরুক য়ারকখি। ১৯৫৫ দা খোংমন্দা হিন্দী বিদ্য ভৱন লিংখৎলকপা মতমদা ফাউন্দর সেক্রেটরী ওইখি। ১৯৬৩ মণিপুর আর্টিষ্ট এসোসিয়েশন লিংখৎপদসু ফাউন্দর সেক্রেটরী ওইখি। গুরু মংশিদম কলাচান্দ সিংহগী লমজিং লমতাক মখাদা এসোসিয়েশন অসিনা গুরু নিংথৌজম ভদ্র সিংহগী মপোক নুমিৎ পালন পাংথোক্তুনা লময়ানবা কলাকার অসিবু ইকাই খুম্নবা উৎখি।

মহাক মহারাজ বোধচন্দ্র কোলেজ লিংখৎলকপা মতমদসু গোভর্নিং বোদিগী মেম্বর ওইরকখি, ইম্ফাল আর্ট কোলেজগীসু ১৯৯৮ দগী ২০০১ ফাওবা মেম্বর ওইরমখি।

১৯৭২ দা শর্ম্মা আর্টস এণ্ড ক্রাফট হাওস (এস এ সি ঐচ) লিংখৎপগা লোয়ননা নহা ওইরিবা আর্টিষ্ট কয়াদা ট্রেনিং পিদুনা মশানা মশাগী থবক পিজবদা চাওনা মতেং পাংখি। "সাচ" না মণিপুরদা অহানবা ওইনা মোলডিং অমসুং কাষ্টিংগী ট্রেনিং পিদুনা ছাত্রশিংদা ক্রাফটসকী আইটেমশিং পুথোকপা তম্বীখি। অদুগুম্নবা ট্রেনিং অদু মায় পাকখিবগা লোয়ননা আর্টিষ্ট কয়ানা মখোয়গী পূন্সিগী শেন্থোক লম্বী ওইজবা ঙমখি। হৌজিক ফাওবদা "সাচ" কী আর্টিষ্টশিংনা মেটালিক ষ্টেচু, মোডেল কয়ামুক ব্রোনজ অমদি এলুমিনিয়মদা পুথোকখ্রে।

মশাগী চহী ৮৯ শুরক্লবা শ্রী ব্রহ্মচারিময়ুম অমুস্না শর্ম্মনা হৌজিক ফাওবদা মহাক্লা তৌজরক্লীবা শিনফমসিদা মনা কয়াসু ফংখ্রে ।

**ফংলবা মনা- মথুমশিংদি**

১। ১৯৭৫ দা "মূর্ত্তি কলা বিশারদ" হায়বা উপাধি অসি অখিল মণিপুব কলা সম্মেলননা পীখি।

২। ১৯৭৯-৮০ দা "মাষ্টর ক্রাফটমেন ষ্টেট এৱার্ডি" ব্রুদ কর্ভিংগী লমদা ডাইরেক্টোরেট ওফ কর্ম্মস এণ্ড ইন্দষ্ট্রিজনা পীখি।

৩। ১৯৮৮ দা "শিল্প ভুষণ" হায়বা উপাধি অসি মণিপুর সাহিত্য পবিষদনা পীখি।

৪। ২০০৬ তা "একাদমী ফেল্লো" মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা পীখি।

৫। ২০০৭, থোইবী এৱার্ড, কৃয়েটিভ প্লাষ্টিক আর্ট ইনক্লুদিং হেন্দিক্রাফট কী মনাসি দ কলচবেল ফোরম, মণিপুরনা মেগী ১৭, ২০০৮ দা পীখি।

যেকপা, শাবগী শিনফমসিদা পূন্সি কখোল্লবা শ্রী শর্ম্মা মখা তানা মনা কয়া ফংলকপা ওইখিসনু পূন্সি নুংশাংখিসনু তাইবঙ মপুগী মফমদা খুরুমজরি। ■

# শ্রী মোইরাংথেম তোমচা সিংহ



**শ্রী মোইরাংথেম তোমচা সিংহ,** ১৯২০, জনুৱারিগী ১৩, পোইনুগী পুর্ণিমা ইবাই নুমিৎতা ইম্ফালগী কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাইদা তাইবঙ খোঙদারকই। অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা মোইরাংথেম ইবুংঙোচাওবা সিংহ হায়না কৌই। অপোকপীগী মিংনা লৈখিদ্রবী ওইনাম নিঙোল মোইরাংথেম ওংবী তকোন দেবী হাযনা কৌই।

অপোকপা মোইরাংথেম ইবুংঙোচাওবা, মতম অমদা মোইরাং নিংথৌ হায়বদু ওইবম্মী। মতমদুদা মোইরাং নিংথৌ ওইবা তারবদি নিপী (লোযনবী) লৈতবা যাদে। অদুবু মহাক্তি নুপী অনীদুম থিখি। নুপী অহলনা নুপা ৩, নুপী ৫, অদুগা নুপী অতোনবীনা নুপা ২, নুপী ২, পুল্লপ পুন্না মচিন মনাও ১২ গী মনুংদা নুপী অহন্না পোকপদা নুপাগী অতোনবনি।

তোমচানা মহে মশিংগী খুৎমারকপা অহানবা শিন্দমশঙদি কৈশামপাৎ প্রাইমারী স্কুলনি। মথংদা মতম অমদা নিউ হায় স্কুল হায়রম্বা অদুদগী সার চুড়াচান্দ হায় স্কুল, হৌজিক্লা সি সি হায়র সেকেণ্ডরী স্কুল হায়না খঙনরবা অসিদগী মেত্রিক পাস তৌরকখি। তোম্বীম্না হায় স্কুলসু ইয়োর হায় স্কুল কৌরম্মী। টি জি হায়র সেকেণ্ডরীসু গার্লস হায় স্কুল কৌরম্মী, ডি এম কোলেজসু ডি এম কোলেজ কৌরমদে,

মহারাণী ধনমঞ্জরীনা লুপা লিশিং তরা কংলবা মতুংদা মাগী মমিংদা ওনখিবনি। মতম্‌দুগী লুপা লিশিং তরাগী মগুণদি অঙকপনি। মমিং ওন্দুনা ডি এম কোলেজ কৌরবা কোলেজ অসিদগী কলিকটা (কোলকটা) য়ুনিভর্সিটীগী মখাদা আই্এ পাস তৌরগা বি এ তম্বী।

১৯৫১ গী জনুৱারি তাং ২৫ দা আমেরিকান করেস্পোনডেন্স কোলেজ দিল্লিনা MACC হায়বদি মেম্বর আমেরিকান করেস্পোনডেন্স কলেজ উপাধি পীরকখি। মসি মতমদুদা পাক-পাক ফংদে। অদুদগী ষ্টোনোগ্রাফি পাস তৌখি।

ঙসিদগীনা চহী খরগী মমাং অঙনবা মতম অদুদদি লাইরিক লাইশু হৈববশিংসি তাদুনা খক লৈবমদে। সরকারনা কৌ- কৌদুনা, থিদুনা থবক পীরম্মী, পুহল্লম্মী! ১৯৪২ দা সেকেণ্ড লেপ্তনেন্ট, ২-বি ব্রিটিশ কোয় ওইরে। মতমদুদা ষ্টেট গোভর্ণমেন্ট সিভিল ওফিসাবশিংগী আইডেনটিটি কার্ড ইশু তৌবা ওইনা এমিন. কো. ওফিসার ওইনা থা খবা লৈরম্মী। মতমসিদা সিভিল ওফিসারশিংনা আইডেনটিটি কার্ড পাযদ্রবদি চেক তৌবা, ফাবা, ৱাহং-পাওহংবা য়াম্না চৎথৈ।

১৬/৩/১৯৪২ দগী সব এসিষ্টেন্ট, সুপরভাইজর, সেন্ট্রেল ডাইরি ডিপার্টমেন্ট, মিলিটরী ফার্ম ওইনা লৈরম্মী।

২১/৩/১৯৪৪ দগী সব পোষ্ট মাষ্টর ইম্ফাল (ক্লাসি মিলিটরী পোষ্ট ওফিস) ওইরম্মী।

ডিসেম্বর, ১৯৪৪ দগী এসিষ্টেন্ট, একাউটেন্ট, একাউন্ট ষ্টাফ, ষ্টেট ওফিস ওইরম্মী।

৭/৫/১৯৪৫ দগী একাউন্টেন্ট, চিফ কোর্ট, জুডিসিয়েল কম্মিসনার কোর্ট, হৌজিক হায় কোর্ট ওইরবা অসিদসু লৈরম্মী।

২/৯ /১৯৫২ দগী মতম অমদা মণিপুর পব্লিক হায় স্কুল হায়না কৌরম্বা অদুগা ঙসিনা রাজা ডুম্বরা সিংহ হায় স্কুল কৌরবা অসিদা মতম খরসু ওজা ওইরম্মী।

২৫/৩/১৯৫৭ তা এ ডি সি টু দ মহারাজ ওফ মণিপুর, ওফিস ওফ দি কোর্ট ওফ ৱার্ডস ওইরম্মী। ৭/৭/১৯৭২ দা থবক্তগী পোখারে।

সোসিয়েল ৱার্ক্সতা থৱায় লুপচরক্লবসু, সাহিত্যদা কখোকচরবসু ঙসি ফাওবদা মনা মথুমগীদমক থোয়দোক্না পূক্লিং লুপশিল্লুদে। ঙল্লিদৈ ক্লাস সেভেন তম্লীঙৈদদি এসে কম্পিটিসন্দা ফাষ্ট তারক্কুনা মেডন অমদি ফংখ্রে।

ক্লাস আইট, নাইন তম্লীঙৈদা বোজয় স্কাউট য়াম্না থৱায় য়াওনা য়াওরকই। হিয়াংথাং বরদা অহীংদগী স্কুলদা স্কাউট ময়াম পুল্লগা মফমদুদা চৎতুনা মীয়ামগী মতেং পাংলকই। অহানবা চহীনা তেন্দর ফুট হায়না খঙনৈ। অনীশুবা চহীনা সেকেণ্ড ক্লাস হায়না খঙনৈ। অহুমশুবা চহীনা ফাষ্ট ক্লাস হায়না খঙনৈ, মতমদুদা ফাষ্ট ক্লাসসি কনামত্তা ওইখিদে। সেকেণ্ড ক্লাস ঙাক্তা ওইখি।

শ্রী মোইরাংথেম তোমচা সিংহনা, রাজা ডুম্ব্র সিংহগী মচানুপী তরেৎকী মনুংদা অমা ওইরীবী মঙাশুবী মচানুপী রা:কু: খোম্বীস্না, সনাতোম্বী হায়রগসু খঙনবী অসিগা লোয়ননা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নরকখি। মহাক মচানুপা অহুম গোপাল, হেমন্তকুমার (মোমোন), নোনিকুমার অমদি মচা নিঙোল মঙা ফংজখি।

থবক তৌরিঙৈ মনুংদা অমদি থবক তোক্লবা মতুংদা সোসিয়েল ৱার্ক্স কয়া লেপ্তুনা তৌরকখি। ম্যুজিক কলেজ লিংখত্তুনা বাবুপাড়া থিয়েটব হোলদা, হোৎনরকখি মতমদুদা ভাবক ওইনা লেম্না লৈনিংদবদগী পুং (তবলা) অমদি সিতার তমখি।

সঙ্গীত মণ্ডির লিংখৎখি, কাঙাবম লৈকাইদা, মথক্তা পল্লিবা ম্যাজিক কলেজ অসিনা ডান্স কোলেজ ওনখ্রবদা অমুকসু ম্যুজিক কোলেজ অমা লিংখৎখি। মদু তম্ফাস্না হায় স্কুলদা হায়নদুনা দরখাষ্ট থাদুনা তম্বা হৌই। সঙ্গীত মণ্ডিরগী মেম্বরশিংনা ওজা ওই, সঙ্গীত মণ্ডির উথায়রে। হৌজিক্তি শ্রীশ্রী বাল মুকুণ্ড দেব ম্যুজিক কোলেজ ওনখ্রে।

সেগা রোড জুনিয়র হায় স্কুল লিংখৎলি। মদুগী গোর্ভনিং বোডিগী সেক্রেটরী ওই। তমফমদি কৈশামপাৎ এল পি স্কুলদা ওই। জোনষ্টোন হায় স্কুলদগী পেন্সল ফংলবা পোৎশংবম চাওবনা হেড মাষ্টর ওইহল্লী। এ ডি সি ওইবদগী ফংলকপা পৈশানা ওজাশিংগী তলব পিনৈ। মতমদুদা বহুগুনা- না ডাইরেক্তর এডুকেসন ওইনা লৈরম্মী মঙোন্দা স্কুলসি লৌখৎপিয়ু নৎত্রবদি ঐগী তলবতি য়ুম য়ৌবা ঙমদ্রে হায়রুবদা তাবিরদুনা সরকারনা লৌশিনবিখি হায়।

মণিপুর পিপলস পার্টিদা জেনরেল সেক্রেটরী ওইরম্মী। মতমদুদা এম পি পিনা মণিপুর সরকার পায়খি।

চহী ২৮ চুপ্পা, মণিপুর হিলস এণ্ড প্লেন কন্ট্রেক্টর এসোসিয়েশনগী প্রসিডেন্ট ওইরম্মী। হৌজিক এসোসিয়েশন অসিগী চিফ এডভাইজর ওইরি।

মণিপুব ইঞ্জিনিয়াবিং কন্সট্রক্সন এণ্ড বিল্ডর লিংখৎখি, জেনরেল সেক্রেটরী ওইরম্মী।

মণিপুব কন্সট্রক্সন এণ্ড ডিভেলবমেন্ট প্রাইভেট লিমিটেত লিংখৎখি, ডাইরেক্তব এমিনিষ্ট্রেশন ওইবম্মী।

থবক্তগী পোত্থাবক্লবা, পূম্নমকসিগী চেন-চোংবদা পাঙ্গল হল্লক্লবদা লাইরিক ইববোমদা পূক্লিং লুপশিল্লক্তুনা পোত্থাফম ওইরি।

**হৌজিক ফাওবদা ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি**

১। সঙ্কীর্ত্তন বিচাব সংগ্রহ

২। পণ্ডিত নেহরুনা ইবা ডিসকোভবী ওফ ইন্দিয়া, ইংলিশতগী মণিপুরীদা ট্রান্সলেশন

৩। কংলা কংলৈ খুম্থোক খুনশেম পুযা, অসিনচিংবনি।

**হৌজিক হৌজিক প্রেসতা লৈরিবনা**

১। শ্রী মদ্ভাগবদগীতা (ৱাহৈ- ৱাহম্থোক, অপুনবা অর্থ অমসুং টীকা; )

**ইবা লোয়রবা অমসুং ইথরিবা লাইরিকশিংনা**

১। বিক্রমোবর্বসি (কালিদাসকী)

২। নেপোলিয়ন বোনাপার্ড (পূন্সি ৱারী)

৩। রাজা ডুম্ব্র সিংহগী জীবন চরিত্র (পূন্সি ৱারী)

৪। যুমশারোন পুয়া

৫। হকশেন হক্লোন অমদি চিঙ্গাক

৬। শিব পুরান (ট্রান্সলেশন)

৭। উপনিষদ (ট্রান্সলেশন)

৮। মৈতৈ ফুঙ্গা ৱারী, অসিনচিংবনি।

অহলগী মতম ওইশিল্লক্লবসু ইবা লোয়রবা লাইরিকশিং অসি ফোঙবা ঙমদুনা মখা তানা মোইরাংথেম তোমচাগী কলম্না পোত্থাদবা ওইখিসনু। ■

# শ্রী লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ



**শ্রী লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ,** ১৯২০ গী ডিসেম্বর ৮ দা য়াইস্কুল হিকরুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল, মণিপুবদা তাইবঙ খোঙদারকই। হৌজিক মশাগী চহী ৮৮ হায়জিল্লক্লে। অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা তোমালজিৎ সিংহ্ কৌই। অপোকপীগী মিংনা লৈখিদ্রবী থিয়াম নিঙোল লাইশ্রম ওংবী ইবেমহল দেবী কৌই। মচিন- মনাও নুপা ৩, নুপী ১ পুন্না মরিগী মনুংদা খ্বায়দগী অহলনি। মনাওনুপা লাইশ্রম সমরেন্দ্র অদুগা লাইশ্রম রাজেন্দ্রদদি লৈখিদ্রে। মচন্নুপী অমা চীংঙা মখাদা ওংদুনা লৈরি। মহাক্না ইতে.ন তোনবীনি। লোয়নবীগী মিংনা কৈরাও লংদুমদগী অসেম নিঙোল ইবেমহল দেবী কৌই। শ্রী বীরেন্দ্রকুমারগী মচানা নুপা ৩, নুপী ২ নি। মচানুপা অহল ইমো, ডাক্তর ওইরি। শান্তি অসানসোলদা লৈখ্রে। মথংনা দম্মুনি মাদি গিটরিষ্টনি। মথংদনা সরজুনি, লৈখিদ্রে, সোরোজিনিসু হায়না খঙনৈ। ইতোন তোনবনা সেন্দো কৌই। মানা উকিলনি।

ইম্ফালগী জোনষ্টোন স্কুলদা মহৈ-মশিং তম্লক্তুনা ১৯৩৯ দা কলিকাটা য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা মেট্রিক, ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌই। মথংদা ৱেষ্ট বেঙ্গলদা সবভেযর কোর্স তম্বা চৎলি। মদু ১৯৪০ দনি। মতমদুদা হিন্দুষ্টান পাকিষ্টান খৎনদুনা মফমদুদা লৈবা য়াদবদগী মণিপুরদা থোরকখি। অদুদগীদি অনীশুবা লাঞ্জাও অদুম লাকখ্রে। ফাষ্ট ইয়ার তম্বা মতমদুদদি শ্রী বীরেন্দ্রকুমাবনা ফাষ্ট তাখি।

অনীশুবা লাঙ্গাও লোয়রবা মতুংদা অমুক হন্না চৎলগা মখা তমথখি হায়। ১৯৪৫-৪৬ তা সরভেয়রগী কোর্স মপুং ফানা তম্বা লোয়রে। ছাত্র, ত্রেনি ১৫ থাবদা মখোয় ৪ তমক পাস তৌই হায়। মদু বেঙ্গোল সরভে এজুকেসন এদভাইজরী বোর্ড, কলিকটাগী মখাদা ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌখি।

বেঙ্গোলদগী সরভে ফাইনেল পাস হেক তৌরকপগা অসাম সরভে গোর্ভামেন্ট ওফ অসামগী মখাদা শিলংদা ১৯৪৫ নভেম্বরদগী ১৯৪৭ ফাওবা থবক তৌরম্মী। মতমদুদা ঐচ ই কুইদা হায়না কৌবা য়ুরোপিয়ন অমগী মখাদা দিপুটি সরভে ওফ অসাম হায়বদু ওইরম্মী। সরভেয়রগী থবকসি অকোকপা নুংঙাইবা মফমদদি কয়া তৌদে, উমং-ৱামংদা শা-কৈ মরক্তা ঙাক্তা ওইনা তৌই। নুংথিলদনা নুমিৎ ওবজার্বেসন তৌই অদুগা নুমিদাংদনা থৱানমিচাকশিং ওভজার্বেসন তৌই। ৱামন্দুনা মফমদুগী থবক্তু তোকথোক্লগা মণিপুরদা লাক্খি। অদুদগী অসামমী মচা অনীগা লোয়ননা মণিপুরদা ব্রাঞ্চ অমা হাংদোক্লে। মদুদসু শ্রীবীরেন্দ্রকুমারনা মখা তানা থবক তৌবা ঙম্লরোই হায়দুনা মদুবুসু তোকথোকখি।

তম্বা লোয়রদুনা থবক তৌবগী খুদোংচাবা ফংলবসু বীরেন্দ্রকুমারনা ৱামনবদগী থবক অদুবু মখা তাথনা তৌবা পামখিদে। মহাক্না পামজবদি ঈশৈ হায়বসিনি। থবক অসি তৌরবদি ঈশৈ তৌবদি য়াররোই খন্দুনা অয়াম্বসু থবকসি তোকথোকখি। মসিগী মতুংদা কাঞ্চিপুর হায় স্কুলদা চহী অনীমুক ওজা অমুক ওইরম্মী।

মতম খরা লৈরগা মণিপুর সরকারগী পি ডব্লীউ ডি গী মখাদা ড্রাফসমেন ওইনা অমুক থবক চংলে। মতমদুদি ঙসিগী অসিগুম তোঙান-তোঙাননা বিভাগ মচা- মচাসি খায়দোক্লমদে। প্লান্নিংদদি লৈ হায়ববু ঈশিং চাওরক্লবসু অদুম চঙদুনা ময়াওই অতৈ অতোপ্পদসু অদুম ময়াওই। মতমদুদা কোল্লীবা মফম্না শুগনুদগী ডিমাপুর ফাওবসি কোন্দুনা পুই। অদুদগীদি এস ও ওইরে। চীংদা মান্দা অমুক কোইথা-থাদুনা কোইচৎ-চৎলে। মতমদুদা থবক ফরুরবদি মীদো থবক য়াম্না হেক্তা শিন্নরে হায়। অদুবু চীংদা-মান্দা কোইচৎ-চৎলুবদুদগী থেংনরকখিবশিংনা ঙসিদি এক্সপরিয়েন্স অমা ওইরদুনা মখোয়গী মরমদা মণিপুরগী মমিং লৈরবা পাউ- চে পোক্লফমদা করিগুম্বা খরদং ইজবা ঙমজরিবনি হায়না ফোঙদোকখি।

“ঙসিগী নুংঙাইরবা, অমরোমদা হায়রুরগদি করিবু হায়গদবনো খঙদেদা মতমদুদা অসাম সরকারগী মখাদা থবক তৌরম্বদুদা ফংলম্লীবা থাগী তলবসি শুপ্নতগী লুপা ১১৬ তনি। অদুগা মদু তোকথোক্তুনা মণিপুরদা লৈরবা মতমদুদনা

ফংলিবা তলব হায়বা তারেনেকো মদুনা শুপ্লতগী লুপা ৪৫ দনি। অদুবু মতমদুদি শেনফমদুনা থবক ওষ্ছোক্লা য়াম্না তৌবা য়ারমখ্রেদা!"

থবক তৌনা- তৌনা পেন্সন ফংলমদাইদা ১৯৭৮ দা ফোকলোরিষ্ট শঙ্কর সেন গুপ্তগা থেংনরক্লুনা খঙনবা হৌরকখি। য়াম্না লুনা চাননা তিন্নবা মরুপ ওইখি। মদুসু করেসপোন্দেন্টতনি। দুর্গাপুরদা সেমিনর পেপর অমা পাখি। মদুদা শ্রী বীরেন্দ্রনাথ দত্তসু উন্নখি। ১৯৭৯ দা ইঞ্জীনিয়র এষ্টিটেস্ট টু এস ই পি দল্লিয়ু ডি ওইনা থবক্তগী পোত্থাখি। মদুগী মতুংদগীদি ফোকলোরসি য়াম্না থব্রায় য়াওনা নৈনবা হৌরক্লে।

ঈশৈ-নোংমাইদা থব্রায় য়াওবা লৈকাই, দ্রামা লীলাগী মকোন, ওইরবনা লৈখিদ্রবা ঙংবম নিমাইখোয়সিদি মমা-মপানা যন্ত্র লৈবিদুনা পূক্লিং থৌগৎপিগ্রবসু, শ্রীবীরেন্দ্রকুমারদি পামজবনা চিংদুনা লোন্না-লোন্না ঈশৈ তানবগীদমক দ্রামা য়েংলগা ঈশৈ ঙংবা হৌরকখি হায়।

হৌজিক মতমগী ঈশৈগা, মতমদুগী ঈশৈগদি মান্নদে হায়। মতমদুদদি বাংলাদা গ্রামফোন্দা পঙ্কজ কুমার অমদি শচিনকুমার দেব বর্ম্মন খোয়না শকপদু মতৌ তন্নগা শক্লকইসু হায়। মতমদুদদি য়ুমদা রেডিও লোয়নবসু য়াম্না তাংলি। অদুনা ঈশৈ তানবগীদমক কোয়চেন-চেন্দুনা দ্রামা য়েংলকই। রাগদা বেজ তৌদ্রবদি চোপ্লরম্বগুমসু তৌই। ঈশৈবু পামজরুবনা মাইস্নাম ওঝা তোম্বী অমদি চীংঙাখম ওঝা কলানচিংবগী মফমদা চৎতুনা ঈশৈ তম্নকখি। মতমদুগী ঈশৈ ময়েকশিংদি বাংলাদগী হন্দোকপনা অয়াম্বা ওইরম্মী।

মসিগী মতুংদদি কর্ণ অর্জ্জুন পৌরানিক দ্রামা, অরেপ্পা মরুপ, সতী খোঙনাং, অঙাংহলগী "চুরুপ থকপা তোক্লসি", "অসি মখৈ থারশি", ব্রাশক পুন্না পূক্লিং হব্রাও- হরাওনা কা- হায়দুনা ঈশৈ শকপা হৌরে। কোম্হৃংদদি চান্নরা শক্লে। মতমদুদা, ১৯৪১ দা অরেপ্পা মরুপ্তা মৈত্রম বীরনা ঈশৈ অমা শকই।

নুংশি ব্রাংমা ব্রাংমদা
তাইবঙ লোনচৎ কারন্দা
চেক্লানা শাখপ তোইরকপা
পোম্বীনা খানা য়েংলকপা, কনাগী থৌইনশিন্নো
চেক্লা শাখপ য়েংগেরা
পোম্বী কোলোয় তাগেরা
কল্লক মায়োক য়াগেরা
কোলোয় নপাউ শেংলম্মু।

অসুম্না, অদুদগীদি, কর্ণ অর্জ্জুনলোমদা শক্লরম্বা অদুসু হোংলক্লে। মদুগী সুর ওল্লে। বীরেন্দ্রকুমারনা সুর পানখি হায়।

১৯৪১ দা ইহান হানবা ওইনা "অরেপ্পা মরুপ" তা য়াওদুনা ছাত্র অমগী শক্তম লাংলগা মীয়ামদা ঈশৈ শকপা উৎপা হৌরকই। মতমদুদা অসিগুম্নবা শিনফমসি পামজবগী তৌবা ওইরম্মী, শেল ফংলমদে। এম ডি য়ুনা অনী খায়দোক্লখিবা চীংঙাখম লৈরক্তা ময়ুরধবজগী য়ুমদা নরসিংহ লীলা শান্নখি মদুদসু ঈশৈ শকখি। লাল কায়বদা বীরেন্দ্রকুমার শগোলতেংবা, থৌবাল অমদি চরাংপাৎত লাঞ্জেনখি।

ফোক ম্যুজিক পামজরকপগী মতাং অমতংগা পনবা তারবদি শঙ্কর সেনগুপ্তগা তিন্নরবা মতুং লাল- চেনবা, লাল- মনুংদা খুঙ্গংশিংদা পেনা শকপা থিরগা পেনা তম্মী। চুংখাম ওজা মনিককী মফমদগীসু থা অহুমলোম শৈশকসি তমহৌখি।

খুল্লং ঈশৈগী মতাং অমুক পনবা তারগনা- থবক তৌরিঙৈ মনুংদা, লোক্তাক্তা বিং বোড শানবগী ময়াম সরভে তৌবা চৎপা মতমদা হি হোনবা অমা নেকই। হি তোংলগা চৎলি। অথাপ্পদা নুপী খরা হি হোল্লগা ঈল চিংলগা ঙা ফাবা উই। মতমদুদা বীবেন্দ্রকুমারনা হিহোনবদুদা মখোয়সি খুল্লং ঈশৈ শকপা হৈবা য়াওরমগদ্রা হায়না হংবদা হিহোনবদুনা "য়াওরম্বা য়াই" হায়না খুন্নকখি। শকউ য়ারক্কদ্রা হায়রুবা মতমদদি য়াবক্লোই হায়না হি হোনবদুনা খুন্নকই। বীরেন্দ্রনা, করম্না শকহনগনি? মখা তাখি। শকপা হৌরুরবদি হৌরক্কনি হি হোনবনা খুন্নকখি। অদুদগীদি বীরেন্দ্রকুমাবনা ঈশৈসি পামজবনিনা ব্বাহৈ খরা হৌরগেকো হায়দুনা- "শাবী ইনেম মচা..." কায়না হেক হৌরুরে। অদুদগীদি মখোয়নসু খুন্নক্লে। অদুদগীদি বীবেন্দ্রকুমারনা অমুক ওক্তুনা খুল্লে। মখোয়গীদি হৈনবীনিনা ব্বাহৈ- ব্বাতা ব্বাংখিদে। বীরেন্দ্রকুমারগীদি অখঙবা খরদু লোয়থোকখ্রে। অদুদগীদি মহাক হুমাং অনপ্পী কারকখি। মখোয়না ঙমখ্রে। খুম্বা ঙমদ্রে। হায়দুনা খুবাক খুজিল্লকখি। মহাক মায় হাইফেৎ ঙাংই হায়। অদুবু মহাক্লা মতমদুদা হিহোনবদুদা চৎলো, হি মমায় লৈরো, হল্লসি হায়কব্বা মতমদদি হি হোনবদুনা কৈদৌরে হায়না হংলকপজাৎনি। মতমদুদা বীরেন্দ্রকুমারনা য়াম্না মোন্দা নুংঙাইনা হিহোনবদুদা চৎলো হনগদৌরিবসি মায়থিরগা হনবা নত্তে। ঐনা ঙল্লবনি। মখোয়সে ঐগীদি গুরুনি হায়খি।

১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বর ২০ দা গৌহাটিগী রেডিওও ষ্টেসন্দা শ্রীবীরেন্দ্রকুমরনা ইহান হানবা ওইনা মণিপুরী মতমগী ঈশৈ শকপা হৌখি।

মতমদুদা লুপা ৩৬ ফংই। মথংদা এসিষ্টেন্ট ষ্টেসন ডিরেক্তর ওইবা মমিংনা বীরেন ফুকন কৌবা নুপা অমা রুপমহলদা ক্লাসিকেল ম্যুজিক শকপা কলাকার থিরকইবনি হায়দুনা লাকখি। মদুদা বীরেন্দ্রকুমরগা থেংনখি। মতম খরা লৈরগা অল ইন্দিয়া রেডিও শিলংদগীনি হায়দুনা চে অমা লাকখি। মদুদা করি ঈশৈ শক্কদগে হায়বা খঙদদুনা "শ্রী রামচন্দ্র রঘববু নিংজৌ পূক্লিং" ভৈরবী অদুগা "ফুইনা হৌবা নোংগুম্মী মুনা রাশী লৈবীনি" হায়বসি শকখি। মদু রুপমহলগী লীলাগী ঈশৈ ঙাক্তনি। প্রোগামদু নুংথিল পুং ১ দা অমুক পুং ৫ দা অমুক অনীরক রেডিওদা থাদোরকখি। ঈশৈ অমা শকপদা লুপা ৩৬ ফংই। অদুদগী ফোক শোং অমসু শক্লম্মু হায়বদগী রুপমহলদা যাইথিংকোনু ড্রামাদা হাওবা শাবদা শকপা ঈশৈদু শকখি। ঈশৈশিংদু ১৯৪৯, ১৯৫০ অমদি ১৯৫১ দা লাকখি। অদুবু মতমদুদা তেপ রেকোর্ড লৈরমদে। চাগী ডিক্সতা হাপ্পী ঙাক্তনি। মসি নঙ তাবা পামব্রা হায়দুনা তাহল্লকখি। মতমদুদা চৎলিবা মওংনা ঙসিগী অসুম্না পেসেঞ্জর বস চেল্লমদে মান গাড়ীগী চেং বোড়া হাপ্পা মরক্তা তোংলগা চৎপনি। ইম্ফালদগী ডিমাপুর য়ৌবা ফাওবদা  ভারানা লুপা অহুমগা মখায়তনি।

রেকোর্ড লৌবা চৎপা মতমদা গৌহাটিগী পান বজারদা ভারাদা লৈ। রিয়ারসেল তৌফমদুনা ব্রহ্মাপুত্র মপান্দা ঈনা কুপ্লা শঙ মচা অমদা তৌই। অতে আটিষ্টশিংদি বাঙ্গালি মচা ঙাক্তনি। যন্ত্রনা হারমোনিয়মগা তবলাগদনি। মতমদুদা ঐনা তবলা য়ৈবদুদা সিংহারগা কোংলি পোৎনিদা।

শ্রী বীরেন্দ্রকুমার আর্ট এণ্ড কলচরগী ডিপার্টমেন্টনা স্কোলারসিপ পীদুনা ওজা পাল্লিগী মরমদা থিজিল্লম্মী। প্রফুল্ল দত্ত গোস্বামী, অসামগী ফোকটেল, বেলেদকী মরমদা খ্বায়দগী অথরিতি ওইরিবা বীরেন্দ্রনাথ দত্তগী ওজানি। ইন্দিয়া য়ুনিভর্সিটি "ব্লুমিংতন" পৃথিবীগী খ্বায়দগী চাওবা ফোকলোরগী য়ুনিভর্সিটি অসিগী প্রোফেসর ওইরম্মী। প্রোঃ গোস্বামীগী মোত মতুং ইন্না অশাংবা বেলেদপু অপর অসামদা মালিতা কৌই, মসি অসাম্মীজ অখঙ- অহৈশিং পূন্নমক্লা য়ানরবা ককপা য়াদ্রবা ব্রাফমনি। মতাংসিদা বীরেন্দ্রকুমারনা হায়খিবা ব্রাফম অমনা অসাম সরভেদা থবক তৌরিঙৈদা ব্রহ্মাপুত্র ময়াদা লৈরিঙৈদা পাল্লিগী ঈশৈ তাখিবনি। মদুদা বীরেন্দ্রনা স্বায়দা মৈতৈ তাবা জাৎলা হায়দুনা নোংঙাল্লগা হংই। মদুদা তাদে হায়রকখি। মানা অমুকক্তা হংখি। ঙরাং ঈশৈ শকখিবদুদি? মদুদি ওজা পাল্লিগী ঈশৈনি। অদুবু মদু তাবদা মৈতৈগী খোঙ্গোক্তা চপ মান্নখি। সরকারগী যৌমী অমা ওইরুবনা মদুদা খোঙ্গুল লিরুবদি ঙমখিদে।

অসাম্মীজগী ত্রেদিসনেল ঈশৈগা মণিপুরী ত্রেদিসনেল ঈশৈগা য়াম্না মান্নে হায়বসিমদি খনখি। মণিপুরদা হল্লকুবা মতুংদা সুরচান্দ শর্ম্মনা য়াম্না ইরিবা অরিবা পালা বংদেশ মসিগী মরমদা নীলকান্তনা মসি য়াম্না নক্কবা মরী অমা লৈবদৌনা তৌই হায়বসিদা য়াম্না থিজিন্নীংবা অমা পোকখি। থিজিন্নবগীদমক চৎখি, হল্লকপদা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদা সেমিনর অমা তৌরম্মী। মদুদা নুংশিরবা মরুপ বীরেন্দ্রনাথ দত্তনা তেপ, কেমেরা কয়া পুথোরক্তুনা মতেং পাংবিখি। পালিগী মখল অনী লৈ, মখল অমনা বৈষ্ণব ওজা পালি অদুগা অমনা নন বৈষ্ণবনি হায়বসি খঙখি। অসুম্না ঈশৈগী মরমদা থেংনবা কয়া খঙনিংনা থিজিনখি।

নোংমনা য়ুম্নাম লৈকাই নিত্যানন্দ মাগুপ্তা সেমিনর অমা তৌই। ঈশৈ হনবদুগা দুহারদুগা কোথা কোতোন অদু মোইরাংগী অরিবা পালা অমনা শকই। ওজা পালিগী শৈশক্তু মোইরাংগী ওজাদুদা য়াওই, শৈশক্তু মান্নে হায়না ৱাহং হংখি।

অরিবা পালাসিদি মহারাজ গরীবনিৱাজনা নীংথেম পুখ্রি তৌবদা ঈশিং লৈনবা হায়দুনা বংদেশ পালাসি কোকয়েৎ ফৈয়েৎ য়েত্তুনা শকপা হৌখি হায়। অসামগা ঐখোয়গসি ঈশৈগী লমদা য়াম্না নকশিন্নবরা হায়না খল্লী হায়না শ্রীবীরেন্দ্রকুমারনা ফোঙদোকখি।

"কলচরেল বেক গ্রাউন্দ ওফ অসাম" হায়দুনা নাওথিংখোংনা পানবা মতমদা অসাম্মীজ ঈশৈ শকপা খরা মখোয়দু অসামসু হায়দে মৈতৈসু হায়দে অহোম হায়বা খরনা চাইনিজ সম্রাটকী সভাদা অসামী অমদি মৈতৈ ঈশৈ শক্লুই হায়দুনা য়াওই মদু কোত তৌবা য়াই। অসামগা মণিপুরগা লৈনরিবা মরীসে য়াম্না কুইরবা মরীনি। লমসিদা শক্লিবা খোম্থোক্তু য়াম্না মান্নে।

অতোপ্পা অসামগী মফম বোরবেতোদা থেংনরকপা অমদা শঙ্কর দেবগী ম্যুজিক্তা রাধা হায়বসি লৈতে। চৈত্যনা দেবগী ম্যুজিক্তনা রাধানা মরু ওই ফিলোসোফি ফজে। মদু বীরেন্দ্রকুমারনা শকপা মতমদদি মখোয় কপ্পী হায় মসি খেন্নবা মখল অমনি। মণিপুরদগী লাকপনি, মণিপুরগী বৈষ্ণব ম্যুজিক্কা অসামগীগা করি মরী লৈনবগে থিবা লাকপনি হায়বদা মখোয় য়াম্না পূক্লিংদা হরাওবসু ফাওবগুম তৌই হায়।

অসুম্না ঈশৈ পামজবা মীওই অমা ওইনা, দ্রামা কয়াদসু য়াওরকই। দ্রামাশিং অদুদি মমিং খরদং পল্লবদা- 'মৈতৈ নুজা', 'য়াইথিংকোনু', 'বি এ থিবা', 'নুংশি লম্মন' নি। ' নরমেধ' দা মিৎ তাংবগী শক্তম অমা লাংদুনা ঈশৈ শকখি।

১৯৫১ গী মার্চ ২০ দা ইহান হানবা ওইনা ঈশৈ রেকোর্ড তৌখি। ময়েক্তি "হো য়াওশঙ হো য়াওশঙ" হায়বসিনি। শৈশকপসিনা পাউনমগী নবিন্দগী রাগ সঙ্গীত তম্লকই, ঙাংবম নিমাইনা থা অমা হল্লী, মঙোন্দগীসু তম্মী। নীলকান্ত, এন গৌরহরি শৈশকপসিগী গুরুশিংনি।

য়াইথিংকোনু ড্রামাদা হাওবা শাই। মৈত্রম বীরনা ড্রামাতাইজ তৌই। য়াম্না ফজনা পি- তাহনবা, ইমোসন, ফিলিং ফজনা তমদুনা রূপমহনগী কলাকার ওইরকই। মখা তারকপদা কৃষ্ণ মোহন্না ইবা মোনু থাঙ্গাল, শকখঙদবী, ঈশৈনা মরু ওইনা য়াওবদা ড্রামাসু য়াওরকই। নুংশি-নুংশিবা ঈশৈ য়াম্না শকখি। এম ডি য়ুদসু য়াওরকই। টিপু সুলতান ড্রামাদসু য়াওরকই।

১৯৯২ দা পাংথোকপা ট্রাইবেল ফোক ম্যুজিক্কী সেমিনর অমদা শরুক য়াখি। চীংদা মান্দা কোয়বা ওইনা, থবক ওইনা, য়াম্না চৎখি মদুদা মখোয়গী ধর্ম্ম, মখোয়গী কলচর, মখোয়গী হিষ্ট্রি ময়াম অমা তম্লকখি। ফোক ম্যুজিক, ফোক কলচর, অসিনা সোসাইতি অসিগী মশক তাকই হায়বসিদা পুমঙাও ঙাওজখি।

শ্রী বীরেন্দ্রকুমারনা ঙসি ফাওবদা তোঙান- তোঙানবা প্লে ৩০ গী ম্যুজিক ডিরেক্টর ওইখ্রে। মহাক শিঙ্গব অমা ওইবতা নত্তনা এক্তরসুনি। ১৯৪৯ দগী এ আই আর ইম্ফালগী শৈশকপা অমা ওইরক্লি। ১৯৯২ দগী দি দি কে ইম্ফালগী শৈশকপা অমসু ওইরক্লি। লোয়না- লোয়ননা অকাশবানি ইম্ফালগী ইংলিশ অমসুং মণিপুরীদা ম্যুজিকেল টোপিক্তা ৱাঙাংলোয় অমসু ওইরক্লি। অকাশবানি অমদি অতোপ্পা লন্নাই সংস্থানশিংনা শিনবা ঈশৈগী থৌরমশিংদা শরুক য়ারক্লি।

মহাক ইষ্টর্ন জোনেল কল্চরেল সেন্টর (ই জেৎ সি সি) কলিকটাগী ১৯৮৬ তগী ১৯৮৮ ফাওবা গোভর্নিং বোডিগী মেম্বরনি। সংস্থান অসিমক্কী প্রোগ্রাম কমিটি মেম্বর ১৯৮৮ দগী ১৯৯২ ফাওবা ষ্টেটসিগী ঈশৈগা মরী লৈনননা ওইরম্মী।

মহাক গোভর্ণমেন্ট বোডি, একজিক্যুটিভ বোর্ড এণ্ড প্রোগ্রাম কমিটি ওফ দি নোর্থ ইষ্ট সেন্টর (এন ই জেৎ সি) গী ১৯৯২ দগী ১৯৯৫ ঈশৈগা মরী লৈনবা ষ্টেট মেম্বর ওইরম্মী।

জেনরেল কাউন্সিল মেম্বর ওফ দি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী ১৯৮৪ অদুদগী একজিক্যুটিভ বোর্ড ওফ একাদমী মেম্বর ১৯৮৪ দগীনা ১৯৮৯ ফাওবা ওইরম্মী।

প্রোগ্রাম একজিক্যুটিভ ফোর ফোক ম্যুজিক এ আই আর ইম্ফাল, ১৯৯০ মে ৭ নিউ দিল্লিদা পাংথোকপা সেলেক্সনদা ইন্টরভিয়ুগী একজামিনর ওইনা য়ু পি এস সি, নিউ দিল্লিনা, চেয়রমেনগী এডভাইজর ওইনা খল্লক্তুনা শরুক য়ারুই।

১৯৮৪ অমসুং ১৯৯৪, ৫ শুবা অমসুং ৬ শুবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিবেল ২০০৬, ওর্গানাইজ বায় এম এফ ডি সি লিমিতেদ ইম্ফালনা শিনবদুদা জুরী মেম্বর ওইখি। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী এক্সপার্ট অমসুং এক্সটর্নেল একজামিনর ওইনা খল্লকখি। মসিগীসু মথক্তা পার্ট টাইম লেকচর কয়াসু পীখি।

১৯৮৩, "ফোক শোঙ ওফ মণিপুর" হিরমসিদা আর্টিকল অমা ইন্দিয়ান ফোকলোর ষ্টদি ওফ ফোক শোঙ অন্দর দি প্রোজেক্ট "ইন্দিয়ন এণ্ড জপানীজ ফোকলোর লিটবেচর" ইস্টর কলচরেল রিসার্চ ইন্সটিট্যুট ওফ কান্সাই য়ুনিভর্সিটি ওফ ফোরেন ষ্টদি, জপান, এডিটেত বায় শ্রী শঙ্কর সেন গুপ্ত, কলিকটা অদুবু লাইরিক অসিদি পব্লিশ তৌখিদ্রে।

১৯৮৩, অসাম একাদমী ফোর কলচরেল রিলেসন্স গুব্রাহাটি, অসামনা, "ফোকস ওন ফোকলোর নং ১" এডিটেত বায় ডা. বীরেন্দ্রনাথ দত্ত, লাইরিকসিদা মহাক্না "মণিপুরী ফোক ম্যুজিক" হায়বা আর্টিকল অমা ফোঙখি।

১৯৮৭ তগী ১৯৯০ ফাওবা আর্টিকল কয়া "দি কোন্সাইস ইন্সাইক্লোপেডিএ ওফ ম্যুজিক, দান্স এণ্ড ড্রামা ইন ইন্দিয়া" মুস্বই হায়বসিদা চিফ এডিটর পদ্মা ভুষণ লৈখিদ্রবা শ্রীনিখিল ঘোস ডিরেক্তর ওফ রিসার্চ ওফ "সঙ্গীত মহাভরটি" মুম্বই হায়বসিগী মখাদা ফোঙখি।

১৯৯০, "ত্রেদিসনেল পর্ফোমিং আর্ট ওফ নোর্থ-ইষ্ট ইন্দিয়া" এডিটেত বায় ডা. বীরেন্দ্রনাথ দত্ত দ অসাম একাদমী ফোর কলচরেল রিলেসন্স গুব্রাহাটি, অসামনা লাইরিক অমা ফোঙখি মদুদা "ম্যুজিকেল ক্বালিটিইজ ওফ সম ওফ দি এনসিয়েল মণিপুরী ফোক শোঙস" হায়বা আর্টিকল অমা হাপখি।

১৯৯৯, সাহিত্য একাদমী নিউ দিল্লিনা ফোঙবা লাইরিক "এন এন্থোলোজি ওফ মণিপুরী ফোক শোঙস ইন মণিপুরী" মহাক্না কম্পাইল অমসুং এডিট তৌখি। সংস্থান অসিমক্না অতোপ্পা এসাইন্দ তৌরকপা লাইরিক "মণিপুরীগী লোক সাহিত্য" ফোঙনবা শেম-শাবা লোইশিল্লক্রে। মসি নংতবা মণিপুরী অমসুং ইংলিশকী আর্টিকল কয়ামসু লৈখ্রে। ডিস্ক রেকোর্ড অমা অমদি মশানা শকপা ঈশৈগী কেসেট কয়াসু ফোঙখ্রে। সেমিনর কয়াদা শরুক য়াদুনা পেপর কয়া পুথোকখ্রে।

**শৈশকপা, ড্রামাটিশ অমদি অইবা অসিনা শন্নরিবা সংস্থান খরদং পল্লবদাঃ**

১। মণিপুর ফোকলোর সোসাইটিগী এদভাইজরনি।

২। দ সোসাইটি ইথনোম্যুজিক্লোজি মোরিসন হোল ০০৫, ইন্দিয়ানা য়ুনিভর্সিটি, ব্লুমিংতন আই এন ৪৭৪০৫-২৫০১ য়ু এস এ গী মেম্বরনি।

৩। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পাওনা বজারগী লাইফ মেম্বরনি।

৪। কলচরেল ফোরম, মণিপুর, বি টি রোড রূপমহল টেকেকমগ্লেক্সকী লাইফ মেম্বরনি।

৫। রূগাইহ্লোং কলচরেল শোঙএণ্ড ড্রামাটিক য়ুনিয়ন, মিনুথোং, ইম্ফালগী এডভাইজরনি।

৬। নাত্য শঙ্গীত একাদমী এণ্ড রিসার্চ সেন্টর, য়াইস্কুল ইম্ফালগী প্রসিডেন্টনি।

৭। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি গী লাইফ মেম্বরনি।

৮। অমিক (অপুনবা মণিপুর মতঅঙ্গৈশৈ কাংলুপ) য়াইস্কুল, মোইরাংখোমগী এডভাইজরনি।

**শৈশকপা, ড্রামাটিশ অমদি অইবা অসিনা হৌজিক ফাওবদা ফংলবা মনা- মথুমশিংদিঃ**

১। ১৯৭৯, লাইশ্রম গৌরহরি মেমোরিয়েল এৱার্দ।

২। ১৯৯১, সার্টিফিকেট ওফ ওর্নর ফ্রোম দি গভর্নমেন্ট ওফ মণিপুর।

৩। ১৯৯১, সঙ্গীত ভুষন, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ।

৪। ১৯৯১-৯২, "একাদমী ফেল্লো ইন লোকসঙ্গীত", মণিপুর ষ্টেটকালা একাদমী।

৫। ১৯৯২, "থোইবী এৱার্দ", দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর।

৬। ২০০২, দ গর্ভনর এৱার্দ ফোব আওটষ্টেন্দিং কন্ত্রিবুসন টু দ গ্রোথ এণ্ড দিভেলবমেন্ট ওফ মণিপুরী ম্যুজিক, দ হোরাইজোন গ্রুপ।

৭। ২০০৩, শ্রীমদ পবামাহানসা স্বমী জোগেন্দ্রনাথ গিরি মেমোরিয়েল এৱার্দ ফোব হিস কন্ত্রিবুসন ইন দ ফোল্ক এণ্ড ট্রাইবেল ম্যুজিক ওফ মণিপুব, দ মণিপুর সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল।

৮। ২০০৩, সঙ্গীত নাটক এৱার্দি ফোর ফোল্ক এণ্ড ট্রাইবেল ম্যুজিক ওফ মণিপুর, দ সঙ্গীত নাটক একাদমী, নিউ দিল্লি।

৯। ২০০৩, "শৈহেকলেন", দ পান্থোইবী নাত্য মণ্ডির ইম্ফাল।

১০। ২০০৩, মৈত্রম বীর এৱার্দ, দ রুপমহল থেটর, ইম্ফাল।

১১। ২০০৪, "সঙ্গীত রতনা", দ মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

১২। দ দিষ্ট্রিক্ট গর্ভনর ওফ রোটরি ক্লব ওফ ইম্ফাল, রোটরি ইন্টরনেসনেল দিভিজন- ৩২৪০ কনফরদ ওন হিম দ ওর্নর ওফ সেনিয়র সিটিজেন ওফ দ সোসাইটি ফোর হিস একজেমপ্লেরি লাইফ টাইম কন্ট্রিবুসন টু দ সোসাইটি ওফ দি ইয়ার ২০০৭ ইন হিস ফিল্ড।

১৩। ২০০৭, লাইফ টাইম এচিপমেন্ট এৱার্দ, অহানবা নোংমাইথেম পহাড়ি নীংশিং কুমওন, নোংমাইথেম পহাড়ি মেমোরিয়েল ট্রষ্ট ইম্ফাল না পীবা অসিনচিংবনি। ■

# শ্রী হিজম রোমোনি সিংহ



মীওইবা ঐখোয়সি জীব পূম্নমক্তগী ৱাখল খনবা ঙম্বগীদমক অথোইবনি হায়নৈ। ঐখোয়বু পোকপীরিবা ইমা-ইপা অনীবুনা মীৎনা উবা ঈশ্বরমক্নিসু হায়নৈ। মখোয়না মচা-মশু ওইরিবা ঐখোয়গী তুংগীদমক লৌ-ইংখোল, য়ূম-কৈ, লন-থুম পৈশিন্দুনা থম্বীরম্মী। ইমা-ইপানা থম্বীরম্বা লন-থুমশিং মচা-মশু ওইবশিংনা কায়থোক-কায়থোক্তুনা চাথোকপদা মপূঙ্গি ফাওবা লোইবা নংদনা লম্মখাংদা পীখম্নখিবা মীওই য়াওদবসু নত্তে। অদুবু কনাগুম্বা খরদি লাই ওইখ্রবশিংনা থম্বীরম্বা লন-থুমশিং ময়েং তাখিদনবা হোৎনবগা লোয়ননা মতম চানা লাইজ খিক্লেন চাইখিবা মীওই মণিপুরদা য়াওদবসু নত্তে। মখোয়শিংদুগী মনুংদা কনাগুম্বা অমগী মপাউ থমজরি।

**হিজম রোমোনি সিংহ**, ১৯২১ গী আগষ্টকী ২৭, অন্দ্রো খুঞ্জাওনা চৈথাবা কুম, শকাব্দ ১৮৪৪, লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইদা তাইবঙ খোঙদারকখি। অশেংবা মিংদি রোমনি হায়বনি। কুষ্ঠিগী মিংনা রোহিনিকুমার থোনবীরকই। মীয়াম্না অঙ্কল রোমোনি হায়রগসু খঙনৈ। অপোকপগী মিংদি মণিপুর মীয়াম্না ঙসিসু শোন্নরিবা সাহিত্যগী মীফম খূদিংদা পন্নদুনা নীংশিংনরিবা, লৈখিদ্রবা হিজম অঙাংহল সিংহনি। অপোকপীগী মিংনা থোঙাম নিঙোল হিজম ওংবী মীকোই দেবী কৌই। মচে অনীনি। অহলগী মিংনা ইন্দুরেখা দেবী, সোয়াম সত্যধারিনা লৌই। অদুগা মচে অতোনবীগী মিংনা ললিতা, মুতুম জানকি সিংহনা লৌই।

*মচিন মনাও অনীমদি লান মনুংদা লৈখিদ্রে। অমনা (তোনু) মেত্রিক পাস তৌরগা অদুগা অতোনবনা ফোনিদ্রো (ফজবী) ক্লাস ঐইট তম্লন্নগা লৈখিদবনি।*

মহৈ মশিংগী অহানবা খুৎমারকপা স্কুলদি পেটিগ্রু স্কুলনি। মতুংদা রাম লাল পাল এম ঈ স্কুল অমদি জোনষ্টোনদগী ইং ১৯৪১, কলিকটা য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা মেত্রিক পাস তৌখি। অদুদগী কটন কোলেজদা আই এ তম্লুই। (লান লাকপদগী) মণিপুরদা থোরকখ্রে। মদুগী মতুংদা দি এম কোলেজ (লিংখৎপা ১৯৪৬) দা তমদুনা গৌহাটি (গুৱাহাটি) য়ুনিভর্সির্টিগী মখাদা ইং ১৯৫০ দা বি এ পাস তৌখি।

দি এম কোলেজদা তম্লিরিঙৈ মতমদুদা ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন লিংখৎপদা য়াম্না চাউবা মাঙজিন থাবা মহৈরোয় অমা ওইনা ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়নগী অহানবা জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। মহারানী ধনমঞ্জরিনা কোলেজ য়েংবা লাকপদা ওক্লদুনা মহৈরোয়শিংগী মীহুৎ ওইনা মহাক্না ৱারী শানখি হায়। ওজাশিং, প্রিন্সিপালনা য়াম্না লুনা চান্না তৌবীদুনা লোয়নখিসু হায়। বি এ পাস তৌরবা মতুংদা খা-ইম্ফাল হায় স্কুল (লিংখৎপা ১৯৪৬), ময়াং ইম্ফাল হায়স্কুল (এন. তোমচৌ হায়র সেকেণ্ডরি স্কুল), নিউ গার্লস এণ্ড এদল্ট নাইত হায় স্কুল (হৌজিক্তি মুখৎখ্রবা) নচিংবদা ওজা ওইরকখি। নিংথৌজম নবকুমার সিংহ (কৈশামথোং খাবম লাকপা ইমুং, বি এস সি ১৯২৫) না অহানবা হেদ মাষ্টর (লাল মতুংদা) মথংদা মহাক্না রাম লাল পাল স্কুলগী হেদ মাষ্টর ওইখি। ওজা ওইবা তোকথোক্লবা কলিকটা (কোলকটা) গী কলিকটা লো কোলেজদা লো অমুক তমখি। মহৈরোয় ওইরিঙৈ মফমদুদা থেংনরকপা, উরকপা, য়েংলকপদগী খঙলকপদুনা মণিপুরদা থোরক্লগা মতমদুদা ঠিয়েটর সেন্টর লিংখৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি।

মণিপুর ষ্টেট এপেক্স কো- ওপরেটিভ মার্কেটিং সোসাইটি (গভর্ণমেন্ট ওফ মণিপুর) গী অহানবা মেনেজরসু ওইরম্মী। শোক ১৯৫৫ দা ঠিয়েটর সেন্টর লিংখৎপা মতমদা সোরোখাইবম ললিত সিংহনা প্রসিদেন্ট ওইরগা রোমোনিনা ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরম্মী। ললিতনা থা অহুমলোম প্রসিদেন্ট ওইরম্লগা লৈখিদ্রবদা রোমোনিনা এক্টিং প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুরম্মী। জেনরেল সেক্রেটরীনা মৈত্রম বীর সিংহনা ওইরম্মী। মতমদুদা মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তা ঠিয়েটর সেন্টরগী থবক থৌরমশিং শন্দোকখি। মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা ড্রামা সংস্থানশিং পুম্নমক য়াম্না কন্না হোৎনদুনা পূনশিল্লগা অহানবা ড্রামা ফেষ্টিভেল (অথোই অহেন তান্নবা) ওল মণিপুর ড্রামা

ফেষ্টিভেল, মপান কাংজৈবুংদা চাউনা ফম্বাক শেমদুনা পাঙথোকপা হৌরে। মদু মায় পাকপা ঙমখি। দ্রামাগী চাংদম্নবা মায় পাক্লা পাঙথোক্লবা চহী অহুম মরিগী মতুংদা অমুক শুমাং লীলাগী মতাংদা থবক পায়খৎপা হৌরে। দ্রামাগী চাওখৎনবা থবক থৌরমশিং তৌবতা নত্তনা করিগুম্বা মতমদা মহাক মশামকসু দ্রামাদা এক্টর অমা ওইনা শরুক য়াখি। রুপমহলগী ভাইস চেয়রমেনসু ওইরম্মী।

মৈত্রম বীর সিংহগা মখোয় অনীনা হিজম অঙাংহলগী য়াইথিং কোনু দ্রামাটাইজ তৌদুনা অহানবা পুথোকপা ওইনা রুপমহল ঠিয়েটরদা ১৯৪৮ দা উৎখি। নীংশিংলকপা ৱারীগী মতাং অমনা- নোংমা অয়ুক্কী পুং ১১ রোম তাবা মতমদা রুপমহলগী মমাঙদা মৈত্রম বীরগা পুন্না লৈরিঙৈ, অরাপ্পা মফমশিংদা অহিংদা লীলা উৎলুরগা হল্লকপদা, অয়ুক্তা ফিনা মমায় মমিৎশিং খুমজিল্লগা লীলাদা শীজিন্নরুবা য়োৎপাক- থাঙজৌ, থাঙ- তাশিং পোৎয়োমশিংগা লোয়ননা একাগাড়ী অমনবা অমমমগা লাকপদু উরগা মখোয়বু খামদুনা ৱারী শানদুনা শুমাং লীলাগী কাঙবু অমুক উন্নদুনা পুনশিল্লগা মপান কাংজৈবুংদা চাউনা খন্দুনা শুমাং লীলা ফেষ্টিভেল (অথোই অহেন তান্নবা) হৌরে। মদু (অহানবা ফেষ্টিভেল) য়াম্না চাউবা অঙকপা মীনা চীক্লা-চায়না ঙমদনা তিনবা অমা ওইখি। অফাও-অফাওবা মীওইশিংনা জর্জ ওইখি। হায়ফম খঙদনা মীয়াম তিনখি। মদুদা পীবা সার্টিফিকেটশিংদা রোমোনিনা সহি তৌখি। চহী ৩/৪ থংনা- থংননা মায় পাক্লা পাঙথোক্লবা মতুংদা মণিপুর সবকাবনা (পব্লিসিটি দিপার্টমেন্ট) লৌশিনখ্রে। মখোয়না শুমাং লীলাগী অথোই অহেন তান্নবা শীনবা হৌখি। মতমদুদা আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেন্ট লৈত্রি।

মসিগী মতুংদা হিজম রোমোনিনা য়াম্না চাউবা থৌদাং অমা অমুক নম্বা লোইশিনখিদ্রবা "মাইনু পেমচা" ফিল্মদগী হৌরগা ফিল্মদা খোঙদাবা হৌরকখি। পুনশিন্নবা যাদবশিংবু পুনশিন্নবা হন্না- হন্না হোৎনরকখি। মতমদুদা ফিল্ম সোসাইটি ওফ ইন্দিযাগী প্রসিদেন্ট মতমদুগী প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধীনা ওইরি। অদুগা ভাইস প্রসিদেন্টনা সত্যজিৎ রাইনা ওইবি। মখোয়গা পাউ ফাওনদুনা মণিপুরগী ফিল্ম চাওখৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি।

সাহিত্যগী মতাংদা, 'শিঙেল ইন্দু' (১৯৩৭) শৈরেংগী লাইরিকসি নত্তনা অপোকপা অঙাংহলনা থম্বীরম্বা তাঙলবা খুৎইশিং চেকশিন্না তাশিন খোমজিল্লগা ফোঙদোক্লবা হোৎনদুনা মথং মথং ফোঙবা হৌরকখি। লাইরিকশিংসি ফোঙবগী

মতাংদা মহাক্কী লোয়নবী আর কে সনাজাওবী দেবীগী অচৌবা মতেং ফংখি। মাগী মতেং য়াওদ্রবদি অরুবা অমসু মায়োক্লরম্বা য়াই। করিগুম্বা মতাং অমদা, 'জহেরা' না খৃৎই ওইরিঙৈ, মচে অতোনবীগী নুপানা অসুম পানবদগী থিবা খঙদনা মতম খরা মাঙলুবদা য়াম্না ৱাজখি। অদুবু লাইবক ফবদগী ফংখি। মৈতৈগী পাছে পাউরৌ (দিমাইদা) লমায় ৩৬০/৩৭০ মুক পানবা য়াবা খৃৎই অমদি কনাগুম্বা অমনা (মিং পঞ্জররোই) পাবদগী মফম খঙনা মাঙহনবীখ্রে হায়না নীংঙমদবগা লোয়ননা শোঞ্জহৌই। মদুগুম্বশিংনা পারা ওইরগা হৌজিক অতৈদি য়াম্না চেকশিন্না থম্নবা হোৎনরে হায়রি।

হায়দোক্কনু হায়রগা য়াম্না হায়দোক্লিংবা ৱাফম অমনা- হৌজিক্তি লৈখিদবসু য়াওরে, হিংলিবসু য়াওরি, 'খম্বা থোইবী' শৈরেংনা খৃৎই ওইরিঙৈদা ইদিট তৌরগা ফোঙলগে হায়দুনা য়ুমদা লাকখিবা মীসু লৈ। অদুবু ইদিট হাযবসিগী ৱাখল্লোনসি অসুম খল্লুরগা রোমোনিনা য়াদদুনা পীখিদবগী মতাং লৈখ্রে । হন্দক্তা অপোকপগী পূনশিল্লবা 'পোক্তবী ইবেম্মা' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অমাসু ফোঙখ্রে । কবি অঙাংহলগী লাইরিক সেরিজ ওইনা ফোঙবা হৌরগনি।

রোমোনিনা হৌজিক হৌজিক মণিপুরী ঠিয়েটরদা মপূন্সি কখোকপদা নত্তনা সাহিত্য অমদি কলা সংস্কৃতিগী মায়কৈদসু অচৌবা থৌদাং লৌবি। মহাক্কী হনবা নাইদবা চোকথবা লৈতবা থৌনাসিগীদমক দ কলচরেল ফোবম, মণিপুরগী ৪৯ শুবা মপোক কুমওন্দা (মেগী তাং ১৭, ২০০৭, মণিপুর প্রেস ক্লব) ফোরমসিগী অহল ওইশিল্লক্লবা লাইফ মেম্বরশিংবু "ৱি রিমেম্বর" হাযদুনা খুদোলপোৎ পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা তরাম্না ওকখি। ■

# পাওখোহাং হাওকিপ



**পাওখোহাং হাওকিপ**, ১৯২৩, চুরাচান্দপুর ডিষ্ট্রিক্টকী মনুং চনবা মণিপুরগী পুৱাবীগা শাগোন্নবক্লবা মফম মোইরাংগী মখা ওইরপ্না লৈবা সাইতোন খুল্লেন্দা তাইবঙ খোঙদাবকখি। মতমদুগী চল্লবা চীংমীগী ইমুং অমদা পোক্লকখিবা ওইবনা চপ-চাবা পোকপগী পুংফম থাবান তারিক রেকোর্দ তৌহৌদ্রে। অপোকপগী মিংনা ভুলখোলুন হাওকিপ কৌই। অপোকপীগী মিংনা মাংখোভৈ হাওকিপ হায়না কৌই। মচিন-মনাও নুপা মরি, নুপী অমনি। মখোয়শিংগী মনুংদা পাওখোহাংনা যাইমনি। হৌজিক পাওখোহাং মতোমতা ঙায়হৌরে, মচিন-মনাও অতৈদি লোইনমক লৈখিদ্রে।

অহানবা মহে-মশিংগী খূৎমারকপা শিন্দমশঙদি-চীংঙা হিলস এল পি অমদি যু পি স্কুলনি। মফমদুদা ক্লাস ৱানদগী ফোব ফাওবা তম্লকই। মথংদা জোনষ্টোন হায স্কুলদা তমদুনা মথং-মথং মেট্রিক পাস তৌরকখি। মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা শিল্লোংগী সেন্ট এদমন্দ কোলেজদা আই এ দগী বি এ মরিশুবা চহী ফাওবা তম্লম্মী। বি এ মরিশুবা চহীদি তম্বা লোইবগা ফাইনেল পরিক্ষা পীবমখিদ্রে।

বি এ অহুমশুবা চহী ফাওবা পাস তৌরবা মতুংদা সবকারগী স্কুল অমদা ওজা ওইয়ু হাযবদা পাওখোহাংনা য়াখিদে, অসুম্না মহাক সবকারগী থবক অমত্তা চঙখিদে। খুলগী, ক্লবকী ওইবা সোসিয়েল ৱার্কসতা হেন্না থৱায় য়াওশিনখিদুনা রাজনীতিদা মায ওনশিল্লকখি।

মমৈথংদা ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ ওইনা টেরিটোরিয়েল কাওন্সিল মীখলদা ভোট লেপ্তুনা লম্বা তৌনখি। মীখলদুদা মায় পাক্তুনা ১৯৫৭ তগী ১৯৬২ ফাওবগী টর্মদা টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল মীখলদা কারকপা মীহুৎ ওইখি। মদুগী মথংদা সাইতোন্দা পোকচরগসু তেংনৌপলদা সেদ্যুল ট্রাইবকী ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ ওইনা এম এল এ মীখলদা লম্বা তৌনখি। মীখল অদুদা মায় পাক্লক্তুনা মণিপুরগী এম এল এ ওইখি (১৯৬৭)। এম এল এ ওইরবা মতুংদা ইন্দিয়ন নেশনেল কোংগ্রেসতা য়াওখি। হৌজিক ফাওবা কোংগ্রেসকী কর্মি অমা অদুম ওইরি। লাইবক থীবা হায়গদ্রা, টর্ম অদু চহী শুনা চৎনখিদে, মরক্কী মীখল লাকখি। মথংগী মীখলদদি মায় পাকপা ঙমখিদ্রে। হৌজিক-হৌজিক ইম্ফালগী গান্ধি এভিন্যু, এয়রলাইন্স ওফিসকা মায়োক্লবদা লৈরি।

পাওখোহাংনা য়ূম্বাল লম্বীদা খোঙদারক্তুনা মচানুপী তরুক, মচানুপা অমা পূন্না মচা তরেৎকী অপোকপা ওইরে। মচানুপী অহল ময়ূম পানখ্রে, হাউস ৱাইফ ওইরি। মচানুপী য়াইমা দি এম কোলেজ ওফ আর্টসতা লেকচরর ওইবি। অহুমশুবী মচানুপী এম. পি. এস. সি. গী একজামদা খল্লক্তুনা এদিশনেল এস পি ওইনা পুরি। মরিশুবদি মচানুপানি, মহাক্তি এম এ লোইরগা থবক তৌদে। মঙাশুবী মচানুপী, মণিপুর অর্বান দিভেলবমেন্ট ওথোরিটি (এম ইউ দি এ) দা প্রোজেক্ট মেনেজর ওইরি। তরুকশুবী মচানুপীনা এল এল বি পাসনি, উকিল ওইরি। তরেৎশুবী ইতোন তোনবীসু দি এম কোলেজ ওফ আর্টসতা লেকচবর ওইনা থবক তৌরি। তরুকশুবীগা অতোনবীগদি ময়ূম মকৈ পান্দ্রি।

ঙল্লিঙৈ মতমদুদা লাইবিক তম্লক্লবসু সরকারগী থবক তৌরক্তনা সোসিয়েল ৱার্কব ওইনা হৌরক্লগা মরক্তা মচাশিংবু মতীক চাবা মী অমমম ওইনবা হোৎনবকখি। হৌজিক-হৌজিক ভোট লেপ্তুনা কোয়চৎ-চৎতুনা প্রজাগী সেবা পূক্লিং ৱাখলদদি তৌনিংলি, অদুবু ফিজিকেল্লি পাঙ্গলদি য়াওশিল্লক্ত্রে, চহী মরিফু হাযবদু লানখৎখ্রবনিনা হায়দুনা পাওখোংহাংনা তকশি শোঞ্জহৌরি।

পামজরকপা, মীয়ামগীদমক খঞ্জরকপনা মরম ওইরদুনা পাঙ্গল শোনজিল্লক্লবা মতমসিদদি ১৯৯০ দগী চে কলম পায়দুনা থেংনরকখিবা খঞ্জখিবশিং ইশিঞ্জদুনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লগা হৌখ্রবা মতমবু নীংশিংজদুনা অৱাবা পোখ্বাজফম ওইজরি। ৱারীগী মরক-মরক্তা, মৈতৈশিংনা পাৎপান, তোর্বানদগী হেন্দোক্লা চৎনীংদে চীংগী লমশিংদা কানিংদে। চীংগী লমশিংদি নেপালি অমদি ময়াংশিংনা নমহৎলক্কদৌরে হায়দুনা ৱারী মরক্তা তোৎশিন্নরিবা পাখোং অমা চল্লকখি। ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরদা The Kuki Political Sufferer's Association, Manipur

না পীখিবা The Grant for Relief to the Kuki Political Sufferere of Manipur হায়বা মেমোরেন্দম অদুবু ইংলিশতা ১৯৫৮ দা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকখি। লারিক অদুমক থাদৌ কুকি লোন্দা হন্দোক্তুনা ২০০৬ তা ফোঙখি। মসিগী মমাংদা (1) Thusim Thum (1998) A Folk tale in Thadou Kuki, (2) Lakawila (1998) A folk Lore cum poetry in Thadou Kuki ফোঙখি।

খ্বায়দগী হেন্না নুংঙাইহৌরিবদি ইংরাজি অমসুং থাদৌ কুকিগী লোন নত্তবা মণিপুরী লোন্দা উমংগী মরমদা শৈথাদুনা **উমংবু কন্নীংবগী ৱাখল্লোননা** মৈতৈলোন্দা শৈরেং লাইরিক ইদুনা **কলহৌসি ইরমদম উমং** (২০০৬) ফোঙলদুনা অহানবা লমায়মক্তদা মণিপুবী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবশিংগী মফমদা... হাযদুনা পুথোকপীরকপা লোযননা চহীসিমক্তদা অমুক্কসু মৈতৈলোন্দা শৈরেংগী লাইরিক, **তাঙলবা অমসুং নুংশিরবা মায়খোঙগী শঙাই** (২০০৬) হায়না মিংথোন্দুনা শঙাইবু কন্নীংবা মাঙহন্নীংদবগী ৱাখল্লোন পুথোকপীবকপা লাইবিক অসিসু মণিপুবী সাহিত্যগী লমযানবা অইবশিংগী মফমদা... কখোকপীবকপা অসিনা ইকাই খুম্নজরিবা এক্স এম এল এ পাওখোহাং হাওকিপ অসিনা মণিপুরসে কয়াম নুংশিজবা হায়বদু উৎলদুনা থম্মোযনুংগী যাৱাশিংবু নুং- পান ফাওনা পাউদম্লক্লি।

লৈঙাকপা, মণিপুব প্রজাগী মীহুৎ অমদগী পোত্থাবক্লগা সাহিত্যদা তম্লক্লিবা খূদোলশিংবু তবাম্না ওকচবদুনা হৌখিবা জুলাই ১৭, ২০০৭, ৯ শুবা অইবশিংগী নুমিৎতা নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা **রাইটরস ওফ দ ইয়ার** হাযবা মিংথোল পীবদ়না ইকাই খুম্নবা উৎখি।

হৌজিক্তি ইকায খুম্নজবিবা এক্স এম এল এ অইবা অসিগী ইবা লোইশিল্লবা ফোঙলগদবা লাইবিকশিং পবেং শানা প্রেসতা নম্বা হৌরে।

মখোযশিংদুদি

১। গালঙম, ইংলিশতা থাদৌ কুকিগী ফোক্ক টেল

২। অহসি জোলনেং, ইংলিশতা থাদৌ কুকিগী ফোক্ক টেল

৩। মৌলতিনচান, ইংলিশতা থাদৌ কুকিগী ফোক্ক টেল অসিনচিংবনি।

ইথোক্লবা পৃক্লিংগী পাউদম পূম্নমক লেপ্পা লৈতনা ফোঙবা ঙমহনবীযু হাযনা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজবি। ■

# শ্রীমতি ইবেমনি দেবী



মমাংঙৈগী মতমদা লাইরিক লাইশু নিংথিনা তমহৌদ্রবা মরু ওইনা নুপীশিংনা লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফংহৌদবদগী মশামক্কী পোকপা শোক তারিক ফাওবা মথোঙ খঙদনা লৈরকই। চাওরাক্লগা চিনবুংনা চহী পাবা চৎনরকই। মসি চীংগী লমদদি অমুক্কা হেন্না খুদোং থিবা ওইরি। অদুবু কনাগুম্বা চেকশিনবা হৌমিন কামিন্নরকপদগী য়েংলগা পানবদা, নুমিৎ- থা খরা শোয়নরবসু চাওরাকপা অমদি খঙবা ঙম্মী। অদুবু মসিমক্লা পেনবদি ওইথোক্তে।

**শ্রীমতি ইবেমনি দেবী,** ইঙাগী ২৮ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা ক্বাকৈথেল সোইবম লৈকাই, হাওরোকচানবী হায়রগা খঙনবা মফম অমদা তাইবঙ খোঙদারকই। মথক্তা পঞ্জখিবগুম চপ চাবা শোক তারিক্তি নীংশিংদ্রে হায়। অদুবু চহী ৮৪ রোমদি ২০০৭ তা শুরে হায়। হৌমিন কামিন্নবগী লেঙদা য়েংলগা চৎপা তারি।

ইবেমনিগী অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা খুমন্থেম চাউবা সিংহ কৌই। অদুগা অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতি খুমন্থেম ওংবী কৈন্যা দেবী কৌই। শ্রী চাউবা খোংজোম পবর্ব শকপনি অদুগা অপোকপী মমাসু মতমদুগী ঈশৈ শকপীনি।

ইবেমনিনা খোংমন মায়কৈদা, থিকাদার শেল য়াম্না পায়বা অদুবু নুপীদি য়াম্না লোনগনবা লৈখিদ্রবা শ্রী নামৈরাকপম অচৌ সিংহগা লোয়ননা মশাগী চহী ১৫/ ১৬ লোম

শুরকপা অদুৰাইদা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নরকখি। মচানুপা মঙা, মচানুপী অহুম ফংজখি। হৌজিক মচা লোয়নমক ময়ুম- মকৈ পানবা লোয়রে। হৌজিক হৌজিক্তি অপোকপী মমাগী ইশ্মোলদা থংনবদগী মচেৎ খরগা অমুক লৈশিল্লগা ক্লাকৈথেল সোইবম লৈকাই, হাওরোকচানবীদা ওইনা লৈরি।

ইবেমনিগী মচিন- মনাও নুপা ১ নুপী ৩ নি। নুপাদুগা নুপী ১ গা লৈখিদ্রে। মনাওনুপী ইতোন তোনবীদুগা হৌজিক পুন্না লৈমিন্নরি। ইবেমনিগী মমা অনী শুই, অনীশুবী ইমাগী মহাক্লা অহলনি।

খোংজোম পবর্ব শকপা, সেবক- শখা য়াম্না লৈবা ওইরবসু অপোকপা মপাদগী ইবেমনি খোংজোম পবর্ব শকপা তন্নক্তে। মশাগী চহী ৯ লোম শুরকপা অদুৰাইদা অপোকপদি তাইবঙ সংসার থাদোরকখিরম্মী। অপোকপগী মফমদা তম্বা লাকপশিংনা তম্বদা তাহৌবা পুংগদি খুৎনা খৎপা থোক্তবসু মখোল মরোলদি চিনফা পুহৌবা, নোংঙাল্লগা অপোকপনা থেংনদ্রিঙৈদা সেবকশিংদুগা ৱারী শান্নবদা পুংলোন চিনফা অদু হেক য়াওবা অসুম্না তৌরকই।

ইবেমনিনা ইহান হানবা ওইনা মধৌ থোকপা থোকচোম কৃষ্ণমোহন হায়রিবা লাইরিক থিব অসিদগী রামায়ণ, সিতা বনবাসসি তম্লকই। মথংদা মহাভাবত অমদি লৈরোনসু ওজা কম্মাগী মফমদগী তম্লকই। লৈরোনগী মতাংদা ক্ষেত্রি তোনস্না হায়না খঙনবা মমাংঙৈগী ৱারী লীবদুগী মচানুপা মামতোন মতুমদগী তম্লকই। ৱারী লীবগী ৱাহে পাতাশিংদু ঈশৈ ওইনা শকপা য়ানবা, মোইবাংদগী হৌজিক্লা থৌদা ভাবোক লৈকাইদা লৈরবা বোকুলগী পাবুং লাইশ্রম তোনা হায়রিবা ওজাসিদগী সুর য়াওনা তম্লকই।

মশাগী চহী ১৩ লোম শুরকপা অদুৰাইদা বামাযণসি পুং ১ রোম গুন্না শকপা হৈবদগী মহাবাজনা ফাদুনা শকউ লাও হাযদুনা হাযবকপদগীদি শক্লবনিনা নিংথিনা তমদবা য়ারক্রে। শক্লা- শক্লা তমখি। ওকেন্দ্রোগী মমা ইবেম্মা শঙ্গাইজাওবীনা সংকীর্ত্তন শকপা মতমদা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা যাও তার্কপিবদগী য়াওখি। মতমদুদা ইবেমনিগী খৌনাওদা পীথোবকপগুন্না অমা য়াওখি নট সংকীর্ত্তনদগী হৌরকই, খোংজোম পবর্বদি থেংনা হৌরকপনি হায়।

খোংজোম পবর্ব শকপা হৌরক্লবদা বোধচন্দ্র মহারাজগা ইতাও শান্নবা শিংজমৈদা লৈবা মহারাজনা তোয়না লেংলকপা মুক্তারৈগী মাঙুপ্তা অহানবা ওইনা মপুং ফানা শকখি। খোংজোম পবর্ব শকপা মতমদা ইবেমনিনা পুং (ধুল্লোক) পায়বসি অতৈগা মান্নদে মরু- মনাও ওন্ননা পায়বসি মহাক্কি হৈনবীনি।

ঈশৈ শকপা হৌরকপদা হিয়াংথাংদা ইতা শান্নবী শঙ্গাইগা বরগী ঈশৈ শকমিন্নবদা ফাগি তৌদুনা হায়খি। "ইতা নখোয় খোংজোম পবর্ব তানিংবরা?" মখোয়না হায়খি, নঙবু খোংজোম পবর্ব শকপা হৈবরনে, শকউনে তাসিনে হায়দুনা অসুম তৌদুনা শকখি। তশেংনা হায়বা তারবদি খোংজোম পবর্বদগীদি বাসোক্লা হানখি হায়বা তাই।

খোংজোম পবর্ব হৌরকপা মতমদুদা ঐনা শক্লিবদুদি, খোংজোম পবর্বসু নত্তে, রামায়ণসু নত্তে, মহাভারতসু নত্তে মতমদুগী থাবল চেংবদা ঈশৈ হন্নরম্বদো অদুনি। ময়েকশিংদু অপোকপনা লেংলম্বনি হায়। ব্রাহ্মে ব্রাতাশিংদুদি- কৃষ্ণনা মনাই সুবোন্দা হায়বা, "ঙসিদি কেশব বন্দা শান্নগে, রাধাবু খরা কৌরু চান্নরবা নহাক্লা।" মদুদা মধুমঙ্গলনা তারদুনা "ব্রজগী কৃষ্ণসে ওন্থোক্লে মবুক ফংখিদ্রে, ক্রু তৌই মুইদো, মিংয়েং তৌই খোয়দো" অসুম্লকা হায়বা অসিগুম্লবা ময়াম অমা লাইরিক ওইবা য়ানা লৈরম্লবনি অদুবুমী অমনা শেন্নিনি (মমিংদি পল্লরোই) হায়দুনা পুথ্রগা মাংখ্রে হায়বিরক্লেনে হায়দুনা শ্রীমতি ইবেমনিনা নুঙাইজদে।

মতাং অমদা ইবেমনিনা অচৌগী নুপী অহলনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্লা অচৌগী অনীশুবী নুপী ওইনা লৈরবদা, ঈশৈ-নোংমাই তৌবসি মহাক্কী মপুরোইবনা কয়া য়াদে। মদুদা ইবেমনিনা মহাক্কী মপুরোইবদা - "নঙগী অতৈ অপাম্বদি ইনবা ঙমগনি, অদুবু ঐগী ঈশৈদি নঙোন্দা লৈত্রবসু নঙগা কায়নবা তারবসু তোক্লোয়" হায়বদা নোক্লগা লোয়শিন্নখি। শেল পায়বা থিকাদারনিনা নুপীদি য়াম্না লোনখি। অদুবু মনেম্বোক্লদি য়াম্না লুনা তৌবিখি হায়।

ঈশৈ-নোংমাই পামজবী, মসিদা কংথোকচবী ইবেমনিনা ঈশৈদা নত্তনা লীলাদসু য়াওরকখি। মোইরাং পবর্বদা ইহান হাননা থোইবী শারকখি। মতাং অমদা খম্বা শাবনা- "করিগীদমক লেঙবিগদৌরিবনো? ঐবু নুংশিবিদ্রবরা, ঐবু কনা লৈতে লমজানি খনবিবরা, খুমন ইপাচা নোংয়াই ইরিল্লু লৈজরি, থাদোই মচা ইবেম্মা খুমন ইরানয়াইদা চংলসিনে" হায়দুনা খুদাং পায়দুনা চিংগে তৌরুবদা, লীলানি হায়ববসু খুজেংকদি পায়রক্কনু, আর্টতমক মতৌ হায়দুনা হায়খিবসু লৈখি হায়।

অপোকপনা থুপখ্রবদা অপোকপগী মহুৎ শিনবিনবা লৈহৌররোই হায়দুনা অপোকপীনা খরা- খরসু শকপা ঙম্লবনিনা নিংথিনা শক্লবা তল্লো কন্না হায়রক্লবদা "কনাই নুপীনবু খোংজোম পবর্ব শক্লবগে" হায়দুনা য়াখিদে। অদুদগীদি ইমানা কপ্লদুনা কন্না হায়রকপদগীদি, ঐদি শাবী- শানৌগী নুংশি- নুংঙোনদি পামদ্রে, শকপা তারবদি ভক্তি রসতা অমগে হায়দুনা মামতোন্দগী তমদুনা রামায়ণ শকপা হৌরকখি।

মপুং ফানা শক্লবা মতুংদদি সেবক কয়া লৈরকখি। অদুবু খরা-খরা অফবা মখৈদি অয়াম্বনা লৈখিদ্রে হায়রি। চজিংগী লাইশ্রম মণি, য়াইরিপোক্কী ইবেতোম্বী, শিংজমৈগী গম্ভিনী ইবেমনিগী সেবকশিংনি।

শ্রীমতি ইবেমনিনা তম্বা হৌগৎলকপদগী চুড়াচাঁদ মহারাজ হাক্তক্তা সুবেদার ওইরম্বা গুলাপ সুবেদার খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা লৈবা অসিনা ইহান হানবা ওইনা চাণ্ডিগী মেদল অমা পিবিখি। নুমিৎ অদো নীংশিংলুবদা বোম তাবা নুমিৎতুমক্কি হায়রি।

মণিপুরগী মপান্দা মৈতৈ তাবা মফমশিংদা গৌহাটিদা, লক্ষিমপুরদা, কাছার অমদি হোজাইদা কুইনা-কুইনা লৈদুনা খোংজোম পবর্বা শকখ্রে। দেবী পূজা মনুংদদি রামায়ণনা খরা হেন্না শকখি।

মতমদুদা ঈশৈ শকপদা দক্ষিনা ওইনা ফংলিবসি লুপা ১, মথংদা লুপা ৫, লুপা ১০, লুপা ২০ অসিনি। কাছারদা নুপানা শকপদা লুপা ৫ পী, অদুবু নুপীনা শকপনি হায়দুনা তৌবিরবা খঙদে ঐঙোন্দদি লুপা ৩০ পীরকখি হায়।

হৌজিক মতমদা মণিপুরদা মুৎশিল্লকপগুম তৌরক্লবা খোংজোম পবর্বগী রেকোর্ডদিং মচানুপা তিকেননা থমজিনহৌনবা হোৎনরি। লোয়না- লোয়ননা অহল ওইরক্লবী শৈশকপী অসিনা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমীদা খোংজোম পবর্বগী তম্নবা ফম্না য়াম্না হায়খ্রে, তাবিদে, থওইবিদে হায়দুদা নীংঙমদবা অমদি পোক্লি।

**হৌজিক ফাওবদা শ্রীমতি ইবেমনিনা ফংলবা মনা মথুমশিংদিঃ-**

১। ২০০৫ দা "সঙ্গীত রত্না উপাধি" মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনা পীবা।

২। ২০০৫ দা "সঙ্গীত নাটক একাদমী এৱার্দ" সঙ্গীত নাটক একাদমী নিউ দিল্লিনা পীবা অসিনচিংবনি।

হন্দক্তা, ২০০৮ গী জুন ৯, নিংথৌকাবা নুমিৎতা ইম্ফালগী গান্ধি মেমোরিয়েল হোলদা সাহিত্য একাদমীগা খুৎশম্নরগা দ কলচবেল ফোরম, মণিপুরনা শিনবা খোংজোম পবর্বগী থৌবম অমদা শ্রীমতি ইবেমনি দেবীনা মহাক্কা লোয়ননা শৈশকপী মরিনা রামায়ণনগী মতাংদা মথং- মথং শৈশকখি। ■

# শ্রী এলাংবম সোনামনি সিংহ



**শ্রী এলাংবম সোনামনি সিংহ,** ১৯২৫, জুলাইগী ১১, থাংজ নুমিৎতা ইম্ফালগী মোইরাংখোম লোক্লাওবুংদা তাইবঙ খোঙদারকখি। অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা শ্রী এলাংবম লৈবেন সিংহ কৌই। অপোকপীগী মিংনা লাইশ্রম নিঙোল এলাংবম ওংবী লৈখিদ্রবী শ্রীমতি ইবেহল দেবীনি। মচিন মনাও নুপা মঙা, নুপী মঙা পূন্না ১০ নি। নুপা অনী, নুপী অনী লৈখিদ্রে। হৌজিক নুপা অহুম, নুপী অহুম লৈরি। মহাক্না মচিন মনাওশিংগী মনুংদা মরিশুবনি। সোনামনিগী লোয়নবী এলাংবম ওংবী কমলাম্না রাজকুমারী লৈখিদ্রে (জুন ৩, ২০০৮)। মচানা নুপী মঙা, নুপা অমনি। নুপাদুদি লৈখিদ্রে। মচানুপী অহল রেখা আর্মিদা ওংই। মচানুপী য়াইমা মেঘবতি অনন্দ সিংহ একাদমীদা সেনিয়ার লেকচরর ওইরি। মরিশুবী মচানুপী সরিতানা অমেরিকাদা লৈখ্রে। ইতোন-তোনবী মচানুপী সুচেতা দেবী এম এস সি পি ঐচ দিনি। থিংঙোম লৈকাই, ক্ষেত্রিময়ুম ইবোহলগী মমৌ ওইবনি। ইবোহলনা মচানুপা য়াম্না য়াওবা, অদুগা সোনামনিনা মচানুপা লৈজদবদগী মচানুপী অমসুং ময়ানুপা পূন্না হৌজিক লোক্লাওবুংদা লৈমিন্নরি। মশু অহুম লৈরে।

শ্রী সোনামনিনা মহে- মশিংগী খুৎমারকপা স্কুলদি- পেটিগ্রু এল পি স্কুলনি। (১. নং. স্কুল, নিননা প্রাইমারি) মতম অদুদা ক্লাস টু অসি কম্পিটিশন পাঙথোকই। মদুগী মথংদা মোইরাংখোম অপ্পর প্রাইমারি (উচ্চ প্রাইমারি) স্কুলদা মখা তমথরকখি। মতমদুদা ইম্ফালদা চীংঙা, মোইরাংখোম অমসুং থাংমৈবন্দ অপ্পর প্রাইমারি স্কুল হাযবতমক লৈরম্মী। স্কুল মশীং য়াম্না লৈরমদে। ক্লাস ফোরসু মণিপুর অপূনবগী ওইনা কম্পিটিশন তৌরম্মী। পরিক্ষাদুদা মথং- মনাও ১ দগী ৫০ ফাওবদং

খনগৎলগা মথংগী ক্লাস জোনষ্টোন স্কুলদা তম্বা য়াহল্লম্মী। মথং- মনাও ৫০ গী মখা তারকপশিংদি জোনষ্টোন স্কুলদা তম্বা ফংদে। জোনষ্টোন স্কুলবু "স্কুল অচৌবা" হায়নসু খঙনরম্মী। মথংদা "ইয়োর হায় স্কুল", কোন্না "তোম্বীসনা হায় স্কুল" ওনখিবা, স্কুলসিদা ক্লাস নাইন তম্লিঙৈদা লাল লাক্কুনা বোম তারে। নিংঙোম্বমদা লাল চেল্লি। মদুগী তুংদা ব্রাংগোইদা অমুক লাল চেনখি। ব্রাংগোইদা কোলেরা লায়না শন্দোরকপদগী য়াইরিপোক্তা অমুক চৎলি। ব্রাংগোইদগী য়াইরিপোক চৎপা লম্বীদা মতমদুদা থেংনখিবা ইকোপ পাৎতা ঈশিংনা ঈমায় পানা নিক- নিক লাওনা শোড়োক ময়াদগী ইশং- শাংনা শন্দোকখিবদু উরুরগা মদুগী ফজবদো পূক্লীং শুক্কৎখিবদো ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি সোনামনিনা হায়রকখি। মদুদগী অমুক ইম্ফালদা লৈবা মতমদা লৈবা য়াদদুনা কোংবা উচেক্কোনদা চৎলি। লাল লোইরবদা মদনমোহন স্কুলদা (কোংবদা লৈবা) লাইরিক তম্বা কারে। অদুবু মেট্রিক পরিক্ষাদি "চুড়াচাঁন্দ হায় স্কুল" (সি সি হায়র সেকেণ্ডরি) দা থারে। লাল চেনবা মতমদুদা একাগাড়ী অমমম পুদুনা চৎলি। মতমদুদা একাগাড়ী লোয়বা ঙম্বসি ইনাক খুনবনি হায়না লৌনৈ।

মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌরবা তুংদা মতম খরা, চহী অনীরোমগুম্বা লাইরিক তম্বা লেপ্লে। মরমদি মণিপুর রাজলোয়শঙদা এপ্রেন্টিস ক্লার্ক ওইরে। মতমদুদা থাগী লুপা ১৫ ফংই। রিগুলর ওইরগদি লুপা ২৯ মখায়দগীনা ৩০ ফাওবা ফংই। দি এম কোলেজ (ধনমঞ্জরি কোলেজ) লিংখৎলকপা মতমদা (১৯৪৬) ভোলুন্টিয়র ওইনা ফন্দগীদমক শেল খায়বা কোয়চৎ-চৎপা য়াওখি। দি এম কোলেজগী প্রিন্সিপাল দিজমনি অমদি গৌরোনা মথং- মথং ওইরম্মী। মদুগী মতুংদা আর আর তোমাস, কটন কোলেজগী রিটায়র প্রিন্সিপালনা অশেংবা ফুল প্রিন্সিপাল ওইবা হৌখি। মহাক্কী মচানুপী মশক মতৌ য়াম্না ফজবী কুচুগসু ঙৌবী অমা লৈরম্মী। প্রিন্সিপালগী মচানুপীসি এম কে প্রিয়োবর্ত্তনা মপাগী মমাঙদা গাড়ীদা হাপ্তুনা কোইবা ইতৎ- তত্তনা হেক-হেক পুখি। মতমদুদা প্রিন্সিপালনা প্রিয়োবর্ত্তদা ঙাঙজবদি ঙমদদুনা "হ্বাট ইজ দিস?" হায়দুনা শোল্লগা লেপ্তুনা য়েং লৈজহৌখি হায়।

সৌগাইজম সোমোরেন্দ্রে অমদি নোংথোম্বম গৌরহরিগী য়ূমদা শেল খায়বা চঙলুবদা হরাও- হরাও তৌবীদুনা মতমদুদা লুপা ৫০০ (চামঙা) হাপ্পীরকখি হায়। মথংদা এম কে প্রিয়োবর্ত্ত য়াওনা য়েন্দ্রেম্বম চাওবগী য়ূমদা পৈশা খায়বা চঙলুবদা পাখঙ ময়াম লাকপদু উরুবদা মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈরম্বা চাওবগী মচানুপীশিং

ইবেয়াইমা- ইবেতোম্বীনা ইমুংদা চেনশিনখিদুনা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈখিরম্মী। মতমদুদা এম কে প্রিয়োবর্তনা- সোনামনিদা ওনশিন্দুনা হায়খি- পাখঙনেনা নখোয় য়াওবদগী মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর ঐমক য়াওরবা ফাওবদা লৈশাবীশিংনা কিদুনা লোৎলবা...! ব্রা অমত্তা ঙাঙনবা ফংদ্রবা.. অসুম হায়না ফাগি তৌদুনা নোকমিন্নখি হায়।

আই এ পাস তৌরবা মতুংদা বি এ পরিক্ষা থারমদাইদা কোলেজ কানা- কানা এটেনটেন্ট শুদদুনা পরিক্ষা থাবা য়াররোই হায়রে। মখোয় তরুক্কী পার্টি অমা লৈ। মতমদুদা প্রিন্সিপালনা মাগী কাদগী ক্লাস লৌবা চৎপদা মতুংদা পিওন অমনা রেজিষ্টাব, চোক, দষ্টর, মুক্তাবী কলম অমসুং মুকফু লিক্লি অমা পায়রগা ইন্নদুনা ক্লাস ফাওবা থিনগনি। মখোয়গী পার্টিনা মদু য়েংবদা য়াম্না হৈনরমদে। মদুগুম্বা হৈনদবশিং অদুনা ক্লাস কয়া থৌশাদে। প্রিন্সিপালনসু মখোয়গী মওং খঙদুনা থৌওইনা মখোয়বু এটেনদেন্ট সুহন্দবরা খন্নখি। মসিদগীদি য়াম্না নুংঙাইবা মঙাও থিগ্রবা ব্রারী হৌরে। মখোয় প্লান অমা তৌবা হৌবে। তান্নরগা মখোয় তরুক্কী মনুংদা অমগী, এটেনদেন্ট সুদ্রবদি পরিক্ষা থাবা যাদ্রবদি থাজররোই তোকচবগে, অদুবু ফাইনেল পরিক্ষা থাবা য়াবগী টেষ্টতা মায় পাক্লে হায়বা সার্টিফিকেট অমত্তংদি পীয়ু হায়রবদা প্রিন্সিপালনা উচিন নাচিন্না য়ারক্লে। অমখক লৌরে, অতৈ অদুম তুমিন্না লৈ। অদুদগীদি মখোয়গী পার্টিদুনা প্রিন্সিপালগী কাদা লৈবা অলমিরাদু লোন্না স্ক্রুড্রাইভরনা কবচ্চ ফক্তোক্লগা সার্টিফিকেটতুগা চপ মান্নবা অহাংবশিং লোন্না লৌথোক্লে। মখোয়গী মরক্তগী প্রিন্সিপালগী সোই শাবা হৈবা অমনা অশাবনি অশেংবনি খঙদনা প্রিন্সিপালগী সহি শারগা মখোয় লোয়নমক্কী সার্টিফিকেট শেম্লে। অদুদগী মখোয় কলিকতাদা চৎলে। মখোয় লোয়নমক কলিকতাগী কোলেজশিংদা মিং চন্দুনা পরিক্ষা থাবা য়ারে। বি এ পাস তৌরে। অহস্থেম নিলমনি (মণিপুরগী শক্লাইরবা উকিল) গা সোনামনিগা দিসতিঙ্কশন ফংলে। মণিপুর সরকারদগী বৃত্তিসু ফংলে। অদুদগী এম এ তম্লে, লোয়রে, পাস তৌরে। কয়াদা মঙাও থিরকত্রবা!?

এম এ পাস তৌরবা মতুং ১৯৫৩ দা দি এম কোলেজগী প্রোফেসর ওইনা থবক তৌরে। এন সি সিগী অহানবা ওফিসার ওইরে। ওজা ওইনা অসুম লৈগদবদা মতমদুগী প্রিন্সিপালগা অমুক মোত কয়া ইচান চান্নদ্রে, কোলেজদা লৈনিংদ্রে। য়ু পি এস সিগী পরিক্ষা য়াওরে। মতমদুদা ঈ এ সি হায়নৈ। হৌজিক্লা এম সি এস হায়বসিদা চঙলে। ওজা ওইবা তোকথোক্লে। অদুদগী মথং- মথং অমুক আই এ এসকী পরিক্ষা থারে।

আই এ এসতা প্রমোশন ফংলে। মতাংসিদা সোনামনিনা ফাগি অমা তৌরকই। দাইরেক আই এ এস ফাওববু "ব্লু আই" কৌই। অদুগা প্রমোসন্দা কাববুনা "রেদ আই" হায়না খঙনৈ। মরমদি মমিৎকা ঙাঙমবখৈ ৱানা থবক কয়া শুজরগা মতুংদা ফংবা মদুগুম্বা আই এ এসতো রেদ আই কৌই।

সোনামনিনা চহী ২৮ সরকারগী থবক তৌরকপদা পোষ্টিং মফম ৩১ লক চংখি। সব ডিভিজনেল ওফিসর ওইবিঙেদা মণিপুরগী তেংনৌপল অমসুং তমেংলোং চীংগী ফজরবা দৃশ্য অমসুং থেংনখিবা মীরোনশিংগী হান্না লৈরম্বা চংনা-লোনচৎ অমসুং মথং- মথং হোংলক্লিবা শক্তম থেংনরকখি। তমেংলোংদা লৈরিঙৈ থারোন শুরুং য়েংবা চঙলুবদা লোয়নবী, কল্লাম্না রাজকুমারি খ্বাং ফাওবা পুংথখিবা য়ান্না তুজুংবা ৱারী থেংনখি।

সোনামনিনা মঙাও থিনা হৌরক্লগা কোলেজগী প্রোফেসর অদুদগী সরকারগী মশক নাইবা ফম কয়া পায়রম্মী। মদুতা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌদুনা খুদোল কয়া তৌরি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী মনা অমসুং নেসনেলগী থাক্তা সাহিত্য একাদমীনা পীবা সাহিত্য একাদমী এৱার্দসু মহাক্কী ৱারী মচাগী লাইরিক **মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীং থোংদা লাকউদনা** (১৯৮৫) হায়বসিদা ফংখ্রে। সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংবা মহাক্লা মণিপুরগী ১৪ শুবনি। (১৯৮৮) হৌজিক সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনরি। সাহিত্য একাদমী নিউ দিল্লি অমসুং ষ্টেট কলা একাদমী ইম্ফালগী একজিক্যুটিভ বোর্দকী অমদি ঈ জেৎ সি সিগী মেম্বর ওইখি।

ধনমঞ্জুরি কোলেজ ইম্ফালদগী আই এ, প্রসিদেন্সি কোলেজ কলিকটাদগী বি এ অমদি কলিকটা বিশ্ব বিদ্যালয়দগী এম এ পাস তৌরগা ১৯৫৩ দা ধনমঞ্জুরি কোলেজদা প্রোফেসর ওইনা থবক তৌবা হৌরগা সিভিল সর্ভিসতা আই এ এস ওইনা ইং ১৯৮৭ তা সরকারগী থবক্তগী পোত্থাখি। হৌজিক ফাওবদা সোনামনিগী অনুবাদ (ট্রান্সলেশন) থারগা পূন্না লাইরিক কয়া ফোঙখ্রে। অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি

১। ৱাখল শৈরেং (১৯৪৯), শৈরেং

২। শংবানবী (১৯৬২), শৈরেং

৩। থম্মোয় বীনা (১৯৬৭), শৈরেং

৪। লৌনম চাওবী (১৯৬৭), শৈরেং

৫। কায়নবদা (১৯৭৩), শৈরেং

৬। অনী থোক্লবদা (১৯৮০), শৈরেং

৭। পোমশাৎনবী (১৯৮৫), শৈরেং
৮। মিংনাইদবী (১৯৮৮), শৈরেং
৯। অশিবগী লোনবু অহিংবনা খঙবরা (১৯৯৩), শৈরেং
১০। ঙাইজরি নঙবু নীংতম্বা (১৯৯৬), শৈরেং
১১। খগু কাব্যাদা- উদ্ববকী পাউ (১৯৮৩)
১২। দক্ষ যজ্ঞ (২০০০)
১৩। নির্ম্মল যমুনা (১৯৬৬), ৱারী মচা
১৪। ৱোমকুদা শিকার (১৯৭৩), ৱারী মচা
১৫। মংসৎ তানবা (১৯৭৮), ৱারী মচা
১৬। জগন্নাথ পুজারি (১৯৮২), ৱারী মচা
১৭। মমাঙ থোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা (১৯৮৫), ৱারী মচা
১৮। হায়নবীদো (১৯৯০), ৱারী মচা
১৯। মৈতৈগী ইজ্জৎ (১৯৯৫), ৱারী মচা
২০। ৱাথোকচাও (২০০৪), ৱারী মচা
২১। বসুমতি (১৯৮৪), উপন্যাস
২২। হাজারী (১৯৯৮), উপন্যাস
২৩। বারুগী ৱারেং- শৈরেং (১৯৭৮), ৱারেং
২৪। চণ্ডিদাস (১৯৯৩), হন্দোকপা
২৫। মাদর টেরেসা (১৯৯৬), হন্দোকপা
২৬। মীথা অমসুং মাগী যাদুগী খোঙউপ (১৯৯৬), হন্দোকপা
২৭। মঙ্গুগী খুং (১৯৯৬), হন্দোকপা
২৮। লৌশিং পোকপা ৱারী (১৯৯৬), হন্দোকপা
২৯। বাপুগী ৱারী (১৯৯৬), হন্দোকপা
৩০। ভারতকী অথৌবা অঙাংশিং (১৯৯৬), হন্দোকপা
৩১। বঙ্কিমচন্দ্রগী কৃষ্ণ চরিত (২০০০), হন্দোকপা
৩২। মরুদু কদাইদা (২০০৭), ৱারীমচা
৩৩। বঙ্কিমচন্দ্রগী ধর্মতত্ব (২০০৮), হন্দোকপা অসিনচিংবনি।

শ্রী সোনামনি মখা তানা সাহিত্যদা খুদোল তম্বীরক্তুনা পূন্সি নুংশাংবা ওইসনু। ■

# শ্রী নাওরেম কালিমোহন সিংহ



**শ্রী নাওরেম কালিমোহন সিংহ,** ১৯২৯ গী মার্চ ৩০ দা ককচিং নিংথৌ লৈকাইদা তাইবঙ খোঙদারকই। অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা শ্রী নাওরেম থম্বৌ সিংহ অদুগা অপোকপীগী মিংনা লৈখিদ্রবী নোংমাইথেম নিঙোল নাওরেম ওংবী শ্রীমতি তমু দেবীনি। মচিন- মনাও নুপা অহুম, নুপী অহুম পূন্না তরুকনি। নুপী অহুম্মক লৈখিদ্রে। নুপা অমসু লৈখিদ্রে। মচে অনী, ময়াম্বা অমা কালিমোহননা মচিন- মনাওশিংগী মনুংদা মরিশুবনি। লোয়নবীগী মিংনা ককচিং খুনশাদগী ক্ষেত্রিময়ূম নিঙোল একাশিনি দেবী কৌই।

মখোয়নীনা পোকচবা মচানা নুপা অনী, নুপী অহুমনি। মখোয় লোইনমক ময়ূম- মকৈ পাল্লে। মচানুপা অহল বি টেক ফুট সাইন্সনি। ১৯৮১ দা মহারাষ্ট্রদগী পাস তৌকখিবনি। সবজেক্ট অসি মণিপুরগী ওইনদি মতমদুদা অহানবনি। মমৌ অনীমক নর্সনি। অহলনা থৌবালদা পুরি। অতোনবীনা রিমসতা পুরি।

মচানুপী অহল, মণিপুর পুলিস হাওজিং কোর্পোরেশনদা ঈ ঈ ওইবা অমনা লৌই। মশানা প্লান্নিং দিপার্টমেন্টতা এল দি সি ওইরি। মচানুপী য়াইমা বি এস সিনি। ভেটিনরি ডোক্টর অমনা লৌই। মচানুপী অতোনবী এম এস সি, বি টিনি। মহাক্কী নুপানা ওইল ইন্দিয়া লিমিটেড্ডা সুপরিন্টেন্দেন্ট ওফ জিও ফিজিক্সনি। ইন্দিযাগী মপাল লমদা য়াম্না তোয়না, লণ্ডনদা, ফ্রান্সতা অমদি লিবিয়াদা চৎপদগী নুপী থবক তৌবা তোকহল্লে।

শ্রী কালিমোহননা মশাগী চহী ১০ শুরকপা অদুৱাইদগী লাইরিক তম্বা হৌরকই। অহানবা খূৎমারকপা স্কুলদি ককচিং এম ই স্কুলনি। মতমদুদা ককচিংদা হায় স্কুল লৈত্রি। ক্লাস মথং- মথং পাস তৌরক্তুনা ১৯৪৬ তা ক্লাস সিক্স চুড়াচান্দ হাযস্কুলদা তম্বা হৌবকখি। ১৯৫০ দা মেত্রিক পাস তৌরগা ১৯৫২ দা ধনমঞ্জরি কোলেজদগী আই এ পাস তৌখি। ধনমঞ্জরি কোলেজদা আই এ তন্লিঙৈ মনুং শীংজমৈ চীংঙা মখোঙ ককচিংতাবম নিত্যাইনন্দা শর্ম্মগী যূমদা লৈরকখি।

আই এ পাস তৌরবা মতুংদা কালিমোহন, খুরাই হায় স্কুলদা হেদ মাষ্টরগী ফমগীদমক কৌরকই। মদু থাদা লুপা ১৫ দং পীগে হায। লুপা ১৮ পীয়ু হায়বদা য়ানদবদগী তোকথোক্লে। ভি এল দল্লিযুগী ইন্টরর্ভিয়ু য়াওরে। খল্লে। অসামগী জোরহাটতা ট্রেনিং চৎলে। ট্রেনিং অদুগী মতম থা তরুক ওইগদবনি, অদুবু ইন্দিয়াগী অহানবা বেচ ওইবনা থা তরেৎ চঙলে। ১৯৫৩ দা ট্রেন হেন্দ অমা ওইনা গভর্ণমেন্ট সার্ভিস তৌরকপদুনা মথং মথং প্রমোশন ফংলকখি। ভি এল দল্লিযুগী ইন্টরভিয়ুদা মতম অমদা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর ওইরম্বা অলিমুদ্দিনসু য়াওমিন্নখি অদুবু মহাক্তি খল্লকখিদে হায। জোরহাটতা ট্রেনিং চৎপদুদা য়াওরিবসি সাইখোম তোম্বী, অহম্ভেম নিল্লমনি (উকিল) সুপরভাইজর ওইনা, নাওরেম কালিমোহন ককচিং, এ কে উধব- থৌবাল, ই গন্ধার- ৱাবাগাই, এম অচৌ- ককচিং ভি এল দল্লিয়ু ওইনা, মখোয় পূন্না মণিপুরদগী তরুকনি। ফম খেন্নরবসু ট্রেনিংদি খেন্নরমদে, চপ মান্নরম্মী।

ট্রেনিং লোইরগা ১৯৫৩ থৌবালদা অহানবা থবক মফম তারে। মতমদুদা ইন্দিয়াগী ওইনা মসিগুম্বা দিপার্টমেন্ট অসি ৫৫ লৈ। মদুগী মনুংদা মণিপুরগী থৌবালসিসু অমনি। অদুদগী থৌবালগী মখাদা অমুক থৌবাল থারগা ৱাইখোং, ৱাংজিং, য়াইরিপোক অমসুং ককচিংগী মফমশিং হাংদোক্লে। কালিমোহন য়াইরিপোক্তা লৈরে। মতমদুদা ভি এল দল্লিয়ুনা পুরিবা তৌবিবা থবকসিদি অঙকপনি। কনাগী তৌদবা থবক অমত্তসু লৈত্রে। মতমদুদা লৌমীনা মশাগী লৌবুক্তা হার চাইজৌ হায়বা য়াখিদে। কালিমোহননা চৎলগা মীগী লৌবুক্তা হার চাইবীখি। হারগী মহাও অমদি কান্নবা তাক্লবা হোৎনবদা য়াম্না অৱাবা অমা থেংনখি। জপান লৌরিং হৌদোকলুবদা লৌপুনা অমদি অতোপ্পা মীশিংনা লম মাঙহল্লে হায়দুনা কালিমোহনবু চৈবদা তাবা হৈবা ঙমখিদে। কোম্বুংদা ৱেদর (লৌ পেংনবা য়োৎকী মেছীন) শীজিন্নদুনা লৌ পেংবা অমদি ফৌশিংনা য়াম্না ফরকপা মতমদা অমুক কালিমোহনবু

লাইনি-লাইনি হায়দুনা ঙাঙনবা হৌরকখি। মহাক কোক ঙাওখি। অনৌবা চাংয়েং অমুক তৌরকপদা অসামদগী "সোনার সোলি" পাঙল অমগী লৌবুক্তা থাহল্লি। ফৌনাদি হেক্তা য়েংবা ঙমদবমখৈ ফজরে। অদুবু মহৈদি য়াদ্রে। মদুদা পাঙলশিংগী মাঙনবা শিল্লি, মীচঙ-মীখায় নায় হায়দুনা ঙাঙবা চৈরকপদা- কালিমোহন উপায় লৈতদুনা অহিংদা লৌদু ষণ থাজিন্দুনা পীজথোক্লে। কনাগী থেৎলুবা সইন বোর্দশিং লোন্না লৌথোক্লে। লৌফম শিংহনবগীদমক কালিমোহনদা খতি পুরোন তাল্লক্লে। উপায় লৈতদুনা মতম খরা লোৎতুনা খাঙলে।

ভি এল দল্লিয়ুনা তৌরিবা থবকসি অঙক- অঙকপনি। কাপুর হায়বা নুপা অমনা মণিপুরগী অহানবা (সি এম ও) চীফ মেদিকেল ওফিসর ওইরম্মী। মতমদুদা শীজিন্নরিবা এম্বুলেন্সনা ব্বারদা শীজিন্নরম্বা অমনবা গাড়ীনি। মতমদুদা মেলেরিয়া শন্দোরক্লে হায়দুনা সরকারনা মখোয়বু য়েংশিন্নবা থারম্মী। উনবা চৎলিবা মীদু নিক্কুনা লৈরম্মী। মাগী ষণগোন্দা লোয়বা ষণদুসু নিক্কুনা লৈরম্মী। হুইদুসু নিক্কুন লৈরম্মী। মখোয়গী য়েনদুসু নিকক্কুনা লৈরম্মী। ময়ামদু উবদা য়েংশিনবা চৎলিবা কালিমোহনসু নিকখৎলক্লম্মী। মতমদুদা হীদাক- লাংথক চৎনদে। থৌ- তৌবা, চবান- থাবা চৎনৈ। মদুদগী মখোয়না 'Godopirin Vs Mantra হায়বা মিসন অমা কন্না হোৎনদুনা গুলি পীজবগী থবক অমা মীয়াম্বু ভাব তাহল্লি। ওম্থোক্লা নাতৈ চাদ- চাদবা থেংনরকখি হায়।

নহা ওইরিবঁগে, শগোলশেম ওঝা ইন্দ্রমনিগী মখাদা হকচাং শাজেল শান্নরকপনা শাওং-শাদা য়াম্না ফরকই হায়। ষণ গাড়ীগী হাল (য়োৎ) য়ানা চিক্লগা থেকপদা য়া অমা তেকখি, মদুদগী মখা তৌখিদ্রে। মশামক কম্পিটিসন্দা অমুক্তা থোক্তে, অদুবু শিনবা লাংবদি অয়াম্বা মতমদা য়াওখি হায়। য়াইরিপোক্তা মশান্না অয়াম্বা নহাবোলশিংদা তম্বীখি। য়াইরিপোক- ককচিং নকখ্রবসি থা অহুম মরি য়ুমদগা হন্দনা লৈথোকপদা ইমানা থিবা লাকখিসু হায়।

যাইরিপোক্তা থবক মফম তাবদুদা, য়াম্না নুংঙাইরবা নহা ওইবগী কাউঙল্লরোইদবা নুংশি-নুংওনগী মতাং অমা থেংনরকখি। মসিগী ব্বারীসিমক্তি মীঙোন্দা লিথোকখিনু হায়রকপনি। অদুবু অথিংবা লৈবা অসিনা হেন্না লিথোক্লিংলক্লে। য়াইরিপোক্তা থেংনরকখিবা পাঙল লৈশাবীদো ওম্থোক্লা মশক মতৌ ফজখ্রে, মাবু উবা খূদীংমক্লা কল্লক্লখি হায়। মতমদুদা পাঙলগী য়ূমদা চঙবগী য়াম্না লায়বা উপায় অমদি

"য়েরুম লৈবরা হেক হংবা" মদু ওইরবদি য়ূমদা চঙবা য়াই। অসুম্না য়েরুম হংবা শারগা চঙদুনা লৈশাবীদু থেংনরবদা হায়রমখি। "য়েরুম হংবা লাকপা নত্তে, নঙবু য়েংনিংমন্দুনা লাকপনি।" মদু তাবদা লৈশাবীদুনসু কালিমোহনগী থিক- থা ফবদু উবদা মচিনদি থোক্তনা থম্মোয়নুংদা য়ানীংবগী মওং উৎলকখি। কালিমোহনগী লৈফমগা লৈশাবীদুগী লৈফমগা য়াইরিপোক তুরেলনা খল্লি। অদুবু তোয়না উন্নদুনা থম্মোয় মরোল ফাওনদুনা তুরেলদা পূন্না-পূন্না চেঙহি লুমিন্নখিবগী নুংশিরবা ব্রারী ঙসিসু নীংশিংলকখি। পাঙল লৈশাবীদু মীতৈ খুল্লক্তা পুশিন্দুনা নুমিদাং থাবল চোংবা য়াওহন্দুনা চোংমিন্নখি। মীতৈশিংনা মশক খঙদবা লৈশাবী অমা য়াওরে কালিমোহননা ইম্ফাল্লোমদগী পুরকপরা হংনরকখি। ব্রা থোরকপা তারে হায়দুনা লোন্না ময়ূমদা চেলহনখি। হায়দোকফম



কালিমোহন অমসুং মহাক্কী লোয়ননবী একাশিনি

খঙদনা নুংশিনরক্লবদা তিন্নবা বামোন অমনা লৈশাবীদুগী মশক ফজমনবদগী পাঙলনুপী ওইরবসু কালিমোহন নঙ মসে লৌ ঐ বামোননি শিল্লগা শেংদোকহনবীরগে ফাওবা হায়রে। কালিমোহনসু লৈশাবীদু লৌনবগীদমক সিফায় খল্লগে চপ য়ুংনা লেপ্লে। মরমদি লৈশাবীদু সিফায়গী বেরেক্তা লৈরবদি মীনা ঙাংনরোই। সিফায় খনবদা য়াওরে। হান্না থবক তৌরে হায়রুবদুদা নো ওবজেকসন সার্টিফিকেট পুরকউ হায়রক্লে। ওফিসারদা হায়রুরে, ঙমজবী থাদুনা চৈরগা থানাদা ফাহল্লুরা হায়দুনা তাম্থোরক্লে। খানা পাড়াদা ট্রেনিং অমা থারে, উপায় লৈত্রে। ট্রেনিং হল্লকপদা লৈশাবীদু মৌলবী অমদা লুহোংলম্লে। ওম্থোক্লা থম্মোয় কায়নিংঙাইনি। অদুবু নুপীদুগীদমক খুজি অমদি অতৈ পোৎশিং লৈরগা মানা হেক-হেক চঙবা দুকান অমদা থম্মী। মদু পুখ্রগা মখল- মখলগী চানবা অচাপোৎশিং কালিমোহনগীদমক নুপীদুনা অমুক থল্লম্মী। য়াম্না নুংশিবা মতাংদি, নুপীদুগী নুপা, মৌলবীদুগী মনাওনুপানা কালিমোহনদা হকথেংননা হংলকখিবা-নঙনা ঐখোয় ইতৈমসি মরী লৈনরম্মী হায় চুম্বা ? মতমদুদা কালিমোহননা থম্মোয় কায়জরবসু

মীগী য়ূম কায়দনবগীদমক মনাওনুপাদুদা শাওবা শাশিন্নদুনা কনানা হায়রিবনো হায়দুনা মখজায়দা খুবাক্লা থাখি। মদুদগী তপ্পা- তপ্পা ৱারী ময়াং কংশিল্লকখি। অদুবু নুপীদুদি কোম্নুংদা লাইথুং অমা লৈরক্তুনা মপামদা হল্লক্লগা লৈরম্মী অদুবু হৌজিক্তি লৈখিদ্রে হায়। কুপ্পা ইবগী খুদোংচাদবা লৈতবনা শমজিল্লবনি। হায়দোক্তনু হায়বীদুগী মমিং **লৈনি** কৌই। অদোমদি খঙবিরবসু অতোপ্পদদি হায়দোকপীখিগনু।

হৌজিক লৈমিন্নরিবী একাশিনি, ময়াম চঙদুনা শিল্লগা চেলহনবনি। অদুবু নুপী মপানা ঐদি চেল্লবদি লুহোংলোয় হায়দুনা শাওরগা লুহোংবীখিদে। কৈন্য কৎলগা কোন্না লৌখৎপীখি। ৱারীশিংসি শান্নরিঙৈদা ওজাগী নুপীনা ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙলকই। মতাংদুদা কালিমোহননা মাগী নুপীদা - নঙ তাবা য়াদবা ৱারী য়াওরি হায়দুনা তানশিনখি। ঐখোয় অহুম্মক থৱায় তানা নোকখি। ঐনা ইথোক্লিবসিদি কমদৌরগদবনো খঙদ্রে!

কালিমোহননা ভি এল দব্লিয়ু ওইরবা মতুংদা চৎখিবা ট্রেনিংশিংদি - এক্সটেনশন ট্রেনিং (জোরহাট ১৯৫৩), ট্রেনিং ওন কো- ওপরেসন (১৯৫৫), বেসিক এগ্রিকলচর ট্রেনিং (গৌহাটি ১৯৫৭), ওরেন্টেশন ট্রেনিং (রাঞ্চি১৯৬০), মেনেজমেন্ট ওফ এগ্রিকলচর এণ্ড রুরেল ডিভেলবমেন্ট (অহমেদবাদ ১৯৭৫), ইন্সটিট্যুশনেল ক্রিদিট কোর্স (আর বি আই, পুনে ১৯৭৬), রুরেল ডিভেলবমেন্ট এদমিনিষ্ট্রেসন (হায়দ্রবাদ ১৯৭৯), প্লান্নিং এণ্ড দিভেলবমেন্ট (হায়দ্রবাদ ১৯৮১), দিভেলবমেন্ট ওফ বুমেন্স এণ্ড চাইল্ড ইন রুরেল এরিয়া (হায়দ্রবাদ ১৯৮৬) নি।

**ফংখিবা প্রমোশনশিং** - ভি এল দব্লিয়ু (১৯৫৩), এক্সটেনশন ওফিসার (এগ্রি ১৯৫৮), এগ্রিকলচর ওফিসার (১৯৭৬), এসিষ্টেন্ট প্রোজেক্ট ওফিসার দেপ্যুটেসন (১৯৭৮- ১৯৮৬), দিষ্ট্রিক্ট এগ্রিকলচর ওফিসার ওইনা ১৯৯২ গী ফেব্রুৱারিদা থবক্তগী পোত্থারে।

পোষ্টিংদা অয়াম্বা লৈরকপনা অহাংবা মতমদা ইবা হৌরকখি। হৌজিক ফাওবদা কালিমোহননা ইবা ড্রামা ১৮ শুরে। ড্রামা অয়াম্বা মশামক্লা ডিরেক্সন তৌখি। ঈশৈসু মশানা ইখি। সমাজিক প্লেদা নত্তনা পৌরানিক প্লেসু ইখি।

**কোঙলবা লাইরিকশিংদিঃ-**

১। খ্বাইগী হোটেল (১৯৬৬)- য়ুথ আর্টিষ্ট ককচিংনা শান্নখ্রবা
২। অপঙ খুঞ্জাও (১৯৬৬)- এ আই আর, ডি ডি কে ইম্ফালনা শান্নখ্রবা

৩। মঙ নত্তে তাইবংনি (১৯৮১)- রুপমহল ঠিয়েটরনা শান্নখ্রবা

৪। নোংমগী নিংথৌ (১৯৮৩) - কে ডি য়ু ককচিংনা শান্নখ্রবা

৫। পাখ্রা লুখ্রা পার্ট ৱান (১৯৮৩)- এ আই আর ইম্ফালনা শান্নখ্রবা

৬। পাখ্রা লুখ্রা পার্ট টু (১৯৮৪)

৭। নিংঙোল্লাকপা (১৯৮৩)

৮। লৈ পোল্লাং (১৯৮৪)

৯। চকপা হায়ায়নু (১৯৮৪)

১০। কুমগী নোং (১৯৮৪)

১১। মৈরিক্তগী মৈজাওবী (১৯৮৫)

১২। চম্প্রাসি (১৯৮৬)

১৩। শকুন্তলা (১৯৮৭)

১৪। মুৎখ্রসনু লম্মৈসে (১৯৯৮)

১৫। নুংশিবীমল্লিদা (২০০০)

১৬। তরেৎশুবা অঙাং (২০০১)

১৭। মিহৌ চাওবীগী ৱা লৌরুবদগী

১৮। লাকপা অমসুং পঞ্চতন্ত্রগী অখন্বা ৱারীশিং (হন্দোকপা) অসিনচিংবনি। সাহিত্যদা নত্তনা অতোপ্পা থবক থৌরমদসু থৱায় য়াওনা চৎলি।

**ফংলবা এৱার্দশিংদিঃ-**

১। রাইটর্‌স এৱার্দ (মুৎখ্রসনু লানমৈসে), ২০০১

২। অভিনন্দন পত্রা (রুপমহল ঠিয়েটরনা পীবা), ২০০২

৩। ঠিয়েটর সেন্টর এৱার্দ, ২০০৪

৪। ললিৎ নীংশিং খুদোল (ঠিয়েটর সেন্টরনা পীবা), ২০০৪

৫। সাহিত্য সেবক ইবোতোম্বা এৱার্দ, ২০০৬ অসিনচিংবনি।

য়াইরিপোক্তা থবক তারিঙৈ, বজার শেমগৎলকপদা লময়াইদা হৌরম্বা খোংনাং পান্বী তরুক- তরেৎ য়ানখ্রবদা মেন্দা খোংনাং হায়না খঙনবা, তম্নবা, খোংনাং পান্বী অমা মীয়াম্না য়ানবা ঙম্নদ্রবদা, চন্দ্র চৌক্রিদারদা ৱারী হংখি। ৱারী তাখি। লুট- পাৎ তৌবা, নুপী অঙাংদা লমহেনবা নুপা মেন্দা (লমদি পঞ্জররোই) কৌবা অমা খোংনাংদুদা থৌরিনা পুল্লগা সোরাইশম অচৌনা শিংজংখোক্লা থোন্নগা হাৎখি।

মদুদগী খোংনাংদু তম্নখি। মীয়াম্না য়ানবা কিনরবা অদুগুম্বা খোংনাং পাম্বীদু মীয়ামগীদমক কালিমোহননা অকিবা লৈতনা য়ানখি। য়াইরিপোক্কী মীপূম খূদীংনা শ্রী কালিমোহনবু থবক তৌবদা অকিবা লৈতবা ওইনা খঙনখি। পূম্নমকসি য়াম্না শমজিন্না থমজবা মপাউনি। জিরিদা লৈরিঙৈদা ঙবোংখাওগী ৱারীসু লৈরি।

কালিমোহন, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী ১৯৯০ দগীনা ১৯৯২ ফাওবা কাউন্সিলর ওইরম্মী।

অল ইণ্ডিয়া রেডিও, ইম্ফালগী ১৯৭৮-১৯৮৩ অমসুং ১৯৯৪-১৯৯৬ ফাওবা রুরেল প্রোগ্রাম এভাইজরি কমিতিগী মেম্বর ওইরম্মী।

মসিদসু নত্তনা ককচিংদা লৈবা ভোলুন্টরী ওর্গনাইজেসন কয়াগী মেম্বর, প্রসিডেন্ট নৎত্রগা চেয়রমেন নৎত্রগা এডভাইজরদি শোয়দনমক্কী কালিমোহননা হেক্তা ওইরম্মী। মসি মহাক্কী থৱায় য়াওজবা অমদি থেংনরকপা এক্সপরিয়েন্স কয়াগী গুণননি। শ্রী কালিমোহন মীয়ামগী সেবা মতম শাংনা তৌবা ঙম্বা ওইখিসনু। ■

# রিয়াজ উদ্দিন চৌধরী



পোক্লফমনি হৌরকফমনি চাউফম্নি লমদমসিগী লৈহাওদা ঈশিং নুংশিৎতা, লৈরোনসু শোয়দনা চল্লগনি লমদমসিদা। ঈরোং ফাংনা চীংলোন লান্না চেম্ছরকখ্রবসু ঈতিনফম ওইখ্রবনি পূক্সিসিদা ইমা মরীগী মতম্বাকসিদা। মনুং হৎনা, ব্রাহন্তোক লৈনা, শাংলবা ব্রারীগী অশম্বী ব্রাহৈশিংসিনা শৈহৌ ওইরগা পাউদমজরি মণিপুরগী অহানবা ডিপ লিব কেল অমগী মপাউ।

**রিয়াজ উদ্দিন চৌধরী,** ১৯৩১, এপ্রিলগী ১ দা খেরগাওদা তাইবঙ খোঙদারকখি। অপোকপগী মিংনা অব্দুল রহমান কৌই। অপোকপীগী মিংনা মণিজান হায়না কৌই। খেবগাও নিঙোলনি। মমাবু পোকপী অবোক্তি লিলোং হাওরৈবী নিঙোলনি।

মচিন- মনাও নুপা ঙাক্তা মরিনি। নিঙোল অমত্তা য়াওদে। মচিন- মনাওশিংগী মনুংদা রিয়াজনা খ্বায়দগী অতোনবনি। হৌজিক মচিন মনাও ময়াম্বা অহুম্মক লৈখিদ্রে যাম্না লাইবক থীবা অমদি রিয়াজ মপা মশক খঙজ উজহৌদে। মহাক্না ইমাগী পীবুকনুংদা লৈরিঙৈ শুপ্নতগী থাবুম অহুমদং হায়রকপা তাইবঙদা খোঙদারক্লিঙৈ মতমদুদা অপোকপদি তাইবঙ সংসার থাদোক্লল্লগা মপু মাগী শিম্ছা লোইরদুনা মপুগী নাক্তা অমুক হনখিবনা হাল্লল্লে। রিয়াজনা তাইবঙদা হঙা মংফাওনরকপা মতমদদি মপা লৈজদ্রবা লুখ্রাবী মচা অমা ওইনা চাওরকখি। অপোকপা য়াওদনা মমা লুখ্রাবীনা য়াম্না ব্রানা শেমগৎচরকখি।

অপোকপা মশক উহৌদ্রবা বিয়াজনা মহে মশিংগী খুৎমারকপা শিন্দমশঙদি খেবগাও লৱাব প্রাইমাবি মদ্রাসানি। মফমদুদা ক্লাস টু ফাওবা তমখি। মথংদা ক্লাস থ্রীদগী সিক্স ফাওবদি ফৈজিযা মদ্রাসা, হাত্তাদা তম্লকখি। "হাফিজ হাত্তা, হাত্তা হায়বদি লৈকাই হাযবনি, হাফিজনা লৈবা লৈকাইবু হাত্তা হাযনা খঙনখি।" ক্লাস সভেনদগী টেন ফাওবনা সি সি হায স্কুলদা তম্লকখি৷ মতমদু মেট্রিক পবিক্ষাসি কলিকটা (কোলকটা) যুনিভর্সিটিগী মখাদা তৌবম্মী। মেট্রিক পবিক্ষা ফাষ্ট দিভিজনদা পাস তৌবে, ১৯৪৭। মখা দি এম কোলেজদা তমথদুনা আই এসু কলিকটা যুনিভর্সিটিগী মখাদা ফাষ্ট দিভিজনদা পাস তৌবে, ১৯৪৯। কোলেজ অসিমক্তদগী বি এসু পাস তৌবে, ১৯৫১।

বি এ পাস হেক তৌবগা মণিপুবগী সেক্রেটবিযেৎতা এল দি সি ওইনা থবক চঙবা হৌবে। মতমদুদা কোলেজগী লাইব্রেবিযনসি যু দি সি অমনা পুহল্লি। দি এম কোলেজদা লাইব্রেবিযন ওইবে। থবক তৌনা তৌনা লাইব্রেবিগী লাইবিক মযামদু থেংন-থেংনবদা থাদোকপা লৈতনা তকখৎতুনা পাবগা গৌহাটি (গুৱাহাটি) যুনিভর্সিটিগী মখাদা এম এ প্রাইভেটতা থাদোক্লে। পাস তৌবে ১৯৫৪, গৌহাটি যুনিভর্সিটিগী টোপ্পবনি। যাম্না নুংঙাইবা অমনা মতমদুদা বিযাজনা মৈতৈ পাঙলশিংগী মব ক্তা (মনুংদা) অহানবা এম এ পাস তৌবা নুপা ওইবে।

এম এ পাস তৌববা মতুংদা মবক মবক্তা পার্ট টাইম ওজাসু ওইখি। লাইব্রেবিযনগী ফমবুসু ওজাগী তলবকা মান্নহল্লদুনা শেমগৎলকখি। তৌবদি লাইব্রেবিযন অমা ওইবা তাববদি ট্রেনিং অমদি পাস তৌবা তাবম্মী। থবক তৌনা তৌনা বিযাজ উদ্দিন চৌধবীবু সবকাবনা দিপুটেশনদা ট্রেনিং থাবম্মী। ডিপ লিব কেল (দিপ্লোমা ইন লাইব্রেবি সাইন্স, কলিকটা যুনিভর্সিটি) চহী অমগী ট্রেনিং লোইবে, পাস তৌবে, টোপ্পবনি। মণিপুব অপূনবগী ওইনা অহানবা ডিপ লিব কেল ওইবে। ডিপ লিব কেল হাযবসি মতমদদা হাযনবা অশম্বী ৱাহৈনি৷ মসিগী মতুং মতম খবা লৈবগা ৱান মেন কমিশনদা এসিষ্টেন্ট প্রোফেসব ওইনা অমুক খল্লে। ১৯৭৭ তা জি পি ৱুইমেন কোলেজদা সেলেক্সন গ্রেদ লেকচবব ওইনা লাক্লে। ১-৪-১৯৮৯ দা হিষ্টবি সবজেক্টকী হেদ ওফ দিপার্টমেন্ট ওইনা জি পি ৱুইমেন কোলেজদগী থবক্তগী পোত্থাবে। হৌজিক সবকাবদগী পেন্সন চাবি।

খেরগাওদা পোক্লক্লগা, চেক্কোনদা ময়াম্বনা লৈবা ইংখোল অমদা রিয়াজনা শরুক খরা অমুক হন্দোক্লগা হৌজিক হৌজিক চেক্কোনদা ১৯৫৩ দগী লৈরক্লি। লোয়নবীগী মিংনা প্রিয়ারিজান (নুংশিরবী থৱায়) হায়না কৌই। বাবুপাড়া নিঙোলনি। হেলিম সাহেব হায়না খঙনবদুগী মচন্নুপী অতোনবীনি। রিয়াজসু মচিন মনাওশিংগী মনুংদা অতোনবনি অদুগা মহাক্কী লোয়নবী প্রিয়ারিজানসু মচিন মনাওশিংগী মনুংদা ইতোন তোনবীনি। মখোয় অনী ১৯৪৮ দা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নখি। মতম কুইনা মখোয়নিগী মমীৎতা মচা হায়বদু উজবা ফংখিদে। কোন্নথংদা ১৯৫৬ তা মচানুপা অমা ফংজবা হৌখি। য়াম্না তাঙনা ফংই হায়দুনা মচানুপাগী মমিং য়াম্না নুংশিনা সনা হায়না কৌখি। সনা হায়না কৌরিবসি রেহনুদ্দিনবুনি। রেহনুদ্দিন এস দি সি ওইনা সরকারগী থবক চঙখি। ২০০২ দা এম সি এস ওফিসার ওইরে। রেহনুদ্দিনগী নুপী, রিয়াজগী মমৌ অহল ইশারতসু এম এনি। প্রাইভেট স্কুল খরদা ওজা ওইরম্মী, তোকথোক্লে। মহাক্কী মপল ৱালি উল্লা, চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা দরবার মেম্বর ওইরম্মী হায়না ইশারতনা পল্লকখি।

রিয়াজগী অনীশুবা মচাদি নুপীনি। মমিং বিলকিস হায়না কৌই। মহাক বি এ ফাওবা তমদুনা পাস তৌখি। মহাক্কী নুপানা এস আই ওইরিঙৈদা লুহোংখিবনি। হৌজিক্তি এদিশনেল এস পি কারে। অহুমশুবা মচাসু নুপীনি। মমিংনা জেবুনেসা হায়না কৌই, মহাকসু বি এনি। থম্বালখোংদা ওঙই। মহাক্কী নুপাদি সাওদি অরাবিয়াদা থবক তৌই। মরক মরক্তা ওইনা য়ূমদা থোরকই। মরিশুবনা নুপানি, মহাক্তি (মঞ্জুর) লৈখিদ্রে। মঙাশুবীনা ফতেমা কৌই। বি এ ইংলিশ ওনর্সনি। এম এ ফাওবা তন্নম্মী পরিক্ষাদি থাখিদরে। ইম্ফালগী বজার মনুংদা লৈবা য়ু পিদগী ময়াং (মুসলিম) অমনা লৌখ্রে। মচা অহুম লৈরে। রিয়াজনা পল্লকখিবা ৱাফম অমদি ময়াংমচা ওইনা পোক্লবসু ইশুশিংদুদি নুংশিবনা লোইরে। ইচানা কেপিটেলনি অদুগা ইশুশিংনা প্রোফিৎনি। হয়েং নখোয়সু নশু ফংলগা খঙলক্কনি। তরুকশুবা ইরসাদ নুপানি অদুগা তরেৎশুবসু সাবুর নুপানি। মচা ফংলরোইদবগুম তৌরম্লগা থেঙনা ফংবা হৌরগা মরী- মরী মখা তারক্কুনা মচা তরেৎ ফংখি।

শান্ন-খোৎনবদা ফুটবোলবু য়াম্না পামজনা হৌরক্লগসু ফুটবোলদি মখা তানা শান্নখিদ্রে, অদুবু হোকিদদি অফবা প্লেয়র অমা ওইখি। মহমদ্দন স্পোর্টিং ক্লবকী শান্নরোয় ওইনা করিগুম্বা মতাংদা রিয়াজনা চনবা গোলনা কপ ৱিনিং প্লে ওইখিবসু য়াওখি।

রিযাজ, পাঙলশিংনা য়াম্না লুনা খঞবা, পামজনা চৎনীংবা মফম মক্কাদা চৎলুরে। মরম অদুনা চৎনবীনা হাজি হাযনসু খঙনরবনি। হৌজিক্তি খদাং কোই খাক্লে, তুপি উপ্লে। ওজা ওইবিঙৈদদি কোই খাক্ত্রি, কোট-সুট, নেক-টাই হাপ্লকই। মহাক্কী লোয়নবীনা বিয়াজদগী হান্না মক্কা য়ৌরুরে। মরী লৈনবা থবকশিংদি - মণিপুব কলচরেল ইন্টিগ্রেসন কনফরেন্সকী একজিক্যুটিভ মেম্ববনি। এ আই আব ইম্ফাল, মুসলিম প্রোগ্রামশিংগী এদভাইজবনি। মণিপুর পীচ কমিটিগী ৱার্কিং প্রসিদেন্টনি। ইস্কোনগী একজিক্যুটিভ মেম্বরনি। মণিপুরদা পাঙলশিংগা মবী লৈনবা সেমিনাব পেপর কয়ামরুম পাথোকপ্রে। অদুবু অইবা লাইরিক ওইনদি ফোঙখিবা লৈত্রি। আববিক, উর্দ্দু অনীমক ইবা পাবা নীংথিনা ঙম্মী। হৌজিক্তি নুংতিগী ধর্ম্মগী লাইবিক কুরান পাদুনা লাইনিংবা অমা ওইনা মরক মবক্তা মচা মশুশিংগী নিংঙাইদা চেক্কোন বজার থোক্কুনা ঙমোক লৈবা থোক্লি। মখোয়গী কুম্মৈদা পোত্থাজফম ওইরি। ■

# শ্রী খাইদেম নবকুমার সিংহ



পামজবদা ঙাওজৈ, নুংশিবগীদমক কখোকচৈ, মাগীদমক নীংথমগী। উনখা কিরুদে, কালেনগী নুংশাসু খল্লুদে, নোংজুগী অহীং অথেঙবদা তুমখিদে। মসিদনি "সাহিত্য সেবক" মিংথোন ফংখিবা।

**শ্রী খাইদেম নবকুমার সিংহ,** ১৯৩৪, ওগষ্টকী ১ দা উবিপোক (কাংচুপ রোদ) খাইদেম লৈকাই, ইম্ফাল, ৭৯৫০০১, মণিপুরদা তাইবঙ খোঙদারকই। অপোকপা লৈখিদ্রবা শ্রী খাইদেম নোংয়াই সিংহ কৌই। (খাইদেম নোংয়াই সিংহ, মৈতৈলোনদা "পার্থ পরাজয়" কৌবা বঙ্গালি দ্রামা হন্দোক্তুনা অমসুং মৈতৈলোনগী ঈশৈ যাওনা ইহান হানবা মণিপুবগী দ্রামা পুথোকখিবা মীশক্তি)। অপোকপীগী মিংনা লৈখিদ্রবী লমা:ম নিঙোল শ্রীমতি খাইদেম ওংবী ইবেতোম্বী দেবী কৌই। মহাক্কী ইমা তকক্লা লৈখিদ্রবা মতুংদা তবেৎশুবা ইমানা নবকুমাব পোকপনি। মসিগী মবমদা যাম্না শাংলবা নুংঙাইববা ৱারী অমা লৈরি। মচিন মনাও মখোয পূন্না মঙানি। নুপা (পিবা) অহুমগী মনুংদা মানা খ্বাযদগী অহলনি। নুপী (নিঙোল) অনীমদি লৈখিদ্রে।

হৌজিক-হৌজিক মহাক্কী মচানুপা অহুমনি। নিঙোল য়াওদে। মমৌ মশু লৈরে। মচানুপা অহলদি ময়ুম পান্দ্রি। মখোয়শিংগী মমিংনা রুদ্রকুমার, ভোগেন্দ্রকুমাব, বোযতোননি। মতাং- মতাংগী ওইনা পণ্ডিত শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা নোংমা হায়খিবা ৱাফম অমদি "নবকুমারগী পাবুংদুদি নিংথৌগী মচানুপী অহুম মথং মথং মথন্তনা লৌবা ঙল্লিবনি। মহাক্কী য়ূমগী মাঙ্গোলদো কনাগুম্বা মী অমগী য়ূমদগীসু হেন্না চাউবনি।" হায়বগা চঙলুবগা শ্রী নবকুমার উন্নরুবদা মহাক্কী য়ূম মাঙ্গোল অদুক্কী মতীক মরাং কায়রম্মী। মহাক্কী শুমাং য়াম্না চাউনা থল্লি।

অদুবু ইবম নালা ৱাৎপদগী ঈশিংদি ইতৎ তৎতনা থুন্নি। মমাঙ শঙ্গোয়দুসু ফনা নীংথিনা চাউই। ১৯৩৯ দা চেক্লা অথোন অরং কয়া হক্কদুনা মথকসু কুপ্লগা শাবনি। অৱাং শঙ্গোয় অদুসু ফনা নীংথিনা চাউই। মদুদি জিষ্ঠনা কুপ্পী। শঙ্গোয়দুগী নোংচুপ থংবা শরুক্তা লাই লাৎতুনা নুংতিগী অয়ুক নুমিদাং পুজা তৌরি।

শ্রী নবকুমাবনা পামজনা চৎচরিবা ধর্ম্মদি বৈষ্ণবিসনি। মহাক ১৯৫০ দা গৌহাটি (গুৱাহাটি) য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা মেত্রিক পাস তৌখি। ১৯৫২ দা আই এ, ১৯৫৫ দা বি এ মথং মথং য়ুনিভর্সিটি অসিদগী পাস তৌখি।

মৈতেলোন্না মমালোন ওইববসু বঙ্গালি লোল নীংথিনা ইবা, পাবা অমসুং ঙাঙবা ঙম্মী। অসামীজ (অখোমিয়া) লোলসু ঙাঙবা ঙম্মী। হিন্দিগী ওইনা রাষ্ট্র ভাষা প্রচাব সমিটি ৱার্ধাগী পরিচয় ফাওবদি পাসসু তৌরে। ১৯৫৭ তা এম এ (ইকোনোমিক্স) তম্বদি লোইরগা পরিক্ষা থারমদনা ওজা ওইবা অদুম হৌখ্রে।

শিন্দম শিনশঙ হায় স্কুলদা এসিষ্টেন্ট টিচব (১৯৫৯) ওইরম্মী। খা- ইম্ফাল হায স্কুলদা এসিষ্টেন্ট টিচর (১৯৬১ - ৬৩) ওইরম্মী। অদুদগী এ আই আর ইম্ফালদা ১৯৬৩ গী দিসেম্বরগী তাং ১৬ তা ষ্টাফ আটিষ্ট ওইনা করিগুম্বা অকক্লবা ফম অমত্তা হাযদনা চঙবা হৌখি। মতমদুদা ফংখিবা তলবনা থা অমদা লুপা ২১৫ দনি। এ আই আব, বামপুবদা (১৯/৪/১৯৮৫ - ২৩/৪/১৯৮৫) লৈরমমী। এ আই আব ট্রিবান্দ্রমদা (কেরলা) ১৯৮৭ তা লৈরম্মী।

সাহিত্যগী লমদদি খ্বায়দগী অহানবা ওইনা খূৎ থাখিবসি "ঐগী সত্যগী চাংয়েং ৱাবী" ট্রান্সলেসন "My Experiment with Truth" by M.K. Gandhi (2nd October 1869) নি। ৱারী অসিমক এ আই আর ইম্ফালদা ইরাই নুমিৎ খূদিংগী সেবিযেল ওইনা মতমদুদা শন্দোকখি। কোন্নথংদা লাইরিক ওইনা কপি ১০০০ ফোঙখ্রে। কপি পূম্নমক লোইথোকখিদুনা অনীশুবা খূৎনমসু পুথোক্লে।

নিংথৌ ইদিপস (King Oedipus) লাইবিক অসি E.F. Watling না ইংবাজিদা হন্দোকপদুদগী শ্রী নবকুমারনা মণিপুরীদা ট্রান্সলেসন তৌদুনা ফোঙখ্রে। অহানবা খূৎনম- মেদে নুমিৎ ১৯৭৬, অনীশুবা খূৎনম মেগী ২২, ১৯৯৭ নি।

এদোপসন তৌদুনা শ্রী শ্রী জগন্নাথ উপাসনা (The Cult of Jagannath) By Dr K.C. Mishra ইঙেনগী নীনি পানবা বথ যাত্রা নোংমাইজিং নুমিৎতা (শকাব্দ ১৯১৯, চন্দ্রবন্দ ১২০৯, ইং শোক ১৯৯৭) ফোঙখ্রে। মসি ডা. কে সি মিশ্রা (কাহ্নু চবন মিশ্রা) দগী অয়াবা লৌরগা ফোঙখিবনি।

শ্রী নবকুমারনা তৌখিবা অতৈ থবকশিংনা *ওর্কিদস ওফ মণিপুর* হায়বা ইংলিশতা ফিচর অমা, মিনিট ২৮ শাংবা, এ আই আর ইম্ফালদা নত্তনা গুৱাহাটি, সিলচর, আগরটলা, দিব্রুগড়, পাসিঘাট, টৱাং, কোহিমা, শিল্লোং, আইজোল সিলিগুরি, খরসোং, গেংটোক, কলিকটা, জয়পুর, সম্বলপুর, কটক অমসুং পোর্টব্লেয়ে অসিনচিংবদা শন্দোকখি।

Pearls of Manipur মণিপুরগী মুক্তা হায়বা ফিচর অমসুং ইংলিশতা এ আই আর, ইম্ফালদা (মিনিট ২৮ শাংবা) শন্দোকখি। মদুমক এ আই আর শিল্লোংদসু শন্দোকখি।

থবক অহানবা চঙবা- কেজুএল- এ আই আর ইম্ফাল, ১৬- ১২- ১৯৬৩, ট্রান্সলেটর- ১- ১২- ১৯৬৪, এসিষ্টেন্ট প্রোদ্যুশর- ৩- ৫- ১৯৬৯, প্রোদ্যুশর- ৬- ১০- ১৯৭২ অদুদগী এসিষ্টেন্ট ষ্টেশন ডাইরেক্টর ওইনা এ আই আর কলিকটাদা- ১৬- ১২- ১৯৯০ দা চংলি। ১৯৯১ গী ওক্টোবর থাদা থোরক্লগা এ আই আর ইম্ফালদগী ১৯৯২ গী জুলাই থাদগী থবক্তগী পোত্থারে।

"Discovery of India" written by J. Nehru মণিপুরী অনুবাদ অমা এ আই আর ইম্ফালদা চহী অমা চুপ্না (শ্রী থোকচোম গোবিন্দ) পাথোকখি। মদু ৮- ১১- ১৯৮৮ দগী হৌখিবনি।

শ্রীখাইদেম নবকুমার সিংহনা তৌখিবা থবকশিং অমদি সাহিত্যদা থৱায় য়াওজবসিদা মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পেল্লদুনা, ৭১ শুবা চহীগী অধিবেসনগী উপলক্ষদা "সাহিত্য সেবক" হায়বা উপাধি অসি তাং ১৪- ৫- ২০০৬ ইম্ফাল, পরিষদ অসিগী সভাপতিনা পীখি।

শ্রী নবকুমার সিংহ, দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী লাইফ মেম্বর ওইরি। ওল মণিপুর স্পোর্ট এসোসিয়েশনগী ফাওন্দর মেম্বরনি। ওল মণিপুর সেনিযব সিটিজেন্স ৱেলফেয়ের এসোসিয়েশনগী ফাওন্দর মেম্বরনি। মরিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যলয়গী ফাওন্দর মেম্বরনি। অদুগা এন জি কোলেজগী ফাওন্দর মেম্বরসুনি।

শ্রী নবকুমার ফজরবা, কান্নরবা থবক কয়া লেপ্তুনা তৌবা ঙম্বা ওইবীদুনা পূন্সি নুংশাংবা ঈশ্বরনা পীনবীসনু। ■

# মুহম্মদ অব্দুর রহমান



ঙসি ঙসিমক্তি মণিপুর হায়রগনা হেন্না খঙনরিবা লমদমসিগী লৈহাওদা পোকচবা, লমদমসিগী ঈশিং- নুংশিৎতা চাউজরকপা, লমদমসিগীদমক শাংলবা পূন্সিগী শরুক কয়া অঙম্বা ঙমজবা হীরমদা থবক কয়া তৌদুনা লেল্লক্লবা, অদুগা হৌজিক হৌজিক্লা অহলগী মতম ওইরক্কুনা চারোল- শুরোলশিংবু তুংদা মীপান তাংদনা মরোমদোম হিংবা ঙমজনবগীদমক চেকশিন্না কদায়দা করি শোয়খিগদগে হায়দুনা শেন্নজবগা লোয়ননা অশং- অশংবা মতমদা অৱাবা পোখাজবা ওইনা পামজবকপা অমদি তঙায ফদবা তৌদবা য়াদৱনি খঞ্জদুনা তুংগী মীরোলমগীদমক খঙজিনবদা কান্নগদবা হীরম কয়াদা সাহিত্যগী মথেল ওইনা খুৎ থাদুনা মশানা ইবা লাইবিক কয়া পুথোকপীখ্রবা, পুথোকখিগনি হায়বগী আশাসু য়াম্না চাউনা লৈরিবা, ইবগী লমদা মনা- মথুমসু ফংখ্রবা অহল ইবুংঙো অমগী মপাউ পুজরক্লি।

**মুহম্মদ অব্দুর রহমান,** ১৯৩৫ গী জানুৱারি ২ দা কৈখু মুসলিম অৱাং লৈকাই, ইম্ফাল, ক্ষেত্রিগাওদা তাইবঙ খোঙদারকই। অপোকপগী মিংনা অলহজ সিফৎ উল্লাহ কৌই। অপোকপীগী মিংনা মোইনাম নিঙোল যুহরা বিবী হায়না কৌই।

মহৈ- মশিংগী খূৎমারকপা স্কুলদি পোরোম্পাৎ এল পি স্কুলনি। মফমসিদা ১৯৪২ দা ক্লাস টু মণিপুর পূম্বগী ওইনা চাংদম্নবা য়াওরকপা মহৈরোইনি। মথং- মথং পাস তৌরক্কুনা ১৯৫১ দা সি সি হায় স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌরকখি। মদুগী মথংদা ধনমঞ্জরি কোলেজদা আই এ তম্বা হৌখি। লাইবক থিবদি ইমুংগী শেল- থুমগী ফীভম ফৎলক্তবনা মরম ওইরদুনা আই এ অদু মপূং ফানা লোইশিনখিদরে।

১৯৫৪ দা সনাজাওবা কাজীগী মচানুপী অমিনা খাতুলগা লোয়ননা যূম্বাল লম্বীদা খোঙদাবা হৌরকখি। হৌজিক মচানুপা মঙা, মচানুপী অনীগী অপোকপা ওইরি। মচানুপা অহল বি এ ফাওবা তমদুনা পাস তৌরগা করবারনা শিনফম ওইরি। মখা অতৈসু মেট্রিক ফাওবদি লোইনা ওইরে। মচানুপী অহল ক্ষেরগাওদাওংই। মচানুপী অতোনবীনা খোমিদোক ঈপুমপাৎ মপান্দা ওংই।

১৯৫৫ দা মরিপুর সরকারগী লোউ- শিংউবগী লোয়শঙ, এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্টতা কেরানি, এল দি সি ওইনা থবক চঙবা হৌরে। মতমদুদা কেরানি অমনা থাগী ওইনা ফংলিবা তলবসি ৩০ + ১৫, হায়বদি লুপা ৪৫ খক্তনি। অদুবু শেনফমদুনা শীনবদি ওম্থোক্লা য়াম্না কোন্নরম্মী। ওফিসকী থবক তৌরিঙৈদাএগ্রিদগী হোর্টিকলচরদা ট্রান্সফর চৎখি। হোর্টিকলচরদগী কাদাদা অমুক ট্রান্সফর চৎখি। মতমদুদা চাং নাইনা ওফিস মতম চানা কাবা, মতম চানা কুম্বা করিগুম্বা বজেটকী মতাংদদি নুমিদাংগী পুং ৭/৮ ফাওবা থবক লোয়নবা হোৎনখি। মহাক্না চাং নাইনা ওফিস কাবা, হংলুবা খূদীংদা খঙদবা-হৈতবা লৈতবগীদমক ময়াম্না মাবু ওফিসতা মাষ্টর রহমান হায়রগা খঙনবীরম্মী হায়। প্রমোশন মথং- মথং কাখৎলম্মী। ট্রান্সফর চৎপা য়াবা চৎলুরগা মতুংদা এগ্রিকলচরদা অমুক হল্লক্তুনা একাউন্ট ওফিসার লৌউ- শিংউ লোইশঙ মণিপুর সরকার ফাওবা ওইখি।

১৯৯৩ গী ফেব্রুৱারি তাং ১ দা মণিপুর সরকারগী লৌউ- শিংউ লোইশঙদগী একাউন্ট ওফিসার ওইনা হৌজিক সরকারগী থবক্তগী পোখারে। হৌজিক হৌজিক থাদা পেন্সন ওইনা লুপা ৭,০০০ গুম্বা ফংলি। রহমানগা ৱারী অসুম শান্নজবদা মশাগী লুহোংবগী মতাংদা অসুম্না হায়- মাগী লুহোংবদু কাজী ওইবা অমগী মচানুগী লৌবনিনা শামু তোংলগা চৎখি। চাইশেলদা শেল অচোইবশিং হাপ্লগা শেলনা লৈগুম চাইখি। মদু ঙসি ইবুংঙোগা ৱারী অসুম শান্নবদা নীংশিংলকপনি, য়াম্না নুংঙাইশ্রবজাৎনি। মতাং- মতাংদা পল্লকখিবা ৱাফমশিংদি - মণিপুর সরকারনা ফোঙবা, 100 years (1891-1991) Manipur's Last War of Independence পাউনানা লাল চঙবা মতমদা খোংজোম পবর্ব শকপা ধোবি লৈনৌগুম য়াম্না মথায় চাক্লা-চাক্লা মপূন্সি লোমখিবা, মখোয়না খোংজোমগী লান্দুদা থেংনহৌবা উজহৌবগী মতাংদা ক্ষেত্রি বেঙ্গুলদগী হেদ বেঙ্গুলর( লালগী বেঙ্গুল খোংবা মকোক) নি হায়বা জলালি (জলাল আলি) গী ৱারীসু পনবীরকখি।

ওফিসকী থবক অসুম তৌরকপদগী ফংলকপা এক্সপরিয়েন্স কয়াদা যুম্ফম ওইরগা মাগা থানা মমান্নবা মখোয় অহুম্না পুল্লগা, সর্ভিস রুল লোয়ননা একাউন্টকী রুলগী মরমদা ইবা তুংগী মীরোলনা য়াম্না কান্নবা ওইবা য়াবা ভোল্যুম অমা লাইরিক ওইনা নমথোক্লবগীদমক নীংথিনা শেম শারবা খূৎইদু প্রেসতা নম্বা হৌনবা পীখ্রগা প্রেস অদু অদুম থোঙ লোনখিদুনা অদুম্মক থিবা খঙখিদ্রে। মদুগী ভোল্যুম অদু অমুক হন্না শেমগদবসু ঙমগদবা মান্দ্রে, অকাউবা কয়াসু লৈরে হায়দুনা য়াম্না নীংঙমদবা অমা ওইনা শোঞ্জহৌরি।

শান্ন-খোৎনবগী মতাংদা- মশানা ক্লাস আইটকুম্বা তম্বা অদুৱাইদগী ফূটবোল অর্মদি হোকি পামজনা শান্নরকখি। মতমদুদা নোংমা হোকি শান্নবদা হোকিগী বোলনা লাইবক্তা পানখিবদগী দাকফম মমি ঙসি ফাওবা লৈরিসু উৎলকখি। ইন্টর ওফিসকী শান্ন-খোৎনবদা মহাক্কী দিপার্টমেন্টকী হোকি শান্নরোয় অমা ওইনা শরুক য়াদুনা শান্নবা য়াওখি। মসিদসু নত্তনা ক্লাস আইট তম্বা মতমদুদা আর্বিকসু তমখি।

ৱারৌবীবদি য়াদে, খঙদবদগী খঙনীংদুনা হংজবনি হায়দুনা পাঙলশিংনা নোংচুপ ওন্দুনা তুম্বগী মতাংদা হংজরুবদা অসুম্না হায়বীরকখি। অতৈনা তৌবদগী ওন্না-তৈনা তৌবগী ৱাফম থোয়না নত্তে। ঐখোয়গী ধর্ম্মসিনা মকাবু য়াম্না লুনা খঞ্জে, নীংজৈ। মকাসিদি ঐখোয়সিদগী নোংচুপলোমদা লৈ, অদুনা মদুগুম্বা মায়কৈদা খোঙ ওনশিন্দুনা তুম্বা নুংঙাইতবদগী কোক্লা ওনশিঞ্জবনি। পৃথিবীগী মফম খূদীংদগী য়েংবদি অৱাং ওনশিল্লকপা, মখা ওনশিল্লকপা, নোংপোক ওনশিল্লকপসু অদুম ময়াওরি। মসিদা থোইনা লান্না খন্নীংঙাই লৈতবরা খল্লি। নোক্লদুনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটি কাঞ্চিপুরদা পাঙথোকখিবা সেমিনার অমগী ৱাহংদা পাঙলশিংনা লাই খুরুম্বা মতমদা খূৎ অনীমক থাঙ্গৎলগা খুরুম্বগী মতাং হংলকপদা খুমখিবা পাউখুম নীংশিংলকই। ৱাহং হংলিবদুদা ফমথবীরো, পাউখুম পীজরগে হায়রগা হৌখি হায়। অদোম্না সিনেমা য়েংবীখ্রবরা? য়েংই। মরক- মরক্তা ৱার ফিল্মগদি য়েংবীবরা ? য়েংই। অদুদি মায়থীরবদুনা অঙম্বদুগী মফমদা করম্না চঙলকই? খূৎ থাঙ্গৎলগা। মদুনি, পোকপীবা, শেম্বীবা, হাৎপীবা পূন্নমক ঙম্বা তাইবঙ মপূ মাগী মফমদা খূৎ অনীমক থাঙ্গৎতুনা সরেন্দর তৌদুনা খুরুম্বনি। ঐগী পাউখুম মখোয়না ৱা লাউনা নোক্নুনা য়াবীখিবগুম তৌই। মসিসু রহমাননা লিরকখিবা ৱারীনি।

চীঞ্জাক্তা মঙক লেন্দুনা হাৎপগী মতাংদা- ঐখোয়না শা-ঙা চানবগীদমক হাৎলমদাইদা অথৌবা থাঙ অমনা জীব অদুগী মঙক্তা লেল্লগা ঈ থোকহন্দুনা হাৎকনি।

মসিগী মরমদি জীব অদুগী ঈদা ফত্তবা য়াওরম্বশিং অদু মপান্দা থোকতুনা তাহনখিবনি। করিগুম্বদা, লেনবা মতমদসু অহুল্লক্তগী হেন্না লেনবা য়াদে। অহৌবদা ইথোকখিবা অদুদগী অনীশুবদা চিংশিল্লকপা অদুদগী অমুক ইহ্মোকপা অহুল্লক অসিদা তোক্কদবনি। করিগুম্বা থৌদবা থাঙনা লেন্দুনা জীবদুবু অৱাবা পীরবদি অদুনা অমুক দোস পুগনি। অদুনা শীজিন্নগদবা থাঙ অদুদি য়াম্না থৌবা অমা ওইগদবনি। পৎ- তুপ্না ককথ্রবসু ঈ থোকপা ৱাৎলগনি ফত্তবশিংদু শেংনা চেঙ্খোরক্লরোই। অতোপ্পা অমনা শিবা মতমদা মশাগী খুজিল কোনশিনবশিংদি মরৌ লৈবনি, মখোয়গী লীচৎ লৌরককনি হায়দুনা চাদে। খূদম ওইনা ক্বাক, চোংঙা, উমাইবী অসিনচিংবনি। ওক হায়না খঙনবা শাসি ঐখোয়না চাদবগী মরমদি অসিনি। তাইবঙ শেম্বীবা মপু মানা শেমদি শেমজিল্লুবে। মাগী হৈনবী, শাজৎ, চীঞ্জাক্তি অমোৎপগী অমোৎপা ঙাক্তা মশক্তা য়েংই নুংশি লৈখোন লৈতবা- য়াওজদবা মবমশিংসিনা মাবু চারুগনু হায়না হায়বীরম্মী। ৱাফম অমগনা মঙোন্দা মৈদা থারবফাওবদা শিঙমদবা য়াম্না শাথিবা তীল মখল অমা য়াওরি। মসি চাশিনখ্রবদি মীওইবগী হকচাংদা য়াম্না অমাঙবা ওইগনি হায়বদগী মসিবু চানদবনি।

মুহম্মদ অব্দুর রহমাননা ১৯৬০ দগী পামজনা ইবা হৌরক্লগা হৌজিক ফাওবদা **মৈতৈলোন্দা ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদিঃ-**

১। থম্মোইগী খোল্লাউ (শৈরেং), ১৯৮০
২। পাঙলগী খুন্নুং ঈশৈ (ফোক ম্যুজিক), ১৯৮৬
৩। পেল্লে তাইবঙ (শৈরেং), ২০০০, কিয়ামুদ্দিনগা সম্পাদন তৌমিন্নবা
৪। ইরালদুবু করিনো? (শৈরেং), ২০০২
৫। সাহির- সলিমা লুহোংবা (শৈরেং) ২০০৪
৬। ঙক্লবা পূন্সি (শৈরেং), ২০০৭

**ইস্লামিক লিটরেচরদা ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদিঃ-**

১। রোজা, ১৯৮৬
২। য়ুসুফ- জুলৈখা, ১৯৮৭
৩। ঈদ অনী, ১৯৮৭
৪। মুহরম অমসুং করবলাগী লান, ১৯৯২
৫। ইস্লাম, ১৯৯৭

৬। দুনয়া অখিরতগী লৌরোকফমনি, ১৯৯৯

৭। খঙফম থোকপা ফর্জ খরা, ২০০০

৮। লনকোন, ২০০৩

৯। লৈরম্লে, ২০০৬

**য়াওরকপা শম্নরকপা লূপশিংঃ-**

১। দ কলচবেল ফোরম, মণিপুর

২। লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েশন (মতম শাংনা প্রসিদেন্ট ওইরম্মী)

৩। ইস্লামিক কলচরেল এন্দ রিসার্চ এসোসিযেশন (ইকবা) ফাউন্দর প্রসিদেন্ট

৪। রাইটর্স যুনিযন, মণিপুর ফাউন্দর মেম্বর অসিনচিংবনি।

**ফংগ্রবা মনাশিংঃ-**

১। সাহিত্য ভুষন, ২০০৩- মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

২। রাইটর্স ওফ দি ইয়র, ২০০৪ - নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি

পূম্নমকসিগী মথক্তা "Manipur past and present Vol. 4, Naorem Sanajaoba" না খোমজিন্দুনা পুথোকপা লাইরিক অদুদসু মুহম্মদ অব্দুর রহমানগী মগুণ লৈরবা ৱারেং অমা য়াওরি।

মণিপুরগী সাহিত্য সংস্থানশিংনা শিনবা সেমিনর কয়াদা শরুক য়াদুনা যাওবি। রহমানগী কলম্মা পোত্থাবা লৈতনা পূন্সি নুংশাংবা তাইবঙ মপু মানা পীনবীবা ওইসনু। ■

# শ্রী থোইদিংজম তোম্বী সিংহ



অঙাং ওইরিঙৈদগী, লাইবিক তম্বা হৌগৎলকপদা তল্লিবা লাইরিক্তুদা য়াওবিবা পাড়াদুবু ইরিবা অইবদুমক ওইনীংবা ঐগী ৱাখলনি। অদুবু ঐসে য়াম্না খঙমন্দে। মীয়াম্না ওজা তোম্বী হায়রগনা হেন্না খঙনরবা ওজা তোম্বীগী য়ুম ফাওবা খঙদে। খঙদববু খঙদে হায়বসিমদি ঐ অকিবা সুংপোক পোক্তে। ক্বাকৈথেল লোমদগী চৎলগা ঙানপ্পী থোং লান্দুনা চৎলগা খাগেম্পলি পন্থক যৌবগা ওজাগী থোঙ্গাল লাম্থোক্তুনা চৎলগা হংলুবনি। মীনা তাকপীবক্লবা মতুংদ গেটচাও পানবা অমদা অমুক চঙলুই। মফমদুদা হংলুবদা থংনবদনি অমুক তাকপীরকখি। থংনবদা চঙলে। গেট হেক লানশিনবগা নুপী মচা অমা গ্লাসকুম্বা কবিনো খবা চামদুনা লৈবা উবম্মী। মঙোন্দা হংলে। মানা হোয় মান্নি হায়রদুনা ওজাবু কৌথোকই। ইধৌ মী লাকএ। ওজা থোরকই...। উন্নরদুনা ঐনা ৱাহৌদোক, শক্তাক্লগা ৱারী শাবা হৌরে। চা থকসি হায়দুনা ওজাগী ইমাবেম্মদুনা (লোয়নবী) চা পুথোকরকই।

**শ্রী থোইদিংজম তোম্বী সিংহ,** ১৯৩৬ কী দিসেম্বর তাং ১, হিয়াঙ্গৈগী ২২ পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা তাইবঙদা খোঙদারকই। মীয়াম্না ওঝা তোম্বী হায়রগনা হেন্না খঙনৈ। ওঝা তোম্বীগী অপোকপদি লৈখিদ্রবা থোইদিংজম অমুবা সিংহ কৌই।

অঙ্কগী মশক নাইবা ওঝানি। অপোকপীগী মিংনা থোইদিংজম ওংবী শ্রীমতি ইবেমহল দেবী কৌই। লৈফম্না খাগেম্পলি পন্থকনি। ওঝাগী লোয়নবীগী মিংনা ইবেচৌবী দেবী কৌই। ওঝা তেম্বী, ইচিন-ইনাও নুপা ৫ গী মনুংদা মরিশুবনি, নুপী ৩ গা পূন্না ৮ নি।

মহৈ- মশিংগী থাক্লা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা মেত্রিক ফাওবা তম্লগা মথংদা গৌহাটি (গুৱাহাটি) য়ুনিভর্সিটিদগী বি এদা ওর্নস ফংখি। পুনা (পুনে) য়ুনিভর্সিটিদগীএম এ (পোল. সাইন্স) পাস তৌখি। ইম্ফাল আর্ট স্কুল অমসুং এম এস য়ুনিভর্সিটি ওফ বারোদাদগী পেন্টিংগী লমদা অহেনবা লৌশিং তানশিনখি।

ইম্ফাল আর্ট কোলেজ, ইম্ফালগী প্রিন্সিপাল (১৯৭৭-১৯৮১) ওইরম্মী। অদুদগী ইম্ফাল কোলেজ, ইম্ফালগী প্রিন্সিপালসু ওইরম্মী।

১৯৬৮ দগী ১৯৭২ ফাওবা দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী মখাদা কন্টেম্পোরেরি আর্ট একজিবিশননচিংবদা শরুক য়াখ্রে। মতুংদা ভিজুএল আর্টকী প্লেটফোর্ম অমা শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। অসুম তৌদুনা 'দ আর্ট সোসাইটি মণিপুর' লমদমসিগী ওইনা ১৯৭২ দা থোরকখি। মসিগী সেক্রেটরী ওইনা ১৯৭২ দগীনা ২০০৩ ফাওবা থৌ পুরম্মী। মতমসিদা ষ্টেট, রিজনেল অমসুং নেসনেলগী থাক্তা আর্ট একজিবিশন (১৯৮৪-১৯৯০) সেমিনার, কনফরেন্স, ষ্টদিজ সর্কল, রিসেপসন, আর্ট মেলা, চিল্ড্রেন্স আর্ট কম্পিটিশন (১৯৭৩-১৯৯২) অসিনচিংবা থবক কয়াদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। সেক্রেটরী অমা ওইনা থৌদাং পূন্নমক আর্ট সোসাইটি মণিপুরগীদমক অমদি মণিপুর মীয়ামগীদমক য়াম্না মায় পাক্লা থবক পাঙথোকপা ঙমখি।

One Man – Baroda; Birla Academy of Art & Culture, Kolkata Varansi (ABC Art Gallery) Imphal.

Group – Major cities of India including National Exhibitions of Art. Organised by Lalit Kala Akademi, New Delhi.

International – 6th Triennale India 1986, Singapore Kaula Lumpur, Kleinsassen Fulda, Germany গী একজিবিশনশিং শরুক য়াখি। ষ্টেট, রিজনেল অমসুং নেশনেলগী থাক্তা ৱার্কশোপ কয়াসু শরুক য়াখি।

লাইফ এণ্ড ৱার্ক্সতা ঐচ শ্যামো শর্মা (১৯১৭-১৯৭৯) অমসুং আর কে য়ুমজাওসনা সিংহ (১৮৭০-১৯৫৪) গী মরমদা মোনোগ্রাফ অনী ফোঙখ্রে (Art Society, Manipur )

মশক নাইরবা চেফোঙশিং অমদি নুংতিগী পুথোকপা পাউচেশিংদা, ললিট কলা কনটেম্পোরেরি ন্যু দিল্লি য়াওনা ৱারেং কয়া'মসু ইখ্রে। অঙাংগী ড্রোইং বুককী টেক্স কয়া ফোঙখ্রে। মণিপুরদা ফোঙবা লাইরিক মখল কয়াগী মখূমশিং দিজাইন্দ তৌখ্রে।

দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী জেনরেল সেক্রেটরী (১৯৭১-১৯৭৩) ওইরম্মী। আর্টস সোসাইটি, মণিপুরগী ফাওন্দর মেম্বর অমসুং সেক্রেটরী (১৯৭২-২০০৩) ওইরম্মী। জেনরেল কাওন্সিল অমসুং একজিক্যুটিভ বোর্দ মেম্বর, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, চহী কয়া ওইরম্মী। ললিট কালা একাদমী, ন্যু দিল্লিগী জেনরেল কাওন্সিলগী মেম্বরসু টার্ম অহুম্লক ওইরম্মী। অকোনবগী টার্মদুদি গোভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী নোমিনিনি।

GB&EB,NEZCC, Dimapur and EZCC, Kolkata National Gallary of Modern Art, New Delhi গী হান্নগী মেম্বরনি। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী সিনেট মেম্বরসু ওইরম্মী।

**ফংলবা ফেল্লোসিপনা** – Senior Fellowship in painting Manistry of Tourism & Culture, Govt. of India, 2001, 2003.

**ফংলবা মনাশিং (Awards)** – First Position among junior artists at the Hills and Plains Festival in 1954.

Manipur State Kala Akademi 1974, 1976. Gold Medal from Manipuri Sahitya Parishad, Imphal (1983),

National Akademi Award 1988 and

Lalit Kala Akademi, New Delhi, Honoured by All India Fine Arts & Craft Society, New Delhi, Pranab Barua Art Award 2006.

Assam, Governor Art Award 2006. Art Society, Manipur অসিনচিংবশিংনি।

ওঝানা মখা তাবা হেন্না ৱাংবা মনাশিং ফংবীরকখিদুনা পূন্সি নুংশাংবা ওইবীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি।■

# শ্রী মাইবম নবকিশোর সিংহ



মীওইবনা মীওইবগী মশকপু খঙবা ঙমদে, তাইবঙ মপু মহাক্কী পাল্লবা ঈপাক্তা শুক্সাৎযাই মরক্তা তাউরদুনা ওন্না- থোইনা, অমুক লুপথ, অমুক তাউখৎ শান্নজরি। খুঙ্গংগী লৈহাও, ঈশিং- নুংশিৎতা পোকচা- চাউজরক্লগা মপৃগী শিন্থা কয়া শনপাংজদুনা লাক্লবা, থাজদনা মতৌ মান্দনা ফাগি পুবা ওঝাগা পৃক্সিগী চুথেক অমদা থেংনখিবনি খঙহৌদনা নোংমা। শকখঙ মায়খঙনখ্রবা মতুং নোংমা অমুক থেংনবদা হাযখিবনি। ওঝাগী য়ুম খঙবা ওইনা নোংমত্তংদি কোয়থোরকপা তারি। যাইনে লাকপীয়ুনে, ওঝানা খুল্লকখিবনি। নুমিৎতু থোক্লুরমাল্লে ফমুংদগী ফুক হৌগৎলগা ইরুজথোক্লবা মতুংদা ফি হোংই। হেক হেক য়ানবা খাওদু লেংবান্দা য়ানশিল্লি। ব্রাহেং লৈকাই য়ৌরে, পার্কিংদা চঙদুনা গাড়ীগী অঙাংশিংদা হংলুই। মখোযনা খুল্লকই। সিদা সুম তোংলসু য়ানি, চৎকদৌরবনি। হায়বগা তৌবগা বসতু ঙংবা হৌবকই। খরা থুগদরা খন্দুনা কাখৎলে। থৌবা হৌই। ব্রাঙ্গোই হায়বা মফমদুদা বসতু লোযবে হায়দুনা কুমথরে। শাওনিংলকই। ঙাইহাক লৈরগা বস অমা লাকই মদুদা হংলগা অমুক কাখৎলে। লাই পাঙ্গনবগী মপাদা খাম্বীয়ু ঐদি মফমদু খঙদে হায়রম্মী। য়ৌরে বসতু খাম্বীরে, মৌ- নহা অমসু মচা অপীকপা অমা পল্লগা কুমথরকই। মঙোন্দা হংখি। ইবেম্মা স্বাইদগীরা, মী অমত্তা হংগে। মানা খল্লগা হায়রকই, খরদি শাংইদা, চুম্না চঙলগা লম্বীদগী য়েংবদা উবা মূর্ত্তি খিনবা ইংখোল অমা লৈরমগনি মদু মাগী য়ুমনি। চহী খরগী মমাঙদা লাই পাঙ্গনবগী মপাসি লাল্লগা ককচিংদা চৎতি চৎখ্রবনি। হৌজিক্তা নীংশিংলকই। অসুম চঙশিনবদা মূর্ত্তিদু উরদুনা লেপ্তুনা চঙশিল্লি। ওঝাসু মাঙ্গোলদা লৈরমদুনা মায়গা মায়গা মপা চান্নরদুনা ওঝানা

মখূৎ তিংথোরক্তুনা মাঙ্গোলদা পুখৎপীরে। হংলকখি - ইথন্তরা'? করিনা লাকই ? ইথর্ন্তনি। বসতা লাকই, ঐনা খুমখি। ওঝানা ইমুংদা ওনশিন্দুনা হায়খি। মেস্মা ঐনা লাককনি হায়বা ওঝাদু লাক্লে। ওহ্নেক্লে লাপ্না লাকখ্রপোৎনি চাগদু পুথোরকউ। পন্থবা লৈতনা ইতৈমসু থোরকই, ওকপা য়াওরে। চা থকসি হায়রল্লগা পুথোরক্তুনা থক্লে। ওঝানা হায়রকখি চাক চারগা ওইনা হল্লো। মদুগী অয়াবদি ঐনা পীখিদ্রে। ওঝাসি ৱাবগাই লমখায় ফাওবা থোক্লগা শম ককহল্লুগে তৌরম্ববজাৎনি। ফুরিৎ অমা লিৎশিন লিৎশিন্দুনা ঐখোয় লম্বীসে শাংবনি ঐ গাড়ীনা পার্কিং ফাওবা থিন্দোক্কে হায়রকখি। ঐনা করিমত্তা কোইদনা খুমখি। করিনো শাগদবা ৱারীদি শাদ্রি। ঐখোয়নীমক নোক্লগা ফমথদুনা ৱারীগী লংলা লংজিন পুথোক্লরে।

**শ্রী মাইবম নবকিশোর সিংহ,** ১৯৪০, পোইনুগী ১৬ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা হিয়াংলম ময়াই লৈকাইদা তাইবঙ খোঙদারকখি। অপোকপগী মিংনা শ্রী মাইবম অমু সিংহ কৌই। অপোকপীগী মিংনা ৱাহেংবম নিঙোল শ্রীমতি মাইবম ওংবী থানিল দেবী হায়না কৌই। অনীমক লৈখিদ্রে। মচিন- মনাও নুপা অনী, নুপী অনী পূন্না মবিনি। নুপী অমদি লৈখিদ্রে। ওঝা নবকিশোরনা মচিন মনাওশিংগী মনুংদা ইতোন তোনবনি। ময়াম্বা ইবুংঙো শ্রী মাইবম নবকুমার সিংহ, ইম্ফালদগীনা তৌপোকপী ফাওবগী মনুংদা মশক নাইবা লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফংলবা অহানবা এম এ পাস তৌবা নুপানি। ৱাবগাই হায়র সেকেণ্ডরিগী প্রিন্সিপাল ওইনা থৌ পুরম্মী।

মহে- মশিংগী খূৎমারকপা স্কুলদি ১৬ নং স্কুলনি। মফমদুদা ক্লাস টু ফাওবা তম্লগা ৱাবগাই হায় স্কুলদা ক্লাস আইট ফাওবা তম্লকখি। মথংদা ক্লাস নাইন অমসুং টেনদি ইম্ফালগী রাম লাল পাল হায় স্কুলদা তম্লগা ১৯৫৮ দা মেত্রিক পরিক্ষা পাস তৌরকখি। ১৯৬১ দা ইম্ফাল কোলেজদা আই এ তম্মী। ইম্ফাল কোলেজ হায়বসি মতমদুদা তোম্বীসনা হায় স্কুলদা ওইরম্মী। ১৯৬৪, বি এ পাস তৌরে।

১৯৬৪, বি এ পাস তৌবা চহীসিমক্তদা লাংমৈদোং গোভর্ণমেন্ট জুনিয়ার হায় স্কুলদা টিচর ইন- চার্জ (হেদ মাষ্টর) ওইনা সরকারগী থবক চঙবা হৌরে। ১৯৬৭ তা বি টি পাস তৌরে। বি টি হায়বসি মতমদুদা ওঝাশিংনা পাস তৌদবা য়াদবা অমা ওইরম্মী। মদুগী তম্ফমদি দি এম কোলেজগী কম্পাউন্দ মনুংদা লৈরম্মী।

১৯৮৩ দা ট্রান্সফর থাদুনা ৱাইখোং গার্লস জুনিয়র হায় স্কুলদা থা নিপালগুম্বা লৈরম্মী, মদুদগী অমুক প্রমোসন ওইনা টিপাইমুক এরিয়াগী বোংমোন হায়না খঙনবা মফমদুদা চৎলে। মফমসিগী গোভর্ণমেন্ট হায় স্কুল অমদা চহী অমা লৈরে।

১৯৮৪ গী সেপ্টেম্বর থাদা হৈগ্রুজম হায় স্কুল, নম্বোলদা অমুক লাক্লে। ১৯৯২ দগী ৱাবগাই হায়র সেকেণ্ডারি স্কুলদা হেদ মাষ্টর কম প্রিন্সিপাল ওইনা থৌ পুরক্লুনা ১৯৯৮ দা সরকারগী থবক্তগী পোত্থারে।

নিংথৌজম নিঙোল মেম্মা দেবীগা য়ূম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নরকখি। মচানুপী অহুম, নুপা অমনি। মেম্মবু লৌরমদাইদা ইম্ফালদগী নুপী অমা ময়াম্বনা শীন্দুনা লৌনবা হোৎনখিবনি, মদুনা অরেম্বা তারবদা ময়াম্বদি ৱারৌজদুনা লুহোংবা ফাওবা যাওখিদে। ইমানদি মমৌ নুপী মেম্মবু য়াম্না লুনা তৌবীরম্মী।

মচানুপী অহল প্রেমিলা, বি এ হোম সাইন্সনি। ১৯৮২ দগী ওঝাগী থবক চঙদুনা ৷ক্চিং হায়র সেকেণ্ডারিদা পুখি। ১৯৮৩ দা ময়ূম পানখ্রে। মচানুপী য়াইমা,চাওবা (য়ুগেশ্বরি) পিশুম নিঙোম লৈরক্তা ওংই। ৱাঙ্গৈই ব্লোক্তা য়ু দি সি ওইনা থবক তৌরি। মহাক্তি ওফিসকী থবক তৌনা তৌনা ওল ইন্দিয়াগী দ্রামা কম্পিটিশন কয়াদা বেষ্ট এক্ট্রেস কয়ারক লৌরকখ্রে। এম দি য়ুগী আর্টিষ্টনি। মচানুপী অহুমশুবী ইম্ফালদা ইন্দিরা গান্ধিনা লাকপা মতমদা পোকই হায়দুনা গান্ধিনী হায়না মমিং থোনখি। এম এ প্রিভিয়স ফাওবা জিওগ্রাফি লৌদুনা তল্লম্মী। ৱাবগাইদা ময়ূম পানখ্রে, সরকারগী থবক্তি তৌদ্রে।

মচানুপা খ্বায়দগী ইতোন তোনবা অমখক্তং য়াওজবদু ১৯৮১ গী জুলাই ১১ দা পোকই। মহাক চান্দিগরদা জেনরেল লাইনদা লাইরিক তম্বনি। ইখঙ খঙহৌদনা ২০০২ গী সেপ্টেম্বর তাং ২৭ তা হার্ট এটেক্লা লৈখিদবনি প্রিয়োবর্তা। চৎখ্রবসু ইনাক্তগী লাপ্লা, লৈহৌরে খোঙ্গুলদি থম্মোয়নুংদা। শারিবা মূর্তিসি মাগীনি। মঙোন্দনি আশা পূম্বদি, ঐনা শেন্লিবা, হোৎনরিবা, ইচা নিঙোলশিংবু মীরাইরুবগী ৱাফমদি নত্তে। মখোয় মখোয়গীদি মরাইবক ফদুনা অফবা নুপা অমমম ঈশ্বরনা পীবীদুনা ফংজখ্রে। ঐগীদি হৌজিক কৈদৌনি? চাউখ্রবা ইংখোল অমদি য়ূমসি কৈদৌননি, পূম্নমক ৱারী লীকদুনা করিবু কান্নখিনি। ওঝাগী পূক্লিং নৌথোরকই। বাবী মখা চত্থবকই। ঙরাং মমানা উপু অসুম লোইশিল্লুবদা চিঠি খাও অমখক হাংলুবদা খঙহৌদনা নুংশিখ্রবা ম্যুজিক অমা খোংলক্লম্মী। ইঙক ঙক্লা য়েংলুবদা মহাক্কী বার্থদেদা কনাগুম্বী অমনা পীরকপা কার্দ ওইরম্মী। কার্দতু হেক হাংবগা যন্ত্র অমা য়াম্না নুংশিনা খোংলক্লম্মী, খুমজিনবগা মতোমতা লেপচখি। কুপ্না য়েংলুবদা ইলেক্ট্রোনিক্কী ইন্স্ট্রুমেন্ট পীকখ্রবা মচা অমা কার্দতুগী মনুংদা নপ্লগা হাপ্লম্মী। মদু থেংনরুবদা ওঝানা খনখি হায়। চহী মঙারোমসি খজিক্তং কাউরুরবদা ঙসিদি অমুক নঙনা নীংশিংহল্লবরা হায়না কার্দতুদা হন্না হন্না য়েংদুনা লৈখি। ৱারী অসুম তৌরুবদগী কাউরুরবা কয়াবু নীংশিংহল্লুবা, ঈপাক্লুদগী নাথৈনবা সাহিত্যগী লমলোমদা ঈখাইনবা হোৎনরকখি।

**মণিপুরী সাহিত্যদা দান তৌবিগ্লবা ওঝাগী ৱারী মচাগী লাইরিকশিংদি ঃ-**


নবকিশোরনা সাহিত্য একাদমী এৱার্দ, ২০০৫ লৌবা

অয়ুক্কী শীঙ্গারে, ১৯৭৯; মন্ত্রিগী নুপী সনাজাওবী, ১৯৮২; খোঙ লোনখ্রবা পান দুকান, ১৯৯৫; পাঙ্গল শোনবী ঐসে অদোমগীনি, ২০০১ অকোনবগী ৱারী মচাসিদা সাহিত্য একাদমী এৱার্দ, ২০০৫ ফংখি। য়াম্নেম মনি সাহিত্য মনা, সাহিত্য সেবা সমিতি ককচিংনা পীবা অমসুং মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা পীবা একাদমী মনাসু ফংখ্রে। হৌজিক ৱারী মচাগী লাইরিক অমা ফোঙনবগী অয়াম্বা শরুক োইশিল্লক্লে। "মালেমঙানবীগী মমোম" অথুবা মতমদা ফোঙলগনি।

**শম্নরিবা সাহিত্যগী লূপশিংদিঃ-** লাইফ মেম্বর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, পেট্রোল, একজিক্যুটিভ মেম্বব, সাহিত্য সেবা সমিটি ককচিং অদুগা মসিনা পুথোকপা চেফোঙ, **চুমথাঙ** গী এদিটব ওইরি। বাইটর্স এসোসিয়েসন ককচিংগী মেম্বরনি। এ আই আর ইম্ফালগী শোর্ট ষ্টোরি এপ্রুভ রিদরনি। ইম্ফালগী সাহিত্য সংস্থানশিংনসু কোনশিনবীবা ঙমদ্রবা, ককচিংগীনসু য়ৌঙমদ্রবা হিয়াংলমদা সাহিত্যগী সংস্থান অমত্তং থম্লিংলকপা মতম কুইববগী মতুংদা "ঈরমদম খোর্জে অপূনবা লূপ" (ঈখল) কৌবা সংস্থান অমা ১৩/৮/২০০৫ দা হিয়াংলমদা শেমখি। মসিগী প্রসিদেন্ট, একাদমী এৱার্দি, মাইবম নবকিশোরনা ওইরি। সংস্থানসিনা পুথোকপা "ঈহৌরকপা" চেফোঙগী এদিটোরিয়েল বোর্দকী চেয়ারমেনসু ওইরি।

ৱারী শিংবুন কয়া শান্নরবা মতুংদা ওঝানা লমখায় ফাওবা থিন্দোক্কে হায়দুনা স্কুটরদা থিন্দোকপীরকখি। পার্কিং য়ৌবগা হোটেল অমদা পুশিন্দুনা কৈনো খরদং চাসি হায়দুনা চঙলে, অদুগদি চাক ওইনা হায়জিনখ্রে, ঐখোযনীমক চাক চাথোক্লগা ঐবু বসকী ফমফম ফাওবা থিন্দোকপীদুনা কায়নরকখি।

"পূন্সিদা তৌবা- য়াবা, চৎপা- য়াবা চৎলুরবসু লোইশিল্লমদাইসিদি সাহিত্যদা তিনসি। মসিদা অচৌবা শান্নবুং, মচাক- মথুম চঙদে। পাঙ্গল শোল্লবসু য়াই। মফম অমদা হেক্তা ইবা য়াই।"

মথক্কী ৱাহৈ খরসি নবকিশোরগী শ্লোগাননি। শ্লোগান অসিবু মতম শাংনা নাওকোনবিদুনা লেপ্পা লৈতনা ইবিরকখিবা ওইসনু তাইবঙ মপুদা থৌনিজরি। ■

# পৌজাইরুং থাইমৈ



লীবগে তল্লগে মণিপুর ইমাগী তাঙলবা মপাবি অমগী মপাউ। ইজরিবা ঐমক্তি মৈতৈনি। ঐগী ধর্ম্মদি খুদম খবদং হান্না পীজহৌখিগে। য়েনবাবু ইংলিশতা কোক হাযনৈ, য়েনবীবু হেন হায়নৈ, শেমদোক্লবা য়েনবা অমদি য়েনবীগী শদোংবু চিকন কৌনৈ। হামেঙগী শাবুনা শেমদোক্লগা মটন হায়না খঙনৈ। ওকপু শেমদোক্লগা পোর্ক হায়না খঙনৈ। হাংতোক্লগা শেমদোক্লগা ওনবা মমিংগী অশেংবা মমিং অমমম অদুম লৈজে। ব্রারেংজরিবা ঐসু অহানবদদি য়ুম্লাক অমদি মিংগী মমৈদা সিংহ হাপ্লম্বনি। ওইনিংবা ওইজখ্রসনু। পাউদমসিগী মমাঙদা মণিপুর ইমাগী তাঙলবা মপারিশিংগী মপাউ কযা থমজখ্রবনি। শোয়দনা থেংনবীবমগনি খল্লি। মণিপুবদা পোকপা পাঙলশিংনা পাঙল হায়বসিদগী মুসলিম হায়বনা হেন্না হাযনীংই। মখোয়না চারিবা চীঞ্জাক, থক্লিবা ঈশিং, হিংলিবা মফম, হোল্লিবা নুংশা-শ্বরদি মণিপুরগীনি, অদুনা পাঙল হায়বদা শাওদবসু অদুম লৈ। লীজগদৌরিবা মপাউসিনা মণিপুরদা পোকপা, চাউবা, শিরগদবা, থুপখিগদবদি পাম্মুরবা মতম কুইনা হিংদুনা লৈহন্নীংলিবা মণিপুর ইমাগী তাঙলবা, অহল মতমদি ওইশিল্লক্লবা কবুই অমগী মপাউনি।

নঙ, ঐ, মাগী অপাম্বা খাঙুথক্কী ৱাখলনা মিংথোল কয়া কয়া লৈখ্রবসু পাঙলগী হিগোক, হাওগী হঙ্গামপাল, মৈতৈগী অশংবা মচু ওলহনবা ঙল্লরোইদবা, চপ মান্নবা অঙাংবা কৌবা মচুগী ঈনা শিংলি নাওবি খুদিংমক্তা চেল্লিবা, পোকপা-শিবা, শিরগে খন্না নারক্লবদি মাইবা ডাক্তর কনানসু ঙাকথোকপা হৈররোইদবা, শা মরক্তগী ৱাখল খনবা ঙম্বা অথোইবা মপোক, মীওই হায়বদুনি ঐখোয়সে। ৱাফমসিদা অদোমগী অপেনবা ওইদ্রবসু পৌজাইকুং থাইমৈগী মপাউ খরদংদি তমহৌখিগে।

**পৌজাইরুং থাইমৈ,** ১৯৪১, মার্চ থাগী ১ দা ইম্ফালগী কৈশামথোং কবুই খুলদা তাইবঙ খোঙদারকই। অপোকপীগী মিংনা লৈখিদ্রবা লানিংলুং থাইমৈ হায়না কৌই। অপোকপীগী মিংনা লৈখিদ্রবী খুনশা নিঙোল মকুচুংলু থাইমৈ হায়না কৌই। মচিন মনাওদি মথক্তা মচে অমখক্তনি, অদুগা পৌজাইরুংনা অতোনবনি।

পৌজাইরুংনা মহে মশিংগী অহানবা খুৎমারকপা শিন্দমশঙদি কৈশামথোং এল পি স্কুলনি। মথংদা ক্লাস থ্রিদগী টেন ফাওবদি সি সি হায় স্কুলদা তম্লকই। মতমদুদা পৌজাইরুং স্কোলারশিপ ফংই। তৌবদি মতমদুদা হাওশিংগীদমক তোঙানবা স্কোলারশিপ লৈত্রি, পরিক্ষাদা চাম্মদা ৬০ দগী তাদনা ফংলবদি স্কোলারশিপ অদু ফংই। সি সি হায় স্কুলদগী ১৯৫৭ তা মেত্রিক পাস তৌই। মথংদা দি এম কোলেজদা আই এ অমসুং বি এ তম্মী। ১৯৬১ দা দি এম কোলেজদগী ইকোনোমিক্স ওনর্স ফংদুনা বি এ পাস তৌই। বি এ পাস তৌরবা মতুংদা মতম খরদি হকচাং নাবা য়েকপা তৌদুনা লৈখি। ১৯৬৮ দা এক্সটেন্সন ওফিসার (পঞ্চায়েট) ওইনা সরকারগী থবক চঙবা হৌখি।



পৌজাইরুং অমসুং মহাক্কী লোয়ননবী লুগাংলু

১৯৮১ গী ফেব্রুৱারি তাং ১৯ দা বি দি ও ওইনা প্রমোসন ফংখি। ১৯৯৯ গী মার্চ থাগী অরোইবা তাং ৩১ দা ব্লোক দিভেলবমেন্ট ওফিসার ওইনা সরকারগী থবক্তগী পোত্থারে।

পৌজাইরুংনা খুনশা নিঙোল লুগাংলুগা লোয়ননা ৩/৩/১৯৫৯ দা যুম্বান লম্বীদা খোঙদামিন্নরকখি। হৌজিক হৌজিক মচা তরুক্কী অপোকপা ওইরি। মচানুপা অহল গাইজৈপৌ থাইমৈ, এদল্ট এদুকেশনদা সুপরভাইজর ওইনা থবক তৌরি। মচানুপা য়াইমা থাইমৈচুং, সাইন্স এণ্ড টেক্নোলোজি দিপার্টমেন্টতা বাইও গ্যাসকী সেক্সনদা থবক তৌরম্মী। অহুমশুবা মচানা গাইসিল্লুং, প্রাইভেট বেঙ্ক অমদা থবক তৌরম্মী। হৌজিক করবার ওইনা তৌরে। মরিশুবা মচানুপা গাইথোইনা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিদা ফিল্ড এসিষ্টেন্টনি। মঙাশুবীদি নুপীনি মমিংনা লিম্মে হায়না কৌই। প্রাইভেট স্কুল অমদা ওঝা ওইরি। মহাক্তা ঙাইহৌরে, ময়ুম মকৈ পান্দ্রিবা, নুপা অতৈদি লোইনমক ময়ুম পাল্লে। ইতোন তোনবা মচানুপা খংকিল্লুং, কষ্টম ওফিসতা টেক্স এসিষ্টেন্ট ওইনা থবক তৌরি।

পৌজাইরুংনা লাইরিক লাইশু নীংথিনা তম্লবা মতুংদা সরকারগী থবক তৌনা তৌনা অশংবা অহাঙবা মতমদা মচাশিংবু মী অমমম ওইনবা হোৎনবগা লোয়ননা খুলগীদমক কবুইশিংগীদমক অমদি মণিপুরী সাহিত্যদা পোত্থাফম ওইরদুনা থবক কযা হনবা লৈতনা তৌরকখি। ১৯৬৩ দা কবুই নাগা ড্রামাটিক য়ুনিয়নগী সেক্রেটরী ওইখি। ১৯৬৭ তা কৈশামথোং কবুই ৱুইমেন সোসাইটিগী ফাওন্দর সেক্রেটরী ওইখি। ফুল্লিং কলচবেল ওর্গনাইজেসন, ইম্ফাল মণিপুরগী (১৯৭২) ফাওন্দর মেম্বরনি। কৈশামথোং কবুই য়ুথ য়ুনিয়ন, ১৯৭৬ কী প্রসিদেন্টনি। রোংমৈ লিটরেচর সোসাইটি, মণিপুরগী ২/২/১৯৯৬ তগী ২০০৬ ফাওবা ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরম্মী। জেলিয়েংরোং কলচরেল কাওন্সিল (হাওমৈ চপরিক পৈ) গী ৮/৬/১৯৯৭ তগী হৌজিক ফাওবা ভাইস প্রসিদেন্টনি। জেলিয়েংরোং য়ুনিয়ন পৈ (এপেক্স কোর্ট) অসাম, মণিপুর অমসুং নাগালেন্দগী ২০০০ দগী ২০০৩ ফাওবা জর্জনি। চীফ জষ্টিসনা ১৭/৯/২০০৪ দগী ২০০৬ ফাওবা ওইরম্মী।

পূম্নমকসিগী মথক্তা মহাক্লা কবুই লোন্দা ড্রামা কয়া ইদুনা পুথোক্লগা মথং মথং শান্নবকখি। ১৯৫৬, তিংকাও শম্মে লোই না কৈদাট মৈ, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৫৮, কপুনিং, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৬০, লেনতোং, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৬১, করাওনা, এরিয়ান থিয়েটরগী হোলদা শান্নখি। ১৯৬২, গুইরেন্নৈ, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৬৪, মুকমৈ লৎলেন, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৬৬, জৈনু দুইপাং এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৬৮, লেংসোন্নৈ, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৭১, শন, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৭২, টিংজিন পোং, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৭৬, কশোক পোঙ, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি।

দ্রামা অসিমক ১৪ শুবা ওল ইণ্ডিয়া মল্টি লেঙ্গুয়েজ শোর্দ প্লে কম্বিটিশন ১৯৮১ দা এল্লাহাবাদতা পাঙথোকপদুদা প্রসিদেন্ট এব্বার্দ ওফ সনঘ ফংলকখি। "কশোক পোঙ" হায়বসি লৈ অমগী মমিংনি। মসি তমেংলোং দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চন্না লৈবা তৌশাং চীংথক্তা মার্চ- এপ্রিল থাদা শাংপা অঙাংবা মচুগী লৈ অমনি। লৈসি হেক্লগা খুঞ্জাশিংদা য়েল্লি, মসিগী মতুংদা লৌতাবা হৌনৈ। লমলক্তা লৈসি শাংপা থেংনরবদি লম্বী চংপদা লম্মাক্লগল্লি। চীংথক্তা শাংলিবা লৈসি হেকপা মতমদসু হেক্কদৌরিবা নুপী অদুনা খুদোপ, খুজি নংত্রগা নাদা লৈবা লৈতেং লৌথোক্লগা লৈখোঙদা কংকনি অদুগা হেক্কদবনি। পৌজাইরুংনা লৈসিগী মমিং থোন্দুনা দ্রামা শান্নখ্রে তাবদা খুঞ্জা অমনা লৈদু হেক্লগা পৌজাইরুংগী য়ুম, কৈশামথোংদা লৈদু পুরকখিবগী ৱারী লীরকই। ১৯৭৮, শুনিলা, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৮০, গনফুতাও এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৮১, দিল্লি চল্লো, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। দ্রামা অসিমক ১৫ শুবা ওল ইণ্ডিয়া মল্টি লেঙ্গুয়েজ শোর্ট প্লে কম্পিটিশন, ১৯৮২ এল্লাহাবাদতা পাঙথোকপা অদুদা প্রসিদেন্ট এব্বার্দ ওফ সনঘ ফংলকখি। ১৯৭৮ দগীনা ১৯৮৪ ফাওবা দোল্লি, এম দি য়ুদা শান্নখি। ১৯৮৪, লিংপান কথন, এম দি য়ু হোলদা শান্নখি। ১৯৯৩, হাইপৌ জাদোনং, জি এম হোলদা শান্নখি।

### লাইরিক ওইনা পুথোকখ্রবশিংদি

১। জৈনু দুইপাং (দ্রামা), ১৯৬৬
২। কশোকপোঙ (দ্রামা), ১৯৮০
৩। লুথন (মোর্দন সোং), ১৯৮৪,
৪। দোল্লি (দ্রামা), ১৯৯৬
৫। লুচেম (শৈরেং), ১৯৯৭ অসিনচিংবনি।

মসিগী মথক্তা কপুনিং, ভিদিও ফিল্ম ওইনা ১৯৯৫ দা কখুচুং গোলথাংমৈনা দিমাপুরদা পুথোকখ্রে, মদু নাগালেণ্ডদা য়াম্না পাম্নবা ওইখি হায়।

তৌজরিবা পূম্নমকসিবু শকখঙবীরদুনা জেলিয়েংরোং ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন অসাম, মণিপুব অমসুং নাগালেন্দনা মসিগী ১০ শুবা জেনরেল কনফরেন্সতা (১৬/২/১৯৮৭) দিষ্টিংগুইস এব্বার্দ পীরকখ্রে। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা রোমৈ লিটবেচর ফোর দি ইয়র ১৯৯৭- ৯৮, পাইওনর ৱার্কস ইন দি ফিল্ড ওফ আর্ট এন্দ কলচর বাই ৭৪ কোমোমোরেসন ওফ জেলিয়েংরোং পীরকখ্রে।

পৌজাইরুং থাইমৈগা ৱারী অসুম শান্নবদা মতম মাদি চৎখিবা খঙহৌরমদে। লোয়শিল্লসি হায়দুনা লোইশিল্লমদাইদা পৌজাইরুংদা হংখিবা ৱাহং অমগী পাউখুমনি। মৈতৈশিংনা ঐখোয়বু হাও হায়না কৌবদা (খঙনবদা) শাওনিংঙাই করিসু লৈতে। খঙদবশিংনা শাওবনি। ঐদি চীংমীসু নত্তে, তম্পাক্তা (কৈশামথোং) দা পোকপনি। ট্রাইবেলসু মসিগী ৱাহঙ্খোক হায়নীংদে। মখা তারকখি। তাইবঙ শেন্বা মপুনা মীওইবা শেন্নকপগী শাংলবা ৱারী, মদুগা মরী লৈনবা, মহাক মশামক্তা মখুৎতা তুরি পায়দুনা শক্তম ওইনা য়েকচবা ফ্রেম চন্দুনা থল্লিবা অয়েকপা লাইশিংদু পুথোক পুথোক্তুনা য়েংহল্লদুনা হায়রকই। মপু মানা হায়বগী মতুং ইন্না মাগী শাওং শাদা লৌদুনা শেন্বা লোইবগা থৱায় হাপ্লমদাইদা হো হায়না ৱা হায়বা হৌখি, মদুদগী লৌবগা হাও হায়বনি। খুদম অমা হায়গে য়েংউনে, নখোয় মৈতৈনা মী (মিং) অমা কৌবদা, করম্মাই খুন্নকই? "হাও" হায়না খুন্নকই, নৎত্রা ? মৈতৈসু হাওনি, মচিন মনাওনি, মসিগী ৱারীদি শাংলগনি। ঐ, কবুই ওইনা পোন্নকপনি, কবুই ওইনা শিগনি।



পৌজাইরুংনা য়েকপা কবুই শলাং মাইবনা খন্বা খমনু মচিন-মৌপ্পা পুবগী শক্তম

হৌজিক ফাওবা ধর্ম্ম অমত্তনা ঐবু হোংহনবা (ওলহনবা) ঙমদ্রি, ওনগে-হোংগেসু খন্দে। কবুই ওইনা ঐনা গানঙাইবু পাঙথোক্লি, মমাংঙৈ মতমদগী ফুঙ্গা নাইনা মৈ হৌরি। হায়পৌ রগোংবু নীংজরি। কনাগুম্বনা তিংকাও রগোংবুসু নীংনৈ। ঐদি মমাংঙৈদগী ইপানাৎ- ইপুনাৎপু য়োকখৎচবা পাম্মী, অসুম্মক চৎখিগনি । মতমগী মতুং ইন্না চাবা- থকপা, যুমলৈ কৈরৈ খরা হোংলকপদি য়াই। ধর্ম্মদি ইচাশিং ফাওবা পাক হোংগদবা মান্দে। ঐ শিখ্রবা মতুংদদি খঙদেকো। নুংশিরবা ৱারী য়াম্মা লৈরি। তোয়না উন্নখিসি লাকউকো হায়রকখি। চৎলুখিনি অকুপ্পা ৱারীশিং হংলুখিনি। ■

# ডাঃ যোদ্ধ ছী সনসম



ইববু পামজরবা, ইনীংবগী তীলনবু চীকখ্রবদি মীওই অসিমখৈতনা ইগদবনি হায়বগী অকক্লবা পনখৈ অমা লৈতে। মৈ, ঈশিং, লশ্বী- সরক, য়ূমশা- কৈশাবু শিনফম অমা ওইনা তম্লুরগা পূঙ্গিবু লাম্থেংনরিবা এস ও ইঞ্জিনীয়রদগী হৌবগা লমহেন- তুহেল্লবা, হুরান- চিঙ্থিবা, কা হেনবা মীওইশিংবু আইনগী মতেংনা ব্বারক- ব্বাতেশ্বীদুনা অচুম্বা লশ্বীদা লাক্লবা হোৎনবীবগা লোয়ননা ঙাক শেনবীরিবা পুলিসকী মীওই, পতুম মচা অমত্তং যুবদা 'অয়ো-ইমা' হাযরিবা, মীওইশিংবু অনা অয়েক্তগী লায়েংবীবিবা অনীশুবা ঈশ্বরমক্কি হাযনরিবা ডোক্টরশিং, মসিদগী হেন্দোক্তুনা অব্বাংবা লৈঙাক চুপ্পিগী থৌদাং পুরিবা, ভারতকী হান্নগী প্রাইম মিনিষ্টব ওইবীরম্বা পণ্ডিত জব্বাহরলাল নেহরু, অটল বিহারী বাজপেয়ী, প্রসিদেন্ট ওইবীরম্বা এ পি জে অব্দুল কলাম, অদুদগী অমুক লালোন- ইতিক্কী হীরমদা হিসাম হোৎলিবা মী ফাওবসু হিসাম হোৎন-হোৎন অহাঙবা মতমদা ইরি, অদুদগী অমুক রিক্লো শেম্বা ফাওবসু পূঙ্গিগী শিম্থানা পুনখ্রবসু মাগী মাগী অশংবা অহাঙবা মতমদা চে-কলম পায়রদুনা ইরোং কয়া ফাংনা চেন্থরকপা পূক্লিং ঈহুলগী ঈচেলশিংবু খোমজিন্দুনা তাশিন্দুনা চেবাংথক্তা পুথোরকই।

ইবা হায়বসিমদি, লীলাদা, ড্রামাদা, ঈশৈদা, শান্ন-খোৎনবগী নিতি নিয়মদা, লৈঙাক্লোনদা, মৈহৌরোল্দা, আইন-কাংলোল্দা, শিল্দমিবা- শিল্দমলীবীশিংদা চীঙ্খাংনা পীবা ঙম্নরোইদবা কয়াবু ফাওনা লম্বী অমা ওইরিবনি হায়বদা হায়মনবা ওইররোইদবনি।

মথক্তা পঞ্জরিবা ময়ামসিগী মনুংদা প্রোফেসর যোদ্ধ ছী সনসমসু ইবগী লমদা কলম পায়রিবা, অনাবা মীওইশিংবু লায়েংলিবা ডোক্টর অমনি। সনসম যোদ্ধচন্দ্রদগী, যোদ্ধচন্দ্র সনসম হায়রমমী। হৌজিক্তি যোদ্ধ ছী সনসম হায়দুনা মশানা হেন্না পামজবা অমা ওইনা ইরে।

**ডা. যোদ্ধচন্দ্র সনসম,** ১৯৪৫, নবেম্বর তাং ২০ দা শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই (সনসম কোলূপ) দা তাইবঙ খোঙদারক্তুনা সংসারগী অমম- অঙানগা শকখঙ মাযখঙনরকখি। অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা সনসম তোমাল সিংহ্ কৌই। অপোকপীনা লৈখিদ্রবী মোইরাংথেম নিঙোল সনসম ওংবী মায়পাকপী হায়না কৌই। অইবা অসিনা এল পি স্কুল তম্লিঙৈদা মহাক্কী অপোকপা মপাগী মমীৎ তাঙখি।

মহৈ মশিংগী অহানবা খূৎমারকপা শিল্দমশঙদি পেতিগ্রু স্কুলনি। মথংদা ক্লাস থ্রিদগী তেন ফাওবা সাব চুড়াচান্দ হায় স্কুল ইম্ফালদা তম্লকই। ক্লাস সেভেন্দগী তেন ফাওবা অনীশুবা পোজিসন তাদুনা লাকখি। স্কোলারসিপ ফংলকই। ট্যুসন ফি, ফ্রি ওইরকই।

১৯৬১ দা মেথ অমসুং মেকানিক্স সবজেক্ট অনীমক্তা লেটব মার্ক ফংদুনা ফার্ষ্ট দিভিজন্দা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা মেট্রিক পাস তৌখি। মণিপুরগী ওইনা ৯ শুবা পোজিসন ওইখি। মতমদুদা সি সি হায় স্কুলগী হেদ মাষ্টর, চিংঙাখম পীশক্লা ওই।

১৯৬২ দা অমুক সবজেক্ট অনীদা লেটব মার্ক ফংদুনা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা ধনমঞ্জরি কোলেজদগী প্রি- য়ুনিভর্সিটি কোর্স, সাইন্স, (চহী অমা ওইরিঙৈ,অহানবা বেঞ্চ) পাস তৌখি। মণিপুবগী ওইনা সেকেণ্ড পোজিসননি। গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী ওইনা ১৪ শুবা পোজিসননি।

১৯৬৩, গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা, অসাম মেডিকেল কোলেজ, ডিব্রুগরহ্দগী প্রি- মেডিকেল কোর্স (চহী অমা ওইবিঙৈ, অহানবা বেঞ্চ) ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি। য়ুনিভর্সিটিগী সেকেণ্ড পোজিসননি।

১৯৬৫, গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা, অসাম মেডিকেল কোলেজ, ডিব্রুগরহ্‌দগী, অহানবা চহী, এম বি বি এস পাস তৌখি। য়ুনিভর্সিটিগী ৬ শুবা পোজিসন হোল্ডর ওইখি।

১৯৬৭, ডিব্রুগরহ য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা, অসাম মেডিকেল কোলেজ, ডিব্রুগরহ্‌দগী, ফাইনেল এম বি বি এস পাস তৌখি। য়ুনিভর্সিটিগী ৭ শুবা পোজিসন হোল্ডরনি।

১৯৭৬, অল ইন্দিয়া ইনষ্টিট্যুট ওফ মেডিকেল সাইন্সেস নিউ দিল্লিদগী M.S. in Otorhinolaryngology (ENT) পাস তৌখি।

মশাগী চহী ২৩ শুরকপা, তমলুবা মহৈগা ইবোইননা জুনিয়র মেডিকেল ওফিসার ওইনা সেন্ট্রেল হেলঠ সার্ভিসেসকী মখাদা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফম চীং অমসুং খুঙ্গংশিংদা চহী অহুমগা মখায়রোম, সহবদা চহী অনী মখাযবোম থবক পুদুনা মেডিকেলগী লমদা চঙবা হৌখি।

১৯৭৫ দগী মেডিকেলগী টিচিং প্রোফেসন্দা চঙলকখি। পেন্সন চৎকদবা চহী অনীরোম ৱাৎলিঙৈদা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লবকপদগী পেনজদবা কয়াগা লোয়ননা প্রোফেসর অমসুং হেদ ওফ ডিপার্টমেন্ট, ই এন টি, রিজনেল ইন্সটিট্যুট ওফ মেডিকেল সাইন্সেস ইম্ফালদগী মেগী তাং ৩১, ২০০৪ দা পেন্সন লৌথোকখি।

প্রোফেসর অমসুং হেদ ওফ ডিপার্টমেন্ট, ই এন টি ওইনা সিকিম মনিপাল ইন্সটিট্যুট ওফ মেডিকেল সাইন্সেস, গঙতোক, সিকিমদা এপ্রিলগী তাং ৪, ২০০৫ দা অমুক হন্না থবক চঙখি।

এসোসিয়েট প্রোফেসর অমদি প্রোফেসর ওইনা তম্বীবগী থবক্তা চহী ১৯ মখায়রোম, প্রোফেসর ওইনা এডমিনিষ্ট্রেসন্দা চহী ১১ মখাযবোম, হেদ ওফ ডিপার্টমেন্ট ওইনা চহী ৬ মখায়রোম মেডিকেলগী লমদা থবক তৌবমখি।

১৯৬৮ ফেব্রুৱারিদগী ১৯৬৯ গী ফেব্রুৱারি ফাওবা ১৯৬৯ গী মার্চ থাদগী মতমদুদা **আর এম সি** হায়দ্রিঙৈদা **জেনরেল হোস্পিটাল** হায়না কৌরিঙৈদা মেডিকেল সার্ভিসেসতা এদ হোগ ওইনা চঙলকপদুনা য়ু পি এস সিগী পরিক্ষা য়াওদুনা খল্লকখি। ১৯৭৪ দা লিংখৎখিবা আর এম সিনা **১৯৭৬ তা অমুক রিমস** ওনখিবদা ডোক্টর অমা ওইনা অদুমক থবক তৌরকখ্রবনি।

১৯৭০ দা ডা. বিওনা খারুবোন, হেদ ওফ ডিপার্টমেন্ট, রেদিওদাইগ্নোসিস, রিমস, ইম্ফাল, শিলোং নিঙোলগা লোয়ননা য়ূম্বান লম্বীদা চঙলকখি।

হৌজিক মচানুপী ৩, মচানুপা ১ ফংলে। মীরালৈমা সনসম্মা খ্বায়দগী অহন্নি। লিনালৈমা সনসম্মা অনীশুবীনি। অহুমশুবদি নুপানি। মমিংনা পোইরৈখোম্বা সনসম কৌই। মরিশুবী, অতোনবীগী মমিংনা হানৌলৈমা সনসম হায়না কৌই। মীরালৈমা সনসম ময়ূম পাল্লে। ববিনা দাইগ্নোসিষ্টতা থবক তৌরি।

ডা. যোদ্ধচন্দ্র সনসমগী মচিন মনাও, নুপা ৩, নুপী ১, পূন্না মরিনি। খ্বায়দগী অহল ময়াম্বা লৈখিদ্রবা সনসম শরত, মণিপুরগী অহানবা এন সি সিগী ওফিসারনি। এম যুগী অহানবা রেজিষ্টারনি। এফ সি আইগী অহানবা দাইরেক্টর ওইখি। সেন্সসকী অহানবা সেন্সস ওফিসার ওইরম্মী। মথংদা মচেগী মমিংনা ভানু কৌই। মথংদা মেঘচন্দ্র কৌই। মণিপুর কোলেজগী প্রিন্সিপাল ওইরম্মী। ডা. যোদ্ধ মচিন মনাও মরিগী মনুংদা ইতোন তোনবনি।

যোদ্ধনা সি সি হায় স্কুলদা শুপ্নতগী ক্লাস আইট তম্লিঙৈ ১৯৫৮ ৱারীমচা ইবা হৌরকখি। ৱারীমচা চাংদম্নবদা (ডি এম সি ১৯৬১-৬২) সেকেণ্ড পোজিসন ফংখি। ৱারীগী মমিংনা "তানীংব্রনে রোজেলিন্দ" থোনখি। ডিব্রুগরহদা ডাক্টর তম্লিঙৈ, কম্পিটিসন্দা, ৱারীমচাদা সেকেণ্ড, শৈরেংদসু সেকেণ্ড, এসেদনা থার্দ পোজিসন ফংখি।

শৈরেংগী মমিংনা "দ মিশ টার্গেট" (১৯৬৬), এসেগী মমিংনা নন ভাইওলেন্স ইটস কন্সেপ ইন দ প্রজেন্ট ৱর্ল্ড, (১৯৬৫) ৱারীমচাগী মমিংদি নীংশিংবা ঙমদ্রে।

উপন্যাস নৎত্রগা ৱারী মচা ইবনা হেন্না পামজবা ওইরগসু ডাক্তর ওইবগী শিনফমনা মহাক্কী অয়াম্বা মতম লৌখিবদগী শৈরেং ইবরোমদা চঙশিল্লকখি। অদুবু শৈবেংগী লাইরিক্তি য়াহৌ য়াম্না থেঙবা অমা ওইনা শক ২০০২ দতা ফোঙবা ঙমখি। *লৈচিন নোংফাই* অসি মহাক্কী শৈরেং লাইরিক্তা অনীশুবা খূদোলনি। হৌজিক হৌজিক ইন্দিযাগী ইষ্টর্ন জোনগী ই এন টি সর্জনস এসোসিয়েশনগী শক খঙনরবা প্রসিডেন্ট ওইরি। আমেরিকাগী অমসুং ইন্দিয়াগী জর্নেলশিংদা মহাক্কী সাইন্টিফিক পেপর ১৮ ফোঙখি। মীওইবশিংগী অফবা লীচৎ, লোনচৎ, তোৎন-তিন্নববু পামজবা মী অমা ওইবনা মখল মখলগী লূপতিন ২০ লোমদা অকনবা থৌদাং লৌদুনা লাকপা অইবনি।

অদুবু পূন্নমক অসিনা মহাক্কী অপেনবা ওইখিদে। পীক্লেঙৈদগী অচুম্বতবু পামজবা, মতমগী অরানবা ৱাচৎ-ৱানোম অমসুং অতৈ চৎনরোলবু য়ানীংদবা,

পেনগন্দবা নহা ওইনা হৌরকখি। কাইনথংদা পূম্নমকপু থাদোক্লগা, মহাক্না ঙমজবা, অনাবা খরা সেবা তৌজবা অদুনা মহাক্কী অপেনবা ওইরগনি খল্লকপদগী, রিমসতগী ভলুন্টরি রিটায়রমেন্ট লৌখি।

এক্সট্রা করিকুলার কয়ানা য়োল্লবা, চিল্লবা থবক কয়াসিগী মথক্তা ১৯৮৪ দা এ আই আর ইম্ফালগী শকখঙলবা ঈশৈগী শৈরেংবা অমসু ওইখি। মসিনসু লোইবা নংত্রি। অহাঙবা মতমদা পোত্থাফম ওইনা লাইরিক কয়াসু ফোঙলকখি।

**মহাক্কী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি**

১। থাবলগী কুপ্পো পবেং (ৱারীমচা), ১৯৮০
২। অকনবা শাফুগী ইরৈ (উপন্যাস), ১৯৮১
৩। কোযমাঙ মাঙবা খোঞ্জেল ঈহুল (শৈরেং), ২০০২
৪। ঐগী ঈদা (শৈরেং), ২০০৭ অসিনচিংবনি।

এ আই আর ইম্ফালগীদমক অনৌবা ঈশৈগী ময়েক পীশিন্দ্রবসু নাইতোম হায়রবা কলাকারশিংগীদমক ময়েক পীরি। অহল ওইরক্লবা শক্লাইরবা শৈশকপা লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমারনা তুরেলশিংগী শৈথাদুনা ঈশৈ কয়া শকখ্রবা মতুংদা নীংথি তুরেলগীদমক অমুক ঈশৈ শক্লীংলক্লবদা ডা. যোদ্ধনা ময়েক্কী পরেংশিং তেংবাংখি। নীংথি তুরেলগী অনৌবা ময়েক্কা লোয়ননা নুংশিরবা সুর অমসু শোয়দনা ওইরগনি।

ডা. যোদ্ধনা হৌজিক-হৌজিক, তোঙান-তোঙানবা সংস্থান ১০ গী লাইফ মেম্বর ওইরি, ক্লব অহুমগী মেম্বরসু ওইরি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘালযাগী (২০০৪) পেট্রোল মেম্বর ওইরি। অসিদা নত্তনা অতোপ্পা সংস্থান কয়াদসু লাইফ মেম্বর ওইরি।

**লাইফ মেম্বর ওইরিবা সংস্থানশিং অদুদি**

১। দ এসোসিয়েসন ওফ ওটোলারিনোলোজিষ্ট ওফ ইণ্ডিযা (এ ও আই)

২। দ নোর্থ ইষ্টন ব্রাঞ্চ ওফ দ এসোসিয়েসন ওফ ওটোলারিনোলোজিষ্ট ওফ ইণ্ডিয়া (এন ই বি এ ও আই)

৩। ইণ্ডিয়ান মেডিকল এসোসিয়সন (ইমা), মণিপুর ষ্টেট ব্রাঞ্চ

৪। ইণ্ডিয়ান রেড ক্রোস সোসাইটি (আই আর সি এস)

৫। মেডিকেল সোসাইটি, রিজনেল ইন্সটিট্যুট ওফ সাইন্সেস, ইম্ফাল

৭। দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর, এ লিটরেরি এন্দ কলচরেল ওর্গনাইজেসন

৮। দ নোর্থ ইষ্ট রাইটর্স' ফোরম, ঐচ ক্যু গুৱাহাটি

৯। মণিপুর ওদিও কেসেট প্রোদ্যুসরস' এন্দ লিরিক্স' এসোসিয়েসন (এম এ সি পি আর ও এল ৱাই এ)

১০। অপুনবা মণিপুর মতম ঈশৈ কাংলুপ (অমিক) অসিনচিংবনি।

**মেম্বর ওইরিবা সংস্থানশিং অদুদি**

১। রোটরি ক্লব ওফ ইম্ফাল, রোটরি ইন্টরনেসনেল, ডিষ্ট্রিক্ট ৩২৪০

২। ওফিসার' ক্লব, ইম্ফাল

৩। ওল মণিপুর ম্যুজিক এসোসিয়েসন (অমমা)

**হৌজিক ফাওবদা ফংলবা এৱার্ড অমদি ফেল্লোশিপশিংদি**

১। বিজয়শ্রী এৱার্ড, ইন্টরনেসনেল ফ্রেন্দশিপ সোসাইটি, ইন্দিয়া ৱাঞ্চনা পীবা

২। ফেল্লো ওফ য়ুনাইটেদ রাইটরস এসোসিয়েসন, মদ্রাজ (চেন্নাই)

৩। ইন্টরনেসনেল লিদরশিপ এৱার্ড

৪। মেন ওফ এচিভমেন্ট এৱার্ড, ইন্টরনেসনেল পব্লিশিং হাওস মুম্বাইনা পীবা

৫। মিলেনিয়ম এচিভর এৱার্ড, ইন্টরনেসনেল ইন্সটিট্যুট ওফ সক্সেস এৱারনেস।

৬। ফেল্লো ওফ দি রোটরি ডিষ্ট্রিক্ট ৩২৪০ ফাউন্দেসন, অসিগা লোয়ননা সার্টিফিকেট কয়া অমসু ফংখ্রে।

**ফংখ্রবা সার্টিফিকেট ওফ এপ্রিসিয়েসনশিং অদুদি**

I. From His Excellency, the Governor of Manipur for active role in Community Service, and Free Medical Camps, 1988

II From the Chairman of Indian National Polio Puls Committee of Rotary International For valuable contribution towards an Effective Implementation of the Pulse Polio Immunisation Programme during 1998-99

III. From the Association of Otolaryngologists of India (AOI) for Valuable Academic Activities with a Mark of Respect and Felicitations, 1999

IV. Citation from the President, Rotary International HQ Chicago, for good performance as a Club President in the Rotary Club of Imphal, 1995-96

V. Citation from the District Governor, Rotary International District 3240 for performance as a good Governor's Special Representative, 2001 and as a good Assistant Governor, 2003-04

VI. From the Association of Otolaryngologists of India (AOI), East Zone, 2001

VII. From the President, Rotary Club of Imphal for Invaluable Service and in recognition as the Best Rotarian in Community Service, 1998-99, 1999-2000, and 2000-01

অসিনচিংবনি।

ডা. যোদ্ধ শিংজমৈ ওক্রম লৈকাইদা হৌরক্লগসু Lumiablot, Nongthymmai, Shillong 793014, দা য়ুম অমা লৈ। অদুগা থাংমৈবন্দ খোন্দ্রাম শেলুংবা লৈকাইদসু ইংখোল লৈদুনা য়ুম অমা লৈরে। মফমসি এম এম গ্যাস গোদাউন মনাক হায়রগসু হেন্না খঙনৈ।

পেন্সন ফংলবা থৌমী অমা ওইরবসু পাঙ্গলগী থৌনাগী বাখলগী মযেংদি তাদ্রি। ডাক্তরগী শিনফমগী মথক্তা হৌজিক হৌজিক সাহিত্যদা কন্না ঙাওজবি। ডা. যোদ্ধ ছী সনসম মতম কুইনা মীওইবগী অঙম্বা সেবা তৌবীদুনা অনৌবা ঈশৈ ময়েক্কী অমদি লাইরিক্কী ঈচেলসু লেপ্তুবা ওইসনু। ■

# শ্রী বী এম মাইস্নাম্বা



**শ্রী বী এম মাইস্নাম্বা**, ১৯৪৬, ডিসেম্বর ৬, ইরাই নুমিৎতা ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোবর্বান লোক্লাওবুং, ইম্ফালদা তাইবঙ খোঙদারকখি। বী এম মাইস্নাম্বা নৎত্রগা মীয়াম্না পেন নেম ওইনা মাইস্নাম্বা হায়রগসু খঙনরিবা অইবা অসিগী মপুং ফাবা মিংদি মাইস্নাম ব্রজমনি সিংহ হায়বনি। মহাক হৌজিক- হৌজিক ৱাংখৈ য়োংলান লৈরক ইম্ফাল ইষ্টতা লৈরি।

মাইস্নাম্বগী অপোকপগী মিংনা শ্রী মাইস্নাম তোম্বী নৎত্রগা মাইস্নাম পণ্ডিত নৎত্রগা মাইস্নাম ওঝা হাযবগসু খঙনৈ। মহাক রাম লাল পাল হায় স্কুল, কৈশামথোং, ইম্ফালদা সংস্কৃত অমসুং মণিপুরী লিটরেচর তম্বীরম্মী। মহাক্না ছাত্রশিংগীদমক মণিপুরীদা গাইদ বুক খরসু ইবিরম্মী। অদুগা মাইস্নাম শাগেগীদমক্তা ওইবা জেনেএলোজিসু ইবিবম্মী। অপোকপীগী মিংনা কবাম নিঙোল শ্রীমতি মাইস্নাম ওংবী উমাবতি দেবী কৌই। মহাক মীয়াম্না শকখঙনরবা ইন্সপেক্টর ওফ পোলিস, আই পি, লৈখিদ্রবা, করাম য়াইস্কুল সিংহগী মচানুপীনি। মখোয় মচিন- মনাও পুন্না তরা, নুপা ৬, নুপী ৪, গী মনুংদা মতোমদা ঙাইহৌরবীনি।

মাইস্নাম্বনা মচিন- মনাওশিংগী মরক্তা য়াইমনি। মহে মশিংগী অহানবা খুৎমারকপা শিন্দমশঙদি পেতিগ্রু এল পি স্কুলনি। মথংদা রাম লাল পাল হায় স্কুলদা তম্লকই।

অদুদগী ডি এম কোলেজদা তমদুনা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা বি কোম ডিগ্রি ১৯৭০ দা ফংলকখি। মহাক বি কোম লোয়রবা মতুংদা এম বি এ নৎত্রগা এম কোমদা মখা তমথবা পামখি। অদুবু ইমুং- মনুংগী খুদোংচাদবা মরম খরনা মখা তমথবা ঙমখিদে। ১৯৮৩ দা লাইপুবম নিঙোল মেমচা দেবীগা লোয়ননা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাখি। মচানুপা অনী লৈ।

অসুম্না শেল থোক্লবগীদমক ১৯৭০- ৭৪ দগীনা ১৯৭৯ গী অঙনবা শরুক ফাওবা থবক থিবা হৌরকখি। মহাক্না তোঙান- তোঙানবা হিরমদা একাউন্ট এসিষ্টেন্ট ওইনা এম/এস এল কুলাবিধু সিংহ এণ্ড কো থাঙ্গাল বজারদা থবক তৌরম্মী। অদুদগী তোম্বীস্না হায় স্কুল, ঙসিদি মণিপুর সরকারনা মুখৎপিখ্রবা হায় স্কুল অসিদা তৌবা মোর্নিং কোচিং ক্লাসতা মতম খরসু জিওগ্রাফি অমদি কমর্সিয়েল জিওগ্রাফি তম্বীবগী ওঝা ওইরম্মী।

মণিপুর কো- ওপরেটিভ পব্লিশিং সোসাইটি লিমিটেত, কো- ওপবেটিভ প্রেস হায়রগসু খঙনবা পাওনা বজার, প্রটাপ টোকিজ মনিংদা লৈরম্বা মফমসিদসু একাউন্টেন্ট ওইনা থবক তৌরম্মী। মফমসিদা লৈরিঙৈদা মণিপুরগী শক্লাইরবা অইবা, পব্লিশর অমদি নুংতিগী পুথোকপা পাউ-চেগী এডিটর কয়াগা লোয়নবগী খুদোংচাবদু হায়রিবা কো- ওপরেটিভ প্রেস অসিদগী ফংখি। মহাক্না লেটর প্রেসকী ময়েক শাবা (কম্পোজিটর) অমদি অতৈ অতোপ্পা নম্বা-খোৎপগী মরমদসু তমখি। মসিনা মরম ওইরগা মহাক মশামক্কী ওইবা "রিগাল প্রিন্টবস" হায়না মিংথোনবা প্রেস অমা লিংখৎখি অদুবু শেল-থুমগী অৱাৎপা লৈবনা মরম ওইরগা মদু মায় পাকপা ঙমখিদে। মতমসিদা মাইপাকপী প্রিন্টিং এণ্ড এলাইদ ইন্দষ্ট্রিজগী প্রেস সেক্সন, থাঙ্গাল বজারদা মেনেজর ওইনা থবক তৌরম্মী।

মহাক্কী পামজবা শিনফমদি জর্নেলিষ্ট অমা ওইবসিনি। মণিপুর, কংলাগী অকোয়বা, মণিপুরগী অরিবা কৈথেলশিং অসিনা ঈহুল অমা পীরক্না মসিগী পূন্সিদা য়ুম্ফম ওইরগা সিটি প্রিন্টর নৎত্রগা কংলা রিপোর্টব অমা ওইনা নোভেল ইবা পাম্লকখি। মমৈথংদা থেংনরকপা উরকপা খঙলবা কয়াদুনা তাশিল্লগা "কংলা ডাইরি" হায়না মিংথোন্দুনা লাইরিক অমা ইখি।

মাইস্নাম্বা হিংনবগী লানফমদা মখল- মথেল কয়া চহী মাপল্লোম চুপ্না লাম্থেংনরকখি। মতুংদা গোভর্ণমেন্ট ওফ মণিপুরগী অন্দরতেকিং অমা ওইরিবা,

মণিপুর স্পাইনিং মিলস কোরপোরেসন লিমিটেত, লোইতাং খুনৌদা একাউন্ট এসিস্টেন্ট ওইনা থবক চংখি। মতমসিদা এম কে পি বি সিংহ, লৈখিদ্রবা মহারাজ কুমার প্রিয়বর্ত্ত সিংহ, মতমদুগী চেয়রমেন কম মেনেজিং ডিরেক্টর ওফ এম এস এম সি এল, গা য়াম্না নক্লা লোয়নবগী খুদোংচাবা তাঞ্জা অমা ফংখি।

থবক তৌরিঙৈ মনুংদুদা টেক্সটাইল কোষ্টিং এণ্ড অদর রিলেটেত একাউন্টিং জোবস হায়বা হিরমসিদা এম/এস ঐচ এস কুমভাট এণ্ড কো, চাতর- একাউন্ট, গৌহাটিদা মখা তানা একাউন্টকী ট্রেনিং থাবিখি। মহাক্লা স্পাইনিংগী প্রোসেসশিং অসাম স্পাইনিং মিলস অমসুং আসম স্পুন সিল্ক মিলসতা ট্রেনিং তৌখি। শ্রী পি এম ডি গোশ্বামী, কোষ্ট কন্সলটেন্ট ওফ দি ইষ্টর্ন চেপ্তরনা মহাক্কী লমজিং লমতাকপিবা ওইখি। মসিগী মতুংদা মাইস্নাম্বা এম এস এম সি এলদা একাউন্ট ওফিসারগী প্রমোসন ফংলে। অসুম্না থবক তৌরকপনা মহাক ২০০৩ দা থবক্তগী পোত্থাখি।

মাইস্নাম্বা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ফুঙ্গা ৱারীদা য়ুম্ফম ওইরগা শৈরেং অমদি ৱারেং ইবা পামজবা অমা ওইনা হৌরক্লম্মী। ১৯৬৩ দগী হৌনা ফিক্সনলোমদা মায় ওন্সিন্দুনা চংশিল্লকপা হৌরকখি। মরু ওইনা নোভেলদা পামজবা ওইখি। মহাক্লা হায় স্কুল কোলেজ তল্লিঙৈদা মেগাজিনগীদমক অমদি মতম- মতমগী ওইনা ফোঙবা চেফোঙশিংগীদমক আর্টিকল কয়ামরুম খুদোল তমখি। মাইস্নাম্বা এ.আই.আর ইম্ফালগী শকখঙলবা মতম ঈশৈগী শৈরেংবা অমসু ওইরি। মহাক জর্নেলিষ্ট অমদি মণিপুবী ভিডিও ফিল্মগী স্ক্রিপ ইবা অইবা অমসুনি।

মহাকপু ইনিংবগী ঈথিল পিবিদুনা পূক্নিং থৌগৎপিরকখিবদি মহাক্কী অপোকপা লৈখিদ্রবা মাইস্নাম ওঝা তোম্বী অসিনি হায়বদা থোয়না হায়মনবা থোক্লরোই।

মহাক্লা ক্লাস টেন তল্লিঙৈদা ১৯৬৩ দা নোভেল ইবা হৌরকখি। মহাক্কী ইহান হানবা নোভেলদি "শান্তি ঈরেল" হায়বসিনি, অদুবু মদু হৌজিক ফাওবা নমথোক্তুনা ফোঙদোক্ত্রি।

মাইস্নাম্বা ইবা পামজবতা নত্তনা ক্লব, সাহিত্য, কলচরেল অমসুং দ্রামাটিক ওর্গনাইজেসন কয়া লোয়ননা য়ুনাইটেদ ফুটবোল এসোসিয়েসন (UFA), নহারোল সাহিত্য মণ্ডল, য়ং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন অমসুং অল মণিপুর প্রোগ্রেসিব রাইটর এণ্ড কলচরেল এসোসিয়েসন (AMPWACA) প্রোগ্রেসিব রাইটর হায়নসু খঙনবা অসিনচিংবশিং লিংখৎলকপা মতমদসু অচৌবা থৌদাং লৌরকখি।

প্রোগ্রেসিব রাইটর গ্রুপকী কলচরেল এণ্ড লিটরেরি সেক্রেটরীসু ওইরকই। অহানবা ইষ্টর্ন জোন রাইটরস কনফরেন্স ১৯৭৪ ইম্ফালদা পাংথোকখিবা অদুগী ওর্গনাইজিংদা য়াওদুনা অচৌবা থৌদাং লৌরকখি। মদু AMPWACA না স্পেন্সর তৌবিদুনা পাংথোকখিবনি। সেপ্তেম্বরগী ২০ দা চহী খুদিংগী রাইটরস ডে হায়দুনা প্রোগ্রেসিব রাইটর গ্রুপ্না পাংথোকপা অসিদসু মহাক্কী বাখল- লৌশিং য়াম্না পুথোকখি। ১৯৭২ দা "মতমগী মীৎয়েং" হায়না মিংথোনবা খোমজিনবা মণিপুরী শৈরেংগী লাইরিক অমসু মহাক্না AMPWACA গীদমক এডিটর ওইদুনা পুথোকখি। মহাক সাহিত্যগী থৌরম কয়াদা অমদি কবি সমেলন কয়াদা শরুক য়ারি।

মাইস্নাম্বা, ষ্টেজগী লীলাদসু থবায় য়াম্না য়াওজবা মীশক্নি। মহাক মশামক্না ইবা "এম এ লম্বোইবা" দা মশামক এক্টর ওইখি। "ভারত বিলাপ" তা নারদা মুনি শাখি। ইপাগী ইবুংঙো অমদি সমাজ শিন্দম্বা অসিনচিংবদসু শরুক য়াখি। মহাক মশামক্কী "কংলা ফিল্মস' হায়না মিংথোনবা বেনর অমগী মখাদা "অহিংগী কৈথেল" হায়না মিংথোনবা মণিপুরী ভিডিও ফিল্ম অমা ১৯৮৮ দা পুথোকখি। মসিগী মথক্তা মহাক্না স্ক্রীন প্লে কয়ামরুমসু ইখি। অতোপ্পা মণিপুরী ভিডিও ফিল্ম "তিংখঙগী শম্বল" ১৯৮৯ দা পুথোকখি। মশামক্না ইজবা মণিপুরী ঈশৈ ময়েক্না ওডিও কেশেট অহুমসু মায় পাক্না পুথোকখি।

জর্নেলিষ্টকী লমদসু "মতম" গী জোইন্ট এডিটর ওইরম্মী। ১৯৭০ দগীনা ১৯৭৪ ফাওবা "ইরৈপাক" কী এডিটর ওইরম্মী। লোয়ন-লোয়ননা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী জেনরেল সেক্রেটরী (২০০১-২০০৩) সু ওইরম্মী। মণিপুবগী তোঙান- তোঙানবা ওর্গানাইজেসন কয়াগা লোযননা AMMIK অমসুং SCFS মণিপুরগীসু লাইভ মেম্বর ওইরি।

**মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি**

১। অতিথি অমগী অহিং, (নোভেল) ১৯৭৮,

২। ইপাম খাম্বী মৈহৌবে (শৈরেং) ১৯৭৯,

৩। সোবাবেনগী মচানুপী (নোভেল) ১৯৮০,

৪। লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী (শৈবেং) ১৯৮১,

৫। অহিংগী নুপী (নোভেল) ১৯৮৯,

৬। কংলা ডাইরি (নোভেল) ১৯৯১,

৭। ইম্ফাল তুরেল মপানগী রাজকুমারী (নোভেল) ১৯৯৫,

৮। মসিনা ঐগী অরোইবা ঈশৈনি (ঈশৈ শৈরেং) ২০০২,

৯। ইমাসি নুরাবী (নোভেল) ২০০৪,

১০। নিংথেম নুবী পোনগী উচেক (নোভেল) ২০০৬,

১১। নিংথেম নুবী অহিংগী লাইবার (নোভেল) ২০০৬, অমসুং

১২। নিংথেম নুবী কোনুং মীহাৎ (নোভেল) ২০০৬ অসিনচিংবনি।

**হৌজিক ফাওবদা মহাক্না ফংলবা মনা- মখুমশিংদি**

১। ডা. কমল নীংশিং মনা (মেমোরিএল এৱার্দ), ২০০৬ **ইমাসি নুরাবী** দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, মণিপুরনা পীবা।

২। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি এৱার্দ, ২০০৬, **"ইমাসি নুরাবী"** (নোভেল) দা পীবা।

৩। য়েন্দ্রেম্বম সুরলাতা সাহিত্য পুরুষকার, ২০০৭, **ইমাসি নুরাবী** দা সাহিত্য সেবা সমিটি, ককচিংনা পীবা।

৪। যামিনি সুন্দর গুহা গোল্ড মেডল, ২০০৭, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা **ইমাসি নুরাবী**দা পীবা।

৫। সাহিত্য একাদমী এন্যুএল এৱার্দ, ২০০৭, **ইমাসি নুরাবী** দা সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লিনা পীবা,

৬। দীনেশ্বরী সাহিত্য মনা, ২০০৮, মহাক্কী উপন্যাসকী লাইরিক **নিংথেমনুবী** দা **দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর**না পীবা ফংলে।

সাহিত্য একাদমীগী মনা ফংলকপদা অইববু তরাম্না ওকপা থৌরম কয়াদা অইবনা ফোঙগদবা লাইরিক খুৎই ওইনা য়াম্না লৈরি হায়বিখিবদু লেপ্তুনা মথং- মথং ফোঙদোকপীরকপা ওইসনু। ■

# শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমার



ফেঙবা হৌরকপা মতমদা ব্রারবসু তকপা কল্লগা তুমশিল্লকপা কোন্থংদা থৌরবা থাঙগী ময়া ওইরকখিবগুম মঙাও থীনা ইঙাওদা ঙাওনা হৌবক্লগা ঙন্তানা তাইবঙ মীওইবগী চৎনবী অমা ওইনা য়ুম্বান লম্বীদা চঙশিল্লকখি। য়ুম্বাল্লবা মতুংদা পূন্সিগী মশক, ময়েক লারবা শক্তম য়েকপা হৌরকখি।

**কৈশাম প্রিয়োকুমার,** ১৯৪৯, জুলাইগী ২৩, নোংমাইজিং নুমিৎতা শগোলবন্দ, তেরা, খুরাইজম লৈকাইদা তাইবঙ খোঙদারক্লুনা মালেমসিগী অমম-অঙানগা শকখঙ মায়খঙনরকখি।

· অপোকপগী মিংনা কৈশাম দ্বিজেন সিংহ হায়না কৌই। অপোকপীগী মিংনা কৈশাম ওংবী পোৎশংবম নিঙোল পদ্মাবতি দেবী কৌই। মীয়াম্না শ্যামা হায়রগসু খঙনৈ। মরেপ ব্রাংই, কুচু-কুমেন ফজে। কাকৈথেলদগী হৌরক্লগা মোইরাং হনুবা লৈরক্ত ইঙ্খোল লৈদুনা লৈরকখি। প্রিয়োকুমারগী মচিন-মনাও নুপা ঙাক্তা তরুক্লি। নিঙোল অমত্তা য়াওদে। মহাক্না মরিশুবনি।

মহৈ মশিংগী অহানবা খূৎমারকপা শিন্দমশঙদি তেরা এল.পি. স্কুলনি। মথংদা তেরা এম.ই. স্কুলদা কারকই, অদুদগী মোডেল হায় স্কুলদা মখা তমথরকই। তোম্বীসনা হায় স্কুলদগী ১৯৬৬ তা ঐচ এস এল সি (মেট্রিক) পরিক্ষা পাস তৌরকই। মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা ধনমঞ্জরি (ডি এম) কোলেজদা প্রিয়ুনিভর্সিটি কোর্স (পি য়ু সি) তম্মী। ক্লাস আইটকী ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না মঙাও থিরকপা ওঝানা লাক্লা-ফানা ঙমদবা ছাত্র অমা ওইরকই।

ডি এম কোলেজদা পি য়ু সি পরিক্ষা থাবদা লাইরিক নত্তবা লমষৈ হেনমনখিবনা অমুক অনীরক পাস তৌবা ঙমখিদে। অপোকপা অপোকপীনদি মঙাও-থিবা মচাবুনা খরা হেন্না খঞ্জে, মাগীদমক থোইনা হেন্না ৱাঙ্জে। প্রিয়োকুমার মাঙবা তারে হায়দুনা শিলোং পোলিটেক্লিকতা সিভিল ইঞ্জিনীয়রিং ডিপ্লোমা তম্বা শিলোংদা থারে। শিলোং পোলিটেক্লিকতগী সিভিল ইঞ্জিনীয়রিং ডিপ্লোমা পাস তৌরে। মেঘালয় পব্লিক সর্ভিস কমিশন (এম পি এস সি) গী পরিক্ষা থাবদা খল্লক্তুনা পব্লিক হেলঠ ডিপার্টমেন্ট, গোভর্ণমেন্ট ওফ মেঘালয়দা জুনিয়র ইঞ্জিনীয়র ওইনা ১৯৭৪ দা থবক চঙবা হৌখি।

মণিপুব পব্লিক সর্ভিস কমিশন (এম পি এস সি) গী পরিক্ষা অমুক য়াওবদা খল্লক্তুনা মেঘলয়গীদু বিজাইন তৌরম্লগা আই এফ সি দি, গোভর্ণমেন্ট ওফ মণিপুরদা এস ও ওইনা ১৯৭৬ তা চঙখি। প্রমোসন ফংদুনা হৌজিক হৌজিক এসিষ্টেন্ট ইঞ্জিনীয়র (এ.ই.) ওইনা থবক তৌরি। লাইরিক তম্লিঙৈ থবক ফংদ্রিঙৈদা খন্নাম বজার, সোয়াম লৈরক্তগী সোয়াম নিঙোল সোরোজিনিগা লোয়ননা ১৯৭২ দা য়ুম্বাল লম্বীদা চঙদুনা খোঙদাবা হৌরকখি। হৌজিক হৌজিক মচানুপী মরিগী মতুংদা নুপা অমখক্তং য়াওদুনা পূন্না মচা মঙাগী অপোকপা ওইরি। মচানুপী অহল এম এস সি লোইরে। য়াইমা বি এস সি লোইরে। অহুমশুবীসু এম এস সি লোইরে। মরিশুবীদি নর্স তম্লি। অতোনবা নুপাদুনা বাইওটেক তম্লি। মচানুপী অহল পুনেদা প্রাইভেট কম্পনি অমদা থবক তৌদুনা লৈ। মহাক মরক মরক্তা ফোরেনদা হেক হেক চৎলি, মণিপুবদা থোরক্লিংবগী ৱাফম লৈত্রে। মহাক্তি ফোরেনগী মঙ মঙলি হায়দুনা প্রিযোকুমারনা ফোঙদোক্লকখি। মচানুপী য়াইমা ভাবানি হন্দক্তা ১৬/৬/২০০৮ দা লুহোংখ্রে।

ক্লাস আইটকী ছাত্র ওইরিঙৈদগী য়াম্না ঙাওনা হৌরক্লগা মতমদুদা ওঝা তোলহন্না ইনখৎলক্লিবা নহারোলশিংগীদমক ইবা চিঠি পীবা-হনবা, হন্দোক হঞ্জিনগী মওং য়াওবা লাইরিক (ইম্ফাল টোকিস) গী মনাক্তা লৈবা দুকান অমদগী লৈরগা পাখি, মদু পারুবদগী ৱাহৈ ৱাতা, প্রমান পাষ্টেশিং কয়া থেংনবদগী ইনিংবগী ৱাখল পোক্লক্তুনা ইবা হৌরক্তুনা ইরগা হায় স্কুলগী মেগাজিন্দা, কোলেজগী মেগাজিন্দা হাপ্পা হৌরে। মদুদগী ইবসি অসুম হৌরকখ্রে হায।

ইম্ফাল আর্ট কোলেজদা চহী অমবোমসু খুন্দ্রাকপম জয়কুমার (ঈশৈ শকপা, খুন জয়) খোয়গা পূন্না লাই য়েকপা তম্মীন্নরম্মী। অদুবু মদুসু মওং ইতা তাদবদগী শিনফমদু ম্নঙোন্দা পীখোরকপা য়াওদে কান্নররোই হায়দুনা তোকথোকখি। লাই য়েকপা তোকথোক্লবসু অতোপ্পা লাং- ফাং তৌবদি তোকপা লৈখিদে। থিয়েটর, দ্রামা, অমুক য়াওরে। কর্ণ অর্জ্জুনগী দ্রামাদা 'নোকুন' শাদুনা য়াওখি। মথং মথং দ্রামা খরা য়াওখি। মসিসু ইচান চান্নবা ৱাংলি ওইররোই খন্দুনা তোকথোকখি।

মণিপুর সরকারগী থবক তৌরবা মতুংদা ওফিসকী সর্ভেনচিংবা অসুম চৎপদা মণিপুরগী চীংগী মফম কয়া কয়া য়ৌরকখি। তোয়না চৎপদা মতম খরা লৈবদা টিপাইমুক য়ৌরবদা থেংনরকপা কয়াগী পূক্নিংদা ফাওরকপা ঈহুল অমনা লমজিং ওইরগা "নোংদি চুরকখিদ্রে" হায়না মিংথোনবা ৱারী মচাগী লাইরিকসি ইখি। লাইরিক অসিননি প্রিয়োকুমারনা মঙাও থিরকপা পূম্নমক কাউথোকখ্রগা মীমাঙদা শক্তম অমা য়েক্তুনা শাগল লাক্তুনা চিংথোরক্লগা লেপহল্লখিবা।

**হৌজিক ফাওবদা প্রিয়োকুমারগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি**

১। অৱাওবা পূন্সি, ১৯৭১
২। ঐখোয় য়ুম্লোন্নবা, ১৯৯০
৩। নোংদি তারকখিদ্রে, ১৯৯৫
৪। নোংদি তারখিদ্রে (সেকেণ্ড ইডিসন), ১৯৯৯
৫। লাল অমসুং মঙ, ২০০০ অসিনচিংবনি।

ৱারী মচাগী লাইরিক অমসু ফোঙনবা খঞ্জরি, অদুবু মচাশিংগী হোৎনবদা শেল লৈতে হায়রি। কদায় ফাওবা চুন্নিবা, মীগী ইমুং- মনুংগী শেল- থুমগী ফাওবদি য়ৌশিল্লরোই।

**মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদা সাহিত্যগা মরী লৈননা ফংলবা এৱার্দশিংদি**

১। ডা. খোইরোম তোমচৌ নীংশিং সনাগী মেডল, মসি অপোকপা লৈখিদ্রবা ইবোমচা সিংহ না ১৯৯৪ দা বিষ্ণুপুর সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চতা কৎলম্বনি। মনা অসি কৈশাম প্রিয়োকুমারনা ১৯৯৭ তা মাগী "নোংদি তারকখিদ্রে" (ৱারী মচা) দা মেডলগা লোয়ননা ফংখি।
২। তেলেম আবের নীংশিং মনা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ১৯৯৭ তা পীখি।

৩। দীনেশ্বরি সাহিত্য মনা, দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরদা প্রো. ই. দীনমনি সিংহ অমদি মাগী ইমুং মনুংনা কৎপীরকপনি। চহী অনী অনী খুদিংগী ১৯৯৮ দগী হৌরগা পীরক্লি। অহানবা ওইনা প্রিয়োকুমারনা ফংখি।

৪। ষ্টেট কলা একাদমীগী মনা ১৯৯৮ দা ফংখি।

৫। সাহিত্য তৌজরিবশিংনা য়াম্না ৱাংনা খঞ্জবা ভারত পূম্বগী ওইবা শেল ওইনা লুপা লিশিং য়াঙ্খে য়াওবা য়াম্না লেমজনীংঙাই ওইরবা, সাহিত্য একাদমী মনা ১৯৯৮ দা ফংখি।

৬। কাথা বিলাসন দিল্লি, ১৯৯৯ দা ফংখি।

৭। অকোইজম চাউতোন, রাজকুমারী মুক্তাম্না মণিপুরী সাহিত্য মনা, ২০০২ , মণিপুরী সাহিত্য সমিতি থৌবালনা পীবসিমসু ফংলে।

য়াম্না ঙাওনা নুপাদা নুপাগুম হৌরক্লগা ইঞ্জিনীয়র অমা ওইরবদা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল কয়া তম্লদুনা লাক্লি। মহাক্কী খূৎইশিংনা শক্তম ওল্লক্নুনা তেলি -প্লে অমদি অতৈ মখল কয়াগী খূৎলাঙ্হোক্তা লাঙ্হোকখ্রে। মফম কয়াদা পাঙথোকপা সাহিত্যগী থৌরমশিংদা ৱা- ঙাঙখি, ৱারী মচা পাথোকখি। প্রিয়োকুমারগী কলম পোত্থারগে খন্দবা ওইসনু। ■

# শ্রী হুইরেম মংলেম সিংহ



খুদুম শীংনা লাক্লগা খুবাং তিংনা হনখিগদবা তাইবঙ মীওইবগী মপোকসিদা, হৈ- শিংবা কনানসু পূন্সিবু ইঞ্চি অমা ফাওবা মোবেগী নাওরি মবীগুম মরিল চৎহনবা ঙমগনি থাজদে। ফজবা ফি, চানিংবা য়েঙ্খাংদি পৈশাবু লৈরবদি সনা কৈথেলদগী লৈরগা শেৎপা চাবা মফংই। ময়াং কংবা মীনা য়োনবা নোয়নবা হীদাকসু লৈবা মফংই। অনোয়বা মীনা য়োনবা য়াং কংনবা হীদাকসু সহরগী চিদাই, ফুট পাঠতা ময়োল্লি। লৈবা ফংলরোইদবা ফুট পাঠতসু য়োন্দবা, হীদাক য়োনফম ফারমাসিদসু য়োন্দবা, পূন্সিগী মিৎকুপ খরদংদা ওইরবসু অৱাবা পূন্নমক কাউথোক্কুনা য়া- লাউনা কাথোক্কুনা নোক্লবগী হীদাক্তি লৈ কনাগুম্বশিংগী মফমদা ঈশ্বরনা পীরকপা খুদোল ওইনা। মসিগী গুণ অসিদি লৈবসু ফংলোই, মতৌ তম্বনসু ওইবা য়ারোই, প্রাক্টিস তৌবনসু য়ৌবা ঙম্লোই। পোকপদগী লোয়নরদুনা লাক্লবা লৈরুবসু নত্তবা, মীতৌ তম্বসু নত্তবা, হোৎনরগা ওইরকপসু নত্তবা ফাগি পুবা অমগী মপাউ তমজরি। থমজরিবা মপাউসে অতৈ কনাগীসু নত্তে, হুইরেম মংলেমগীনি।

**শ্রী হুইরেম মংলেম সিংহ,** ১৯৫০ গী মার্চ থাগী ১ দা শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা তাইবঙ খোঙদারকই। অপোকপা লৈখিদ্রবা হুইরেম তোন সিংহ হায়না কৌই। তোন সিংহ ওল্লিরিঙৈ মতম অমগী মণিপুরগী অফাওবা লাই য়েকপা অমদি লাই শাবা (মূর্ত্তি শাবা) নি। মহাক মণিপুরগীদি শঙ্কাইরবা লাই য়েকপা ভদ্র সিংহগী সেবকনি। অপোকপীগী মমিংনা মুতুম নিঙোল পুর্নি দেবী কৌই। কোংপাল মুতুম লৈরক্তগীনি।

মংলেম সিংহনা অঙাং ওইরিঙৈ অহানবা খূৎমারকপা শিন্দমশঙদি সেগা লম্বী এল পি স্কুলনি। ক্লাস বানদগী টু ফাওবা। মথংদা গুরুকুল অর্বান জুনিয়র এম ঈ স্কুল থাংমৈবন্দনি। ক্লাস থ্রীদগী সিক্স ফাওবা। মথংদা রাম লাল পাল হায় স্কুলদা ক্লাস সেভেনদগী টেন (মেট্রিক) ফাওবা তম্লকখি। ১৯৬৫ দা মেট্রিক পাস তৌখি। মথংদা ইম্ফাল কলেজদা প্রি য়ুনিভসিটি দগীনা বি এ ফাওবা তমখি। ১৯৭০ দা বি এ পাস তৌখি। বি এ পাস তৌরবা মতুং ১৯৭২ দা বোর্দ ওফ সেকেন্দরি এদুকেসন, মণিপুরদা য়ু দি সি ওইনা থবক চঙবা হৌখি। প্রমোসন ফংলক্তুনা হৌজিক হৌজিক জোইন্ট সেক্রেটরী ওইরি। ২০০৮ দা পেন্সন চৎকদবনি, অদুবু সরকারগী ওর্দরনা চহী অমা শাংদোকখিবদগী ২০০৯ গী ফেব্রুয়ারিদা ওইনা পেন্সন ফংলগনি।

১৯৭৮ দা সোরাম নিঙোল খোমদোললৈমগা লোয়ননা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নরকখি। খোমদোললৈমা মণিপুরদা ঈশৈ লীলানা শাফোঙলকপা মতমদা ফাগি জুগায়দা য়ূম্ফম ওইরগা মহাদেব শাখিবা মশা য়াম্না নোয়বা পুক্নংবা সোরাম ইবোতোন সিংহগী মচননুপীনি। মবুংগা লীলা য়াওমিন্নবা করিগুম্বদা লীলাগী ফিজেৎ- লৈতেংশিং অসুম শুবা চাম্বনচিংবা তৌবদগী অসুম খঙনরক্তুনা নকশিন্নরকখিদুনা কোম্হুংদা লোয়নবী অমা ওইবকখিবনি। হৌজিক হৌজিক মখোয় অনীগী মচা মরিনি।

মচানুপী অহল, সুসমা হুইরেম, বেঙ্গলোরদা লৈবা নন মণিপুরী অমদা ময়ুম পানখ্রে। মহাক্কী নুপানা প্রাইভেট কম্পনি অমদা জেনরেল মেনেজর ওইনা থবক তৌরি। সুসমাসু প্রাইভেট কম্পনি অমদা মেনেজর ওইনা থবক তৌরি।

অনীশুবা মচা, হুইরেম বিজেন্দ্র সিংহ, এম এ টুরিজমনি। হৌজিক হৌজিক ফাওবদি থবক ফংদ্রি। অহুমশুবা মচানা বিশেশ হুইরেমনি। মহাক বেঙ্গলোবদা বি এস সি ফেসন এণ্ড এপ্পরিএল দিজাইন তম্লি। ইতোন তোনবী সুসমিত্র হুইবেম, লিটল ফ্লব্বার হায় স্কুলদা ক্লাস টেন তম্লি।


মংলেমনা কৃষ্ণ শাবগী শক্তম

মংলেমনা লাইরিক তম্লিঙৈদগী হৌরদুনা মণিপুরগী লীলা ড্রামাবু য়াম্না থবায় য়াওনা পামজরকই। মসিনা মরম ওইরগা সেগা লম্বীদা লৈবা সোসাইটি থিয়েটরদা মেম্বর ওইনা য়াওবা হৌখি।

অদুদগী মণিপুরগী শুমাঙ-কুম্মৈদা ঈশৈ-লীলা হায়রগা খঙনবা ঈশৈ মতেক মতেক হাপচিল্লগা ফাগি জুগায়না মপুং ওইনা লাইহরাওবদা শান্নরম্বদু মণিপুরদা ঈশৈ লীলা ওইনা শাফোঙলকপা মতমদুদা কৃষ্ণ শাবা ওইনা শরুক য়াবা হৌবকখি। লীলাদুনা মরম ওইরগনি হৌজিক লোয়নবী ওইরিবসি ফংলকখিবসি। মসিদগীদি মণিপুরগী ফিল্ম "লমজা পশুরাম" দা য়াওরকখি। লমজা পশুবাম য়াওখ্রবা মতুংদগীদি মণিপুরী ফিল্ম মশীং খঙদনা, নীংশিংবা থোক্তনা য়াওবা হৌখ্রে। মথং মথং ওইনা মণিপুরগী মমিং লৈরবা ড্রামাগী সংস্থান অমা ওইরিবা এম দি য়ুগী জেনরেল বোদিগী মেম্বর ওইখি। মথং মথং টি ভি গী টেলি প্লে কয়াসু য়াওখ্রো য়াওবীয়ু হায়বা কয়া অমা মতম ফংদদুনা য়াওবা ঙমদ্রি।

মংলেম সিংহনা খ্বায়দগী হৈনদবদি, চাক চারমদাইদা (য়ুমদা) ব্বানোম্বা লাকপসিনি। মানা খ্বায়দগী পামজবা মচুনা অঙাংবনি। খ্বায়দগী পামজবা য়েঙ্খাংনা মৈতৈগী ইরোনবা অমসুং হঙ্গাম থোংবনি। খ্বায়দগী কিজবদি ওইদবা ঙাংবনা মরোইরে। "ফাগিবু পামজবা ঐখোয়দি মীঙোন্দা কায়বা, ওইদবা, নমথাক, মরু ওইনা টেন্সন লৈবা য়াদে। হায়রিবশিংসি য়াওরগদি করম্মাইনা ফাগি লাক্কদগে?" অদুনা ঐখোয়দি মসি পুম্নমক থাদোক্লগা রাগ অমদা তাউদুনা মোন্দা নুংঙাইনা লৈরিপোংনি অদুতদা ফাগিসি মতোমতা লাকই। মংলেম্না হায়, ঐখোয় ইচিন ইনাওসি নুপা মরি, নুপী অহুমনি। মখোয়গী মনুংদা ঐনা ফিফট পোজিসননি।

ওঝা জি সি তোংব্রাগী ড্রামা "লৈশাবী চিঠিখেলা" দা অপঙবা মীনায়, লৈশাবী ফাওরবা, মীওই অমা শাবগীদমক **মেহমুদ ওফ মণিপুর** হায়না মিংথোন ফংখি। মসি অসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা পীবনি।

মংলেমসু উগী- উহৈ, মপাগী মচা অমা ওইনা লাই য়েকপা, মূর্ত্তি শাবা য়াম্না হৈ। অঙাং ওইবিঙৈদা মীরোল খঙলক্লবা মতমদা অশাবা মূর্ত্তি অমা নোংমা য়োম্বা (থিনবা)

মনমগন্দা পোরগা মপা ইবুংঙো তোনসিংহগা লোয়ননা চৎলম্মী। মদুদগী ফংলকপা পৈশানা খোংগ্রাও অহনবা অমা মপা ইবুংঙো তোনসিংহনা লৈবীগনি হায়দুনা মংলেমদা হায়খি। পৈশা পীরক্তবদগী খোংগ্রাও অহনবা লৈবীখিদে। নীংঙাইদা থেম্বা য়ারক্তবদগী মপানা ফৃখি। মদুদগী শাওদুনা লাহ-য়েকপা শাবগী থবক তৌরোই হায়দুনা খনখিবা অমা লৈখি, অদুনা লাই-য়েকপা শাবগী থবক্তি হৈরসু শুংতৌ তৌরোই, হায়রি।

হৌজিক থবক হায়বদু অমা তৌরুবনা, ২০০৯ গী ফেব্রুৱারী থাদা বোর্দ ওফ সেকেণ্ডরি এদুকেসনদগী পেন্সন ফংলবা মতুংদদি নিংখা তম্না য়াওবা ফংদ্রবা মণিপুরী ফিল্মশিং অমদি দ্রামাশিং পেন্না য়াওরগনি লোয়না লোয়ননা লিটরেচরগী লমদসু শোয়দনা শরুক য়াদুনা য়াওগনি অদুনা হৌজিক দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরদা মিং চন্দুনা লাইফ মেম্বর ওইরগা য়াওবা হৌরবনি, হায়রকখি।

ফারমাসিদা য়োন্দবা অৱাবা কাউথোক্তুনা নোকহনবা ঙম্বা হীদাক পাম্বী, হুইরেম মংলেমনা করম্বা অনৌবা নোক্লিং-ৱা হায়রকপগে, করি এক্টিং তৌরকপগে মতম অদু ঙাইমিন্নখিসি। ■

# শ্রী যুম্নাম রাজেন্দ্র



**শ্রী যুম্নাম রাজেন্দ্র**, ১৯৫৩, ওক্তোবরগী ১৮ দা চীংঙা মথক যুম্নাম লৈকাই, লাইকোলুপ, ইম্ফাল, ৭৯৫০০১ দা তাইবঙ খোঙদারকই। অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা শ্রী যুম্নাম অপাবী সিংহ অমদি অপোকপীগী মিংনা লৈখিদ্রবী শ্রীমতি যুম্নাম ওংবী রুপবতী দেবী কৌই।

যুম্নাম রাজেন্দ্র সাইন্স গ্রেজয়েৎনি। ভারত সরকারগী সেন্সস ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌরি। লোয়নন ১৯৭০ দগী পান্থোইবী নাত্য মণ্ডির, ইম্ফালগী আর্টিষ্ট অমা ওইরক্লিবা রাজেন্দ্র হৌজিক হৌজিক সংস্থান অসিগী সেনিয়র ডিরেক্টর, প্লেরাইট অমদি সেনিয়র গুরু অমা ওইনা লৌরি।

১৯৭৩ দগীনা ১৯৮২ ফাওবা শক্লাইরবা ওঝাশিং- শ্রী খাইদেম বিহারি, শ্রী হিজম শ্যাম, শ্রী হিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা, শ্রী লাইশ্রম নেত্রজিৎ অমসুং শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারি শর্ম্মনচিংবদগী থিয়েটরগী লমদা তম্লবা মতুংদা শক্লাইরবা ডিরেক্টর শ্রী হৈস্নাম কহ্নাইলালগী মফমদর্গাসু থিয়েটরগী লমদা ট্রেনিং তৌখি।

রাজেন্দ্রনা ইবা ড্রাম লীলা কয়ানা মণিপুরগী মনুং অমদি মপানগী ফেষ্টিভেল অমদি কম্পিটিসন কয়াদা বেষ্ট স্কৃপ অমদি বেষ্ট প্রডক্সনগী মনা ফংলকখি।

১৯৮৬ তা নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিবেল, সঙ্গিৎ নাতক একাদমি, নিউ দিল্লিনা শিনবা অসিদা "ঙোদা অপাম থোইবা" হায়বা প্লে অসিগী প্লেরাইট অমদি ডিরেক্টর অমা ওইনা শরুক য়াদুনা উৎলুই।

**মহাক্লা থিয়েটরগী লমদা থবায় য়াওনা তৌখিবা দানশিংদি**

১। "মাঞ্জগী কাংথোল" ১৯৯৫ ডিরেক্টর ওইনা
২। "শানৌগী কাংখল" ১৯৯৬, প্লেরাই অমদি ডিরেক্টর ওইনা
৩। "মুক্তি", ১৯৯৯, ডিরেক্টর ওইনা
৪। "পুক্নি তৎলবা হৎলাই", ২০০০-২০০১
৫। "তারমদাই কোরৌ", ২০০৩-২০০৪ অমসুং
৬। "কারবালা", ২০০৪-২০০৫ অসিনচিংবনি।

লীলা ইবা অমা ওইনা রাজেন্দ্রনা হৌজিক ফাওবদা লীলা ড্রামা য়াওনা মশীং ৮৯ লোম ইখ্রে। ষ্টেজ প্লেদা ৫১, (এক্সপ্রিমেন্টেল, মোর্ডন, হিষ্টোরিকেল, সোসিয়েল অমসুং ক্লাসিকেল) অসিনচিংবনি। শুমাং লীলা (যাত্রা ৱাল্লি) ১২, রেডিও প্লে ১১, ভিডিও অমসুং ফিচর (স্কৃন) ফিল্ম টি ভি অমসুং ডি আই পি আর অনীমক্কী সেরিয়েলশিং, ৭ অমদি অতোপ্পা লীলা মচাদা ৫ নি।

থিয়েটর অমসুং ফিল্মদা ডিরেক্টর অমা ওইনা হৌজিক ফাওবদা ডিরেক্সন পীখ্রবা লীলাগী মশীংসি ৩৬ শুরে। ভিডিও ফোরমেত্তা অমদি ফিচর ফিল্মদা মশীং ৪ (মরি) নি।

এক্টর অমদি আর্টিষ্ট অমা ওইনা, রাজেন্দ্রনা ইবা, ডিরেক্সন পিবা অমা ওইবতা নত্তনা এক্টর অমদি আর্টিষ্ট অমা ওইনা নুপীগী অচৌবা রোল অমসু "কলি কংশ" অমদি "কৈন্যদান" হায়রিবা লীলা অনীসিদা ১৯৭০ দগীনা ১৯৭৪ ফাওবা শরুক য়ারকই। মসিগীসু মথক্তা এক্টর অমা ওইনা অতোপ্পা লীলা কয়াদসু শরুক য়ারকই।

ঈশৈ ময়েক ইবা অমা ওইনসু রাজেন্দ্রনা ফিচর অমদি অতোপ্পা হিরমশিংদা ঈশৈ ময়েক ২৫ দগী হেন্না ইখ্রে।

সেমিনর অমসুং ৱার্কশোপশিংদা, রাজেন্দ্রনা নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা থিয়েটরগা মরী লৈনবা সেমিনর অমসুং ৱার্কশোপ কয়ামরুমদা শরুক য়ারুদুনা মালেমগী শক্লাইরবা মীওই কয়াগা শকখঙ- মাইখঙনবগী তাঞ্জাসু ফংখ্রে।

১৯৯৪ দা, ডা. খোমদোন লাইশ্রমগী লিচিং মখাদা ইন্দিয়ান মেডিকেল কন্সোতিয়মনা পুথোকপা অহানবা ঐচ আই ভি গী ফিচর অমসুং নন ফিচর ফিল্ম ভিদিও ফোরমেত্তা ডিরেক্সন পীখি।

নেসনেল অমদি ইন্টবনেসনেলগী শক্লাইরবা মিষ্টর জোন মার্টিন (লণ্ডন) মেদাম জেত্তি বোল (বেলজিয়ম), অন্দ্রেও সুজুকি (জপান), রতন থিয়াম (মণিপুর), কহ্নাইলাল (মণিপুর), প্রোবিব গুহা (কোলকাটা), ডা. সরঙ্গপনি (মুম্বাই), শ্রী গুরু গৌরকিশ্বর শর্ম্মা (মণিপুরী মার্সিয়েল আর্টস) অসিনচিংবা কয়াগসু লোয়নজবা ফংখি।

থিয়েটর ডিরেক্টরশিংগী মেনেজমেন্ট কোর্স (বেঙ্গলোর) স্পোন্সর বায় ইন্দিয়ান ফাউন্দেসন ফোর আর্ট (অই এফ এ) সু শরুক য়ারুরে। পাম্থোইবী নাত্য মণ্ডিরনা চহী খুদিংগী পাংথোকপা সমর স্কুল ৱার্কশোপকী কন্সলটেন্ট অমদি এডভাইজর ওইরি।

চেনাই, বেঙ্গলোর, কেরলা এলাহাবাদ অমদি কোলকটানচিংবা অচৌবা সহরশিংদসু ৱার্কশোপ কয়া শরুক য়ারুরে। সঙ্গীত নাতক একাদমী নিউ দিল্লিনা শিনবা ফেষ্টিভেলদসু শরুক য়ারুরে।

১৯৮১ দগীনা ১৯৮৫ ফাওবা মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, এল এম এস লো কোলেজ অমদি অতৈ কোলেজ ১৪ দা থিয়েটরগী ৱার্কশোপ কয়া ছাত্র কয়াগা লোয়ননা শরুক য়াখি ।

চীংগী লমদসু থিয়েটর ৱার্কশোপ পাংথোকপা অমদি লীলা পুথোকপা ওইনা মরু ওইনা তাম্বুল কতামনাওনা সিমলোংনা শিন্দুনা উখ্রুলদা পাংথোকপদসু শরুক য়াখি। মথংদা সেড্যুল কাষ্টকী লম হায়বদি খুরখুলদা থা ৩গী থিয়েটর ৱার্কশোপ অমদি লীলা পুথোকপা শরুক য়াখি।

১৯৯২ দগীনা ১৯৯৯ ফাওবা অঙাংশিংগী থিয়েটরদা "ট্রেদিসনেল ক্লাউন এক্টর দিভেলবমেন্ট" হায়না ফোর্ড ফাউন্দেসন, নিউ দিল্লিনা স্পোন্সর তৌদুনা অচৌবা রিসার্চকী প্রোজেক্ট ৱার্ক অমা মায় পাক্না লোয়শিনবা ঙমখি।

ড্রামাগী লাইরিক "লাইখুৎশাংবী" ১৯৭৯ ফোঙখি। "চেকখায়রবী মালেম" হায়না মিংথোনবা ড্রামাগী লাইরিক ১৯৮১ দা ফোঙদুনা হৌজিক হৌজিক অসামগী সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি, কছারগী এম এ মণিপুরীদা টেক্স বুক ওইনা তম্মরি। "রোক্সিয়ানি" ১৯৮২ অমসুং তশ চঙ থোকই ২০০৬ ফোঙখ্রে।

"মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা ফাগিগী মথৌদাং" হায়বা হিরমদা ৱার্কিং পেপর পুথোকখ্রে। মণিপুরদা মশক নাইরবা মাইম "ফাগিনা লায়েংবা", "যোগি হোল্লি" পুথোকখ্রে। লোয়না-লোয়ননা উদা হক- খোৎপদসু থোয়দোক হেন্দোকই।

২০০৭ কী জনুৱারি ১২ দা ৯ শুবা ভারত রঙ্গ মহোশব, শ্রীরাম সেন্টর, নিউ দিল্লিদা পাংথোকখিবা অমসুং ২০০৭ কী জনুৱারি ১৬ তা নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা, নিউ দিল্লি অমদি ডিপার্টমেন্ট ওফ ইনফোর্মেসন্স এণ্ড কলচরেল এফিয়ার, গোভর্নমেন্ট ওফ ৱেষ্ট বেঙ্গল অনীনা খুৎশম্নদুনা শিনবা নেসনেল সেটিলাইট ফেষ্টিভেল, সিসির মনচ, কোলকাটাগী ফেষ্টিভেলশিংদা মহাক্কী প্লে "পুক্নি তৎলবা হংলাই" উৎতুনা শরুক য়ারুই।

**রাজেন্দ্রনা হৌজিক ফাওবদা ফংলবা মনা- মথুমশিংদি**

১। বেষ্ট ডিরেক্টর, বেষ্ট স্কৃপ এৱার্দ, ১৯৮৬,ওল ইণ্ডিয়া মলটি লেঙ্গুয়েজ ড্রামা কম্পিটিসন, এলাহাবাদ।

২। সেকেণ্ড বেষ্ট ডিরেক্টর এৱার্দ, ১৯৮৭, ওল ইণ্ডিয়া মলটি লেঙ্গুয়েজ ড্রামা কম্পিটিসন, মুম্বাই।

৩। বেষ্ট ডিরেক্টর, বেষ্ট স্কৃপ এৱার্ড, ১৯৮৭-৮৮-৮৯, ২০০৩, ওল ইণ্ডিয়া মলটি লেঙ্গুয়েজ ড্রামা কম্পিটিসন, এলাহাবাদ- গুরগাও- হরিয়ানা।

৫। বেষ্ট সিতিজেন্স ওফ ইন্দিয়া এৱার্দ, ১৯৯৮, ইন্দিয়ান পব্লিকেশন হাওস, নিউ দিল্লি।

৫। প্রসিডেন্ট এৱার্ড ফোর মেরিটোরিয়স (গর্ভণমেন্ট ওফ ইন্দিয়া) সার্ভিস, ১৯৮১

৬। থিয়েটর সেন্টর মণিপুর এৱার্দ ২০০৫, ডিরেক্টরগীদমক, থিয়েটর সেন্টর মণিপুরনা পীখি।

৭। বেষ্ট স্ক্রিন প্লে এৱার্দ ইন দ মণিপুরী ফিচর ফিলম ২০০৬, চেনাই (এগোনি)

৮। থিয়েটর এৱার্দ ২০০৭, লীলা ইবা অমা ওইনা সঙ্গীত নাতক একাদমীনা পীবা।

৯। থোঙাম উধব নীংশিং সাহিত্য মনা ২০০৭, মহাক্কী লাইরিক "তশ চঙ থোকই" দা নোহাখোলনা পীখি। অমসুং

১০। ডাক্তর কমল নীংশিং মনা, ২০০৮, অসিসু মহাক্কী লাইরিক "তশ চঙ থোকই" হায়বা লাইরিক অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা ডাক্তর কমল নীংশিং মনাগী ৭৩ রক শুবা ওইনা পীখিবনি।

অসুমনা পামজবদা কথোকচদুনা হোৎনবদগী ফংলকখিবা মনাশিং অসিদগী হেনবা কয়া অমগসু ফংবা ওইবিখো হায়না ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরি।■

# শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গোপে



**শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গোপে,** ১৯৫৩, ব্রাকচিংগী ১৮ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা ককচিং খুনয়াই লৈকাইদা তাইবঙ খোঙদারকখি। অপোকপা ক্ষেত্রিময়ুম বেনি সিংহ লৈখিদ্রে। অপোকপীনা নাওরেম নিঙোল ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী লোইদাংয়াইমা দেবী কৌই।

মচিন- মনাও নুপা মরি, নুপী অনী পূন্না তরুক্লি। মথক্তা নুপা অমা, মহাক্লা য়াইমনি, অতৈদি মখা ঙাক্তনি। হৌজিক নুপা অনী লৈখিদে। মহৈ মশিংগী অহানবা খূৎমারকপা স্কুলদি ককচিং হায় স্কুলনি। মফমদুদা ক্লাস থ্রী অমসুং ফোর ফাওবা তম্লকখি। মথংদা ব্রাই এম সিংহ হায় স্কুল (যুম্বী মচা সিংহ হায় স্কুল) দা ক্লাস নাইন ফাওবদং তমহৌই: মখাদি অদুমক তমথখিদ্রে।

অঙাং পীশক ওইরিঙৈদগী শান্নববু য়াম্না পামজনা হৌরকপা ক্ষেত্রিময়ুম গোপে লৈত লায়রনা কয়ারক হন্না শুদৎপীরকখি। মহাক্লা শান্নববু য়াম্না পামজদুনা পুটবোল হায়বা মশান্ন অসিদা শান্নবা হৌরকখি। ককচিং খুনয়াই লৈকাইদা পোল্লগা ককচিং ময়ায় লৈকাই সোসিয়েল ব্রেলফ্যের ক্লবকী ফুটবোল শান্নরোয় অমা ওইনা মণিপুরগী মমিং চৎলবা সি সি মীট হায়রগনা হেন্না খঙনবা মণিপুর মনুংদগী খনগৎলবা অমসুং মপান্দগী বার্তন তৌদুনা টিম কয়ানা অথোই-অহেন তান্নদুনা শান্নবা ফুটবোলগী য়াম্না নুংঙাইরবা মশক নাইরবা মীট অসিদা ১৯৭১ দগী গোপেনা শান্নবা হৌরকপনা ১৯৮১ ফাওবা শরুক য়াদুনা শান্নরমখি। সেলেক্সন ফংদবা চহী অমত্তসু য়াওখিদে। মহাক্কী শাওং শাদা খঙবা ককচিং খুনয়াইদগী লৈকাইগী ময়াম্বা অমনা (চিত্তরঞ্জন) গোপেবু ফুটবোল শান্নরগনু তোক্লো কন্না হায়খি।

মসিমক্লা গোপে শান্নবা পুমতোক তোক্লো হাযবদি নত্তে। ফুটবোল শান্নবা তোক্লগা বোদি বিল্ডিং ওইনা শান্নৌ হায়বা ওইবস্মী। মসিদা গোপেসু ব্রাখল অমা লাকখি। ফুটবোলদগী ওস্থরক্তুনা মশান্নসিদা শান্নবা হৌবকখি।

১৯৮১ দা পুখ্রম্বম নিঙোল সোবিতা দেবীগা লোয়ননা য়ুম্বান লম্বীদা খোঙদাবা হৌরকখি। য়ুম্বাল্লবা মতুংদা মতম খরা শান্নববু ফনা য়াম্না পামজরবসু লৈত-লাযরনা মরম ওইদুনা লেপখি। মচা নুপা ঙাক্তা অনী লৈরবা মতুং, মচাশিংনসু কন্না তকশিনবদগী ১৯৯৫ গী এপ্রিল থা, চৈরাওবা নুমিৎ নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা ময়াম্না হায়মনবদগী বোদি বিল্ডিং শান্নবা হৌরকখি। শান্নবা হৌরকপা মতম ইকুই কুইদ্রিঙৈদা মোরেদা লৈবা কোন্দোং লাইরেম্বী ইমা ইবেম্মা হরাওবা মতমদা লাইবুংদা শো উংসি উংলু হায়নরকখি। অদুবু মহাক্তি শো উংপদুনা কয়া অদুক হাক্ল হৈনিংদে। শো উংলে। মথংগী নোংঙাল্লগা হরাওফম লাইবুংদুদা অমুকসু চংলি। মাবু লাইবুংদা উবা মতমদুদা লাই শেন্নবদুনা গোপেদা হায়রকখি। ঙরাং শো উংপদা য়াওখিবদু নৎত্রা? গোপেনা মানি। ঙরাংদি উনবা নাতে অমা চাহৌদ্রে হায়রদুনা লাই পান্নবদুনা লফোই লত্তং, হৈ- রা কয়ামুক লাতোন অমদা কোল্লগা ওহ্বেক্ল য়াম্না পীরকখি। অদুদগী মশক মমিং খঙদবা লৈ অমসুং ইমা কোন্দোং লাইরেম্বীনা নঙোন্দা পীরকপনি হায়দুনা পীরকখি। গোপেগী খুৎতা লৈদু পায়রবা মতমদুদা স্কুলগী মহৈরোয় গাড়ী মপোৎ অহুম মরিসু এক্সকরসন লাকপগী খাম্লে। মহৈরোয় নুপীমচাশিংনা মহাক্লা পায়রিবা লৈদুবু উরবদা পীয়ু হায়দুনা তান্নরকখি। মতমদুদা গোপেনা লৈসিদি পীথোকপা য়াররোই হায়দুনা লফোই অমদি হৈ- রাশিংদু ওইনা পীথোকখি। লৈ অদু ঙসি ফাওবা উপুদা হাপ্তুনা লৈরি হায়। মদুদগী বোদি বিল্ডংগী শান্নবা মথং মথং হৌরকখি।

মরক মরক্তা নুপীগী মচে (ককচিং নিঙোল) কৈনাহলনা মোরেদা কেরোসিন করবার তৌবদু মহাকসু মতেং পাংবা ওইনা খরা-খরা অসুম য়াওদুনা শেল তান্নবা হোৎনরম্মী। লোযনা- লোয়ননা শান্নবগী থবকসু অসুম তৌরম্মী।

১৯৯৫ গী দিসেম্বর ৯ দা মিষ্টর মণিপুর( মাষ্টর মণিপুর) গী অথোই অহেন তান্নবা য়াওরে। মাষ্টর মণিপুরগী গোল্ড মেদল ফংলে। মথংদা ১৯৯৬ কী ফেব্রুৱারি ১১, জোরহাটতা পাঙথোকপা ওল ইন্দিয়াগী চাংদম্নবদা শরুক য়াদুনা য়াওরে। মাষ্টরগী গ্রুপতা গোলড মেদল ফংলে। ১৯৯৬ কী দিসেম্বর ৮ দা কোলকটাদা পাঙথোকপা কন্টেষ্ট অমদা অমুক গোল্ড মেদল, মাষ্টর ইন্দিয়া মিংথোল ফংলে। ১৯৯৬ কী দিসেম্বর থা অসিমক্কী ২৮ অমসুং ২৯ দা নুমিৎ নীনি চুপ্না ইম্ফালদা পাঙথোকপা অসিদা অমুক গোল্ড


গোপেনা প্রেক্টিস তৌরিঙৈগী শক্তম

মেদল (মাষ্টর গ্রুপতা) ফংলে। ১৯৯৭ কী মার্চ থাদা গুৱাহাটিদা পাঙথোকপা ওল ইন্দিয়া ওপন মিষ্টর সরাইঘাট কন্টেষ্ট অমুক শরুক য়ারে। অদুবু মদুদদি গোল্ড লৌবা ঙমদ্রে। রন্নর্স অপ ওইনা তারে। ১৯৯৭ কী চহীসিমক্কী নবেম্বর ৬ তগী ১০ ফাওবা পাঙথোকপা MS 97, 51st World Amateur Men's Body Building Championships, Prague, Czech Republic. জকোস্লাভেকিয়াদা শরুক য়াবা চংলে। ইম্ফালদগী বসনা অমুক, রেলগাড়ীনা অমুক, তৌদুনা দেল্লি য়ৌরগা নৈহৎলবা মতুংদা শরুক যাখিবা ওইবনা মশক নাইবা মেদলদি লৌকপা ঙমখিদ্রে। অদুবু টোপ টেন ফাওবা খনগৎলকপা মতমদদি য়াওখি। মদু ওল মণিপুর বোদি বিল্ডিং এসোসিয়েসনগী সেক্রেটরী লাইতোঞ্জম মুকুন্দোনা পুবনি। কন্টেষ্টতু চংনবা হোৎনব্দা ক্লব অমদি ঙন- চান্নবশিংগী তেংবাংগা লোয়ননা লুপা লিশিং ৪৫ রোমগুম্বা চঙখি। মদু সরকারনা খরা পুথোক্লবা মতুংদনি। মদুগী মতুংদা অৱাবা অমদি পেন্দবা খরদগী মতম খরা শান্নবা লেপখি। ১৯৯৮ গী জনুৱাবি থাদা পঞ্জাবকী অমৃটসরদা পাঙথোকপা মিষ্টর ইন্দিয়া কন্টেষ্টতা মাষ্টর রন্নর্স অপ ফংলকখি। ১৯৯৯ গী মার্চ থাদা অন্ধ্রপ্রদেশকী গুন্টুবদা পাঙথোকপা কন্টেষ্টতা মাষ্টর ইন্দিয়া, গোল্ড মেদল অমুক ফংলে। ২০০০ দা ওল ইন্দিয়া মিষ্টর সরাইঘাট কন্টেষ্টতা মিষ্টরগী গোল্ড অমসুং ওভর ওল চেম্পিয়নশিপ ফংলে। মসিগী মতুং ২০০১ দগীদি কন্টেষ্ট অমত্তা য়াওদ্রে। ১৯৯৫ দগী শান্নবা হৌরকপনা ২০০০ ফাওবদা ফংখিবা অপূনবা মেদলশিংদি - মিষ্টরগী ওইনা গোল্ড অমা, রন্নর্স অপ অমা অদুগা মাষ্টরগী ওইনা গোল্ড মঙা, রন্নর্স অপ অমা অসিনি।

মচানুপা অনীমক ক্লাস টেন ফাওবদি য়ৌরে। (অনীখক পোকপা) লৈত- লায়রনা মরম ওইরদুনা গোপেগী লোয়নবী সোবিতা ৱাহেংবম লৈকাই অমদি সলাম লৈকাই তাইনফমদা (শগোলবন্দ) ৱাহেং লৈকাইদা লৈনবা য়ুম ওইনা অদুগা সোরোক ৱাংমদা সলাম লৈকাইদা গোদাউনগী কা ভারা লৌদুনা লফোই অমদি মতম মতমগী ওইবা হৈ- রাশিং জিবিবাম অমদি তমেংলোংলোমদগী পুথোকরকপশিং কারবার তৌরি। মসিদা মখোয় পূল্লপ মমা, মচা, মপা মরিমক লৈরি। মচাশিংনা মী ওইদ্রিবা ফাওবদি ইম্ফালগী ভারা য়ুমসিদা অসুম লৈখিগনি, ককচিংগী অশেংবা য়ুমদা হনখিরোই হায়না গোপেনা ৱাশকহৌরি। ■

# শ্রী হাওবম সনাতোন সিংহ



**শ্রী হাওবম সনাতোন সিংহ,** ১৯৫৯, গী ফেব্রুৱারি ১২, শগোলশেন, সর্স্বতি পূজা নুমিৎতা বঙ্গলাদেশ, ভণ্ডারি গাঁও, হান্না শিলেট দিষ্ট্রিক্ট, হৌজিক্রা মৌলবী বজার হায়না খঙনরবা মফম অমদা তাইবঙ খোঙদারকই। অপোকপা শ্রী হাওবম ধবলো সিংহ, লৈখিদ্রবা, নট সংকীর্তন শকপা মমিং চৎপা মীশক্নি। অপোকপী থৌনাওজম নিঙোল হাওবম ওংবী দশুমতি দেবীসু বাসক শকপী মমিং লৈবীনি।

মচিন মনাও নুপা অনী, নুপী অনী পূন্না মরিনি। মথক্তা নুপা অমা (ফুরিৎ তুবা) মথংদা সনাতোননি। মখাদা নিউ চেক্কোনদা ওংবী হেমোলতানি। নহারুপ্তা ওংবী কুঞ্জবতিনা মচিন মনাওশিংগী মনুংদা ইতোন তোনবীনি।

শিলেটতা লৈবা ভণ্ডারি গাঁও প্রাইমারি স্কুলদা ক্লাস ফাইব ফাওবদং তমদুনা পাস তৌহৌই। মখাদি থোইনা তমথখিদ্রে। হৌজিক হৌজিক পুরানা রাজবারি, নোংমৈবুং, নিউ চেক্কোন রোদ ইম্ফালদা লৈরি। শিলেটতগী লাক্লগা ইম্ফালদা হান্না লৈরম্লবা অমুক্তসু শক খঙনখিদ্রিবী কৈশাম নিঙোল বীনা দেবীগা হায়না শীংনদুনা ১৯৮৯ দা য়ুম্বান লম্বীদা খোঙদাবা হৌরকখি। সর্স্বতি পূজা নুমিৎতা পোকপা নুপা অমগা বীনা কৌবা নুপী অমগা থাজদনা থেংনখি। য়াম্না নুংশি চান্ননা পূকচেল খোয়জেল তিন্ননা য়ুম্বানমিন্নরি। হৌজিক মচানুপা অমা, নুপী অহুম, পূন্না মরিনি। মচানুপা অহল আনন্দ সিংহ একাদমী হায়র সেকেণ্ডরি স্কুলদা ক্লাস টেন তম্লি। ইতোন তোনবীদি লাইরিক তম্বা হৌদ্রি।

মচানুপী চেক্কোন ওংবী হেমোলতাগী নুপাসু শিলেটতগীনি। মখোয়দি হান্ননা মণিপুরদা থোকখিদুনা লৈখ্রবনি। ১৯৮৬ তা ইমাগা ইচন্নুপী অতোনবীগা লোয়ননা মণিপুরদা থোক্লকখিবনি। বঙ্গলাদেশতগী লাক্লগা ধর্ম্মনগরদা অহানবা থুংখি। অদুদগী দিমাপুর য়ৌরকখি। দিমাপুরদগীএম এস আর টি সিগী বস অঙাংবা মচুদা তোংলগা ইম্ফালদা থুংলখি। মতমদসিদা ফুরিৎখাওদা শুপ্লতগী লুপা তরাখক্তং য়াওরম্মী। লম্বীদা অসুম লাকপদা মাও য়ৌরকপা মতমদুদা ৱেল কম টু মণিপুর হায়না চাউনা থাবদু হেক উরুরগা পূর্ব্লিংসিদা তুজুংবা অমা ফাওখি। মণিপুর য়ৌরে হায়দুনা হরাওমনবদগী মীৎতগী পি তাখিবা খঙহৌরমদে। অদুবু য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈদা চীংগী চীং ঙাক্তা ঙায়রবা মফমসিদা লাক্লগা ঐনা তৌগদবসি করিনো করিবু চারগা হিংলুদোইনো খল্লুবদা অমুকসু অঙকপা অমা ওইরম্মী। অসুম অসুম চঙশিল্লক্তুনা মথং মথং তম্পাক উরকপা খোংহাম্পাৎ য়ৌরকপা মতমদদি মৈতৈগী ফনেক শেৎপা, অহলশিংনা খুদৈ শেৎপা বসকী থোংনাওদগী মশীং য়াম্না উরকপদদি অকিবা পূম্নমক মাঙখিরম্মী। ঐ হিংলনি, শিররোই খনবা হৌরকই।

নীংশিংলকই, শিলেটতা লৈরিঙৈ লোঙ্গ্রি শেৎপা তুপি উপ্পা ঙাক্তনা অয়াম্বা লোয়নখিবদো, করিগুম্বদা মরৈকা খরা য়েৎনরুবা, শাওনরুবা য়াওরবদি "মণিপুর বৎচা" হায়না হেক্তা চৈরকই। মতমদুদা খনখি। ঐগী হৌরকফম মণিপুরদা অমুক্তংদি চৎকেকো হায়না। নীংশিংলকখি লৈখিদ্রবা ইপানসু তৎতনা হায়রম্বশিং "ঐদি মণিপুরদা শিজবা ফংলরোই, নখোয়দি মণিপুরদা চৎলগা শিজরুচো, ভিক্ষা নিগদবা লৈরবসু মফমদুদা নিরুচো।" ইপাগী পেন্দবা খরা লৈরমগদবা মাল্লি, হায়দোক্লমদ্রে। অদুবু ৱাহৈদু হায়রগসু মফমদুগী মীশিংগদি খৎনা- চৈ নবা, মূক্লবা, গুন- মানদি অমত্তা লৈখিদে। ঐখোয়সু মফমদুদা য়াম্না নুংঙাইনা লৌচা, ইঙ্খোলগা লোয়ননা থবক শুনবা ফাওবা মী থমদুনা লৈরম্মী। অদুবু মফমদুদদি, কদায় চৎকদোইদো- কোথাই জাবেন ? কৈদৌদোইনো- কি করবেন (কোর্বেন)? অসিগুম্লবা মীরোলদা ৱা ঙাঙনবনি। শিলেট (বঙ্গলাদেশ) তা লৈরিঙৈ **নাজ পব্লিসিটি** দা অহানবা লাইয়েকপা তম্বা হৌরকখি। অদুদগী (হীদা), হেলঠ এদুকেসন ইকোনোমিক দিভেলবমেন্টতা ৱিলিয়ম কৌবা ইংলিশ মচা খৃষ্টিয়ান মিসনরিগী ওঝা অমগী মখাদা লাইয়েকপা তম্লকই। অতোপ্পা ট্রেনিংদা তাকপীরকখিবশিংদি মিষ্টর মাইক, অমেরিকা মচা, সিষ্টর এন অমসুং সিষ্টর ইভা, ইংলেণ্ড মচা, সিষ্টর তিনিকা হোলেন্দ মচানি।

সনাতোন, ইমা ইপাগীদি য়াম্মা নুংশিজবা সনাতোম্বনি, লৈকাইগীনা সনাতোননি, অদুগা ময়ামগীনা চন্দ্র হায়না খঙনৈ। চন্দ্র হায়না খঙনবগী মরমদি (বঙ্গলাদেশতা) চন্দ্র আর্ট এণ্ড প্রিন্টর, ব্লোক প্রিন্টিং হায়দুনা "ভানুগাছ" হায়বা মফমদুদা দুকান অমা হাংলম্মী। মফমদুদা অসিগুম্বা মখলগী দুকান অমত্তা লৈরমদে। ইথন্তনিনা পৈশাসু য়াম্মা ফংলম্মী। মদুদগী ফংলকপা পৈশানা লৌফম লৈশিল্লম্মী। অদুবু মদু পূম্নমক ইয়াম্বনা শীন্দুনা য়োম্থোক্লগা ঐখোয়গী ইমুং, মণিপুরদা থোরকখিবনি। অসুম্না হান্না লৈখ্রবা ইচননুপীগীদা মতম খরা লৈরে। অদুদগী ইথোল লৈশিল্লে, য়ূমদি শাদ্রি, মীগী য়ূমদা ভারাদা লৈরে।

মণিপুরগী মফম মফমদা চৎতুনা লাইয়েকফম, থবক য়াওফম থিবা হৌরে। য়াওরমদাইদা লাই য়েকপা হৈ হায়রুবসু য়াদ্রি। অসুম্না সিংহ আর্ট (সিংহবীরগী) তা য়াওরে। থবক শূমিন্নরগা মীনা লুপা চাতরুক খুৎশুমল শাবা মতমদা সনাতোনদি শুপ্নতগী লুপা তরাদং হজিরা ওইনা পানবিখি। মতমদুদা বঙ্গলাদেশ নীংশিংলকই, পূক্নিং নুংশিরকপসু য়াওরকখি। নুমিদাংদা স্কুল হাংদুনা লাইয়েকপা তম্বীদুনা মীয়াম্না সলাম তৌবীরদুনা ফনা য়াম্মা ইকাই খুম্নবীদুনা লৈজরম্বদু মফমসিদদি ইচিক চিকখ্রে। অদুবু আশা অমদি ইমাঙ মাঙদ্রি। অরাপ অরাপ্পা মফমদা চৎতুনা পোষ্টর য়েকপগী থবক তৌরম্মী। বানর (বান্দর) বিড়ীগী এদভর্টাইজ পোষ্টর অপাক অপাকপা কয়াসু য়েক্লম্মী। থবক মথোং খঙদ্রিঙৈ, ব্বারিঙৈ, মীগী য়ূমদা ভারাদা লৈরিঙৈ তাঞ্জাদুনা ইচননুপী অতোনবীসি অমুক চেম্থোকখ্রে। মতাংদুদি নীংশিংলুরগা নাতৈ কয়া ইচা চাখিদে। ইয়াম্বনা ফি তূবনিনা, ফি তূবসু হৈ। ইমা ইপা অনীমক্না ঈশৈ শকপনিনা ঈশৈসু খরা অদুম মঙংবা হৈ, অদুবু ঐগী লাইনিংদি মখোয়শিংদগী তোঙাল্লি।

মীগীদা য়াওবা অরোইবা মফম অদুদগী সিংহ অদুগা খ্বাইদগী হান্না য়াওরকপা অদুদগী পল্লিসিটি, অরোইবা অমদি অহৌবা ব্বাহে অনীসি পূনশিল্লগা ১৯৮৮ দা সিংহ পল্লিসিটি, নিউ চেক্কোন রোদতা লিংখৎতুনা হাংদোক্লে। মীগী বস হেক খাম্বা উবগা মপুগী নুপীগী মমিং হংই বসতুদা হেক্তা ইশিল্লি। বসকী মমিং হেক্তা থোনজিল্লি। মদুসু লেম্লনি, পৈশা লৌদে। অদুদগীদি বসতা মিং থাবা হৌরে। লুপা কুল্লা কুল্লা লৌবা হৌরে। লুপা লাক্ষ লাক্ষ পীবা গাড়ীদা আর্টিষ্টকী খূৎনা নম্বর থাদ্রবদি থানানা ফায হাযবসিদা অযেকপা অমা ওইনা লোন্না চাউথোকচৈ। শক্লাইরবশিংগী মফমদা চৎতুনা ফোটো পীবীয়ু হায়রুবদা পীরক্তবা, মখোয়না অঙাওবগুম খনবা, উবিখিবা পূম্নমক ফ্লাথরগা খাঙখি। অদুদগী কেমেরা অমা (জেনিট) পায়বা হৌরে। ফক্কসন কয়াদা, পূম্নমক শুপ্না ফোটো অমত্তদা উবা শক্তম শমজিল্লগা শেম্বা কাপ্পগী টেক্লিক অমা পুথোকপা হৌরে। মসিগী ইহুলদি বঙ্গলাদেশতা লাইয়েকপা তম্বীরকখিবা ইংলিশ মচাশিংনা কেমেরা অমা ইথা থাদবদুদগীনি। মণিপুরগী মফম খূদিংগী ফোটোশিং, মতম মতমগী হোংলকপা খেন্নবা শক্তমশিং ফোটো লৌবা লেপত্রি।

১৯৯৮ গী জানুৱারিগী তাং ৩০, আর দি এস (রাজা ডুম্ব্রা সিংহ) হায় স্কুলদা অহানবা ওইল পেন্টিং পোরট্রেট একজিবিসন পাঙথোক্লে। মণিপুরগী গভর্ণর ও এন শ্রীৱষ্টভনা অথোইবা লেঙবীরকপা অদুগা আর কে সি এসনা থৌরম মপু ওইখি। শ্রী থোইদিংজম তোম্বী সিংহ অমসুং শ্রী হাওবম শ্যামকুমার সিংহ অনীনা ৱা ঙাঙখি। থৌরম পাঙথোকফমদু ফিনা পুমকোয় কোয়না খাজিল্লগা কা মনুংসু ফিনা শিলিং থারগা ধুপকী মৈখু মরক্তা মশক উহন্দনা শিলিং মরুমদা থম্বা স্পিকরদা লৈবাক নীংবগী ঈশৈনা মথেল হাপখি। মদু হৌজিক ফাওবা কনাগুম্বনা নীংশিংবিরকপসু য়াওরি। অদু শীনবদা লুপা লিশিং ৩৫ চঙখি।

মদুগী মতুংদা লাইশিংদু থম্নবা আর্ট গেলরি অমা চেক্কোনদা হাংদোক্লে। ওনরেবল, দল্লিয়ু থোইবনা ১৯৯৯ গী ফেব্রুৱারি তাং ১৩, থাংজ নুমিৎতা শঙ্গাবীখি। গেলরিসিদা অয়েকপা ফোটো ২৭০ থল্লি। লেপ্তুনা হাপচিনখিগনি। মশক নাইরবা মৈতৈগী, চীংমীশিংগী, মুসলিমগী দরবার মেম্বর ৱালিউল্লাগী শক্তমশিং য়াওরি। শর্মিলাগীসু য়েকপা লোইদুনা ফ্রেম চনবসু লোইরে গেলরিদা থম্লগনি।

সনাতোন তুরিগী মমি থম্বা, য়েকপগী থবক্তা নত্তনা সাহিত্যগী লমদসু শৈরেং ইবা য়াম্না পামজৈ। শৈরেংশিং লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপদি লৈত্রি। সনাতোন্না হায়-ঐদি শৈরেং ইবা নত্তে। ঐখোয়গী ইরোলসি কয়ামুক মরাং কায়না লৈবগে হায়বদু থিবনি। ময়েক অমত্তনা হৌবা ৱাহৈ ঙাক্তগী শৈরেং ফনা য়াম্না ইদুনা লৈবে। অদুবু থিরগা মখা তানা ইথখিগনি হায়হৌরি।

হৌজিক ফাওবদা মহাক্না তৌজরিবা থবকসিদা পেনবীরদুনা মণিপুরগী গভর্ণর শ্রীৱাষ্টভনা মমল য়াম্লবা কেমেরা অমা খুদোল ওইনা পীবিরকখি। মথংদা গভর্ণরনা লুপা লিশিং কুন, হরিদাসনা লুপা লিশিং মঙা পীবিরকখ্রে। মেট্রেলনা শীনবা থৌরম অমদা খামেন চৎপা ফৈজোম মনা ওইনা ফংখি। হান্নগী সি এম দল্লিয়ু নিপামচানা লুপা লিশিং ২০ গী অয়েকপা লাইশিং লৈবিখি। মণিপুরী আর্ট সোসাইটিগী লাইফ মেম্বর ওইরি। কিমাক্সকীসু লাইফ মেম্বর ওইরে। ■

---





রাজেন খুমুকচম (১৯৫৮) শগোলবন্দ, খম্নাম লৈরক, ইম্ফালদা পোকই। অপোকপগী মিং খুমুকচম বুদ্ধি সিংহ, অপোকপীগীনা খুমুকচম ওংবী ভৈগ্যাবতি দেবী কৌই । মচিন-মনাও মাপননি । নুপা তরুক, নুপী অহুম, পূম্নমক্কী মনুংদা মহাক্না য়াইমনি। সাপম নিঙোল ইন্দিরাগা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নরি । মচা অহুম ফঙজরে । মচা নুপী অমা নোংঙাম্লেমা অমসুং মচা নুপা অনী দোন অমসুং অলদ্রিননি ।

কোলেজ তমদ্রিঙৈদা আইঃ টিঃ আইঃ দগী তোঙান-তোঙানবা ট্রেড অনীদা ট্রেনিং পাস তৌরকই । মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদগী জিওগ্রাফিদা গ্রেজুয়েৎ লোইরবা মতুংদা নাগপুর য়ুনিভর্সিটিদগী ফিজিকেল এজুকেসন অমসুং স্পোর্টসকী লমদসু গ্রেজুয়েৎনি । দেল্লিদা পোলিটিকেল সাইন্সতা পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ তৌরকই ।

কলচর, সাহিত্য অমসুং ঈশৈ-নোংমাইগী তোঙান-তোঙানবা সংস্থান কয়াগা য়াম্না ঙন্না খুৎশম্নরক্তুনা থবক তৌরকই । দ্রামা য়াওরকই, ঈশৈ ময়েকসু ই, মণিপুর ফিল্মসু য়াওই । হায় স্কুল অমসুং কোলেজদা ওজা ওইরম্মী । য়ুনির্ফোমবু পামজবনা, য়ুনির্ফোম সার্ভিসতা চংদুনা থবক্তগী পোথারবা মতুংদা প্রাইভেট কম্পানিশিংদসু থবক তৌরম্মী । তোঙান- তোঙানবা সংস্থানশিংগী প্রসিদেন্ট, সেক্রেটরী ওইরম্মী । এঃআইঃআর, ইম্ফালদা শৈরেং লাম্থোকখ্রে। চেফোঙ কয়াগী এডিটরসু ওইরম্মী, ওইরি । ইম্ফালদা ফোঙবা পাউচেগী ক্লম্নিষ্টনি । মণিপুরী লোনবু ভারতকী ৮শুবা সেদ্যুলদা য়াওহন্নবগী মতাংদা চরা হেন্দুনা ডিমান্দ তৌবা য়াওরকখি । তোঙান-তোঙানবা মতম-মতমগী পাংথোকপা ট্রেনিং কয়া য়াওরকখি । সার্টিফিকেট, রিব্বার্ড, নেসনেলগী এব্বার্ড কয়া ফংখ্রে ।

হৌজিক ফাওবদা মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি ঃ- (১) বি লতাসনা মঞ্জুরি (শৈরেং), জুন, ১৯৭৯ (২) হোঙলে শক্তম অদুঙৈগী (শৈরেং), দিসেম্বর, ১৯৮২ (৩) লোইশিন্দ্রবা ৱারী (ৱারী মচা), এপ্রিল, ১৯৮৩ (৪) Carpentry Workshop Book-I (Eng.), 10th May, 1985 (৫) লৈবগে কদায়দা (শৈরেং), ২১ নবেম্বর, ২০০৪ (৬) মচু-মচুগী সংসার (ৱারী মচা), ১ সেপ্তেম্বর, ২০০৫, (৭) কাউঙ্ঘ্নরোইদবা (লমকোয় ৱারী), ২০ অগষ্ট, ২০০৬ (৮)খুদোলদুগী চৈনাখোল (ৱারী মচা), ৩১ মার্চ, ২০০৭ (৯) মণিপুরগী থৱানমিচাক খরা (পুন্সি ৱারী), ৩০ সেপ্তেম্বর, ২০০৮ অসিনচিংবনি ।

হৌজিক-হৌজিকমক দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী জোইন্ট সেক্রেটরী ওইরি । ভোলুন্টরী ওর্গনাইজেসন অমদি সাহিত্যদা লূপচরি-ঙাওজরি ।

পব্লিশর